# মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং




অইবা:
লাইশ্রম হৈতোন সিংহ

# মনিপুরী নর্ত্ত সংকীর্ত্তন শৈরেং

লাইশ্রম হৈতোন সিংহ

অফোংবা : লাইশ্রম হৈতোন সিংহ

অহানবা ফোংবা : সেপ্টেম্বর ২০০৮

কোপি মশিং : ১০০০ (লিশিং অমা)

মমল : লুপা ১৫০/-



নম্ফম : জি কে প্রিন্টর্স
উরিপোক পোলেম লৈকাই, ইম্ফাল।

# মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং

## কংচবা

১। শ্রী লাইশ্রম নিংথৌ সিংহ।

২। শ্রী খুমন্থেম ইরাবোৎ সিংহ।

৩। শ্রী অখোম গৌরবীধু সিংহ।

৪। শ্রী হাওবিজম শ্যামকেশ্বর সিংহ।

৫। শ্রী লাইশ্রম তোম্বা সিংহ। ঐবু পোকপা গুরু।
মতম অমগী শিঙলুপকী ইশৈ শক্কুনা মীনা শক খঙবা
অমসু ওইরম্মী।

লাইরিক অসি ঐগী শ্রীগুরুশিংগী কৃপানা ইজবনি ননাইনা গুরুশিংগীদমক্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী শ্রীচরন্দা কংচবনি॥







## গুরুশিংবু খুরমজরি তোল্লবনা

শ্রীগুরুগী য়াথংনি মাঙফদ্রবা
লোইনাইদ্রবা নগুননি শিঙথাবা
নতিক নগুন অৱাংবা।
কৎচরগা করিনা খঙজদেদো পেনদৌবা।
নতুংদনি ইনজবা কৃপাতনি ঙাইজবা।
মন্ত্রবা থম্মোয়বু ঙালহনবিবা
লৌশিংগী থাওমৈ ওইবিবা
পঙলবা ননাইবু শৈদম্বিবা
লমন কয়ানি তোল্লিবা।
মপোক কয়ানি তোনদৌরিবা।
ঙম্লরোই লমনসে লোইজবা।
খুয়াখাগী উফুল ইকোকথক্তা হাপচবা
ঙমজগে নগুন শোনজবা
খুরুমজরি শ্রীগুরু অথোইবা।



# বাহৈ খরদং

মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং হায়বা লাইরিক অসি মতমগা চুনরবা লাইরিক অমা ওইরে হায়বদা থোইনা লাল্লরোই। গৌর ধর্ম্মনা অমসুং হিন্দু ধর্ম্মনা মনিপুরদা চঙলকপদা মতমদুগী লাইগুল্লবা গুরুজনশিংনা পরম-পরাদগী নট সংকীর্ত্তন শক শোনবদা সংস্কৃত বঙ্গালি লোন্দা শক শোল্লকই ঙম্মমক। অদুবু হৌজিকসু গুরুশিংগী থৌগল তুং ইন্দুনা শক্করি। অদুম্মক মতম্না অহোংবা লাকপগুম্না হৌজিক্কী হৈশিংলবা লাইরিক লাইশু হৈরবা গৌর ধর্ম্মবু নুংশিবা বৈষ্ণবশিংনা মীগী মরোন্দা শকপদো ভাব তাবা ৱাংলি মনিপুরী ঈরোন্দা শকপা শোনবনা ভাব তাবা হেল্লে হায়না মনিপুরী লোন্না হেন্না পাম্নরক্লবা মতমসিদা থায়নদগী লাই গুরুশিংনা থম্বীরম্বা শৈহেক শৈদা শঞ্জ তাল মাত্র কায়দনা মনিপুরী লোন্দা শৈরেং চানা-চানা শেমদুনা ইরক্লিবা অসি য়েংলগা হায়ফম খঙদনা হরাওই।

মমাঙঙৈ লাই গুরুশিংনা থম্বীরম্বা তাঙলবা অথুপ্পা ৱারি কয়া ফোঙদোক্নুনা সংকীর্ত্তনগী রাগগী মশক খঙনা চৎনরকপা নিয়ম নিতি অসি সংকীর্ত্তন নুংশিবা নৌনা শৈদমজরক্লিবা ধর্ম্মসিবু নুংশিবশিংগী ফিদা অমদি কল্লে হায়জনিংই। মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তন হায়বা অসি মৈতৈ ঐখোয়গী নাৎকী ওইবা কলচরনি হায়জনিঙই। লাইরিক অসিবু য়েঙবি পাবিবদা করিগুম্বা অশোই অরান বনান্নচিংবা লানবা য়াওরবসু ইচামক্কী, ইনাইমক্কী খনবীদুনা চুমথোকপিদুনা মপুঙফাহনবীয়ু হায়না ইচাগীদমক্তা ঐনা প্রার্থনা তৌজরি। মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং

হায়বা লাইরিক অসিবু ইজরিবা মোইরাংখুনৌ মমাং সাবলদা লৈবা লাইশ্রম হৈতোন সিংহবু লাইরিক অসিদা নত্তনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী রস নুংশিববু মথং মথং ইবা ঙম্বা ওইজবা ঈশ্বরগী চরন্দসু ঐনা থৌনিজরি।

মনিপুরী ঐখোয়সে মৈহৌরোন্দগী জগোই ঈশৈ হায়বসে শাগোন্নদুনা লাকপনা হৌজিকসু ধর্ম্মবু নুংশিবা কাঙলুপ অমসুং মীওইশিংগীদি থাদোক্লবা য়াররোইদৌবনিনা লাই গুরু অমদি নৌনা হৌগলক্লিবা নহারোন পুম্নমক্না শৌগৎপিনবসু ঐনা হায়জরি অমদি ঈশ্বরগী মফমদসু থৌনিজরি।

থাঙ্গ ঙারম

তাং ৫।৪।২০০৭ **শ্রী অখোম গৌরবীধু সিংহ**



## বাহৈ খরদং

মীওইপোক্তা পোক্লিবা হরিগী লিলা য়াওরিবা ঐনা করিনো তৌগদৌরিবা। অহিং নুংখিল খায়বিবা  অমম-অঙান শেমলিবা হরি মাগী শক-গুনবুদি  শকপা শোনবা পামজরুই। অচুম অরান খঙদবা জগৎসিদা লৈরিবা অচৎ-চত্ত জীব, লেঙলি পাল্লিবা খুদিংমক্ মানা মানা ঙম্জবা মাগী মাগী মরোন্না হরি মাগী মগুনবু শক্নৈ, শোন্নৈ ঙম্নমক্ অকাও পরৈ লৈতনা। মতম কৌবী লাইরেলবীগী য়াওন খোঙথাং কায়দনা নিংথম কালেন অনিনা অব্রা নুংঙাই য়েন্দুনা হরি মাগী মগুনবু খঙহল্লি। উফৈথক্তা য়ারেক্পা পোম্বী চেক্লাচাশিংনা মপুগী থৌদা ইন্দুনা নোংঙান পাওজেল পীদুনা তাইবং শিন্থা পাঙনরি। তোল্লবা নচা ঐগীদি কৎতি কৎচনিং কৎচনিংঙাইদি লৈজদ মিৎলু পিরাং ঈরোইনা লাইরিক মচা অমতং গুরুশিংগী য়াথং তুংইন্না হৈতে হৈতে ইজরগা চরন্দা খুদোল তমজরি। কচ্ছরিবা লাইরিক (মচা) অসি মীতৌ তম্বসু নৎচদে।

শিঙনবসু লৈজদে কনাগীসু মফমদা। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনগী মফমদা তাকপিখিবা য়াথং মতুং ইন্না অর্জ্জুন্না লান তৌখি। গুরুশিংগী য়াথং কৃপানা ঙমজবা ইথৌ খরদং তৌজবনি। গুরুশিং অমদি বেদ পুরান্না তাকপিরম্মি, ঐনা মহেল্লে খনফদে  ঐবু হেনবা লৈবনি, ঐনা মতোল্লে নিঙলবসু ঐঙোন্দগী হেন্না তোনবা লৈবনি, নিঙবগী মখা পোনবনি অপাম্বা মহৈ পীবনি। তাবা হৈয়ু, য়েংবা হৈয়ু, লৌশিনবা হৈয়ু, মপুং ফাগনি। মীথোই মীহেনগে নিঙলবদি কৎথোকপসু হৈয়ু। ইজরিবা লাইরিক অসি  ওজাশিংগী মফমদদি করিসু নত্তে, নৌনা হৌরক্লিবা নহা, নৌনা তমজরক্লিবা, অমদি সংকীর্ত্তনবু নুংশিবশিংগী মফমদা খরদং কান্নগদরা খন্দুনা ইজবনি।

লাইরিক অসিদা ঐনা মপুং ওইনা নৈনজরিবসি অনি থোক্না খায়দোকপা য়াই। অহানবসিনা সংকীর্ত্তনগী মরমদা ঐনা থিজিনজরুবা ফংজবা খর অদুগা অনিশুবদনা করি করি থৌরমদা করি করম্বা ঈশৈ পরিং শক্কদগে হায়বসিনি। অদুনা শক্কদবা ঈশৈশিংগী পরিং পরেং ওইনা শৈরেংদৌনা পীজরি। পীজরিবা ঈশৈশিং অসি ঐনা মনিপুরীদা লোইনা হন্দোকচবা নৎচদে। ওজা-গুরুশিংনা হান্ননা হন্দোকপীরম্বা কয়ামা য়াওরি। ঐনা হন্দোকচবা খর অমসু য়াওরি। লাইরিক অসিবু পাবিবদা করিগুম্বা অশোয় অরান কয়া য়াওরবসু মীওইপোক্নি খনবিদুনা ঙাকপিরবদি পোকপগী মহৈ য়াল্লে লৌজগনি।

অরোইবদা, ইবুংঙোগী ৱাংখ্রবা গুন লিলা শিংথাবদা কবিশিংনা লোইনাইদ্রবা গুনবু তোল্লবা ননাইনা মতেক খরদং শৈথাজবা অশোয় অরান ঙাকপিয়ু। অসিগুম্লবা শ্রীগৌরাঙ্গগা লোয়ননা গৌর ভক্ত পুম্নমকপু তোল্লবা ননাইনা হন্না হন্না দন্দবৎ ভক্তি কৎচরি।

মোইরাং খুনৌ মমাঙ সবল — অইবা

তাং ১০।৪।২০০৮






**CHIEF MINISTER**
**MANIPUR**

ইম্ফাল

জুলাই ০২, ২০০৮

# পাউজেল

নট সংকীর্ত্তন্দা যুম্ফম ওইবা, শ্রী লাইশ্রম হৈতোন সিংহ, মোইরাং খুনৌ মমাং, সাবল লৈকাইদা লৈবনা ইবা **মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং** হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙগনি তাবদা ঐঙোন্দা থোইদোক্লা নুঙাইবা ফাওজে।

ঐখোয়গী ভারত অসি গনতন্ত্র চৎপা, কাংলূপকী খেন্নবা থমদবা, ধর্ম্মদা যুম্ফম ওইদবা, মানা মানা পামজবা ধর্ম্ম চৎচবা অমদি লাইনিং লাইশোন তৌজবদা অথিংবা লৈতবা লৈবাক অমনি। নট সংকীর্ত্তনগী মতাংদা শৈরেং লাইরিক অমা ইবা হায়বসি হীরম অসিগী মতাংদা মীয়ামদা হেন্না খঙহনবদা নত্তনা মণিপুর সাহিত্যগী পুক্কেদা অনৌবা ইনোৎ অমা হাপচিনবনি। শৈরেং লাইরিক অসি মায় পাক্লা পুথোকপা ওইরসনু হায়না য়াইফ পাউজেল পীজরি।

শ্রী ওক্রম ইবোবী সিংহ

(ও ইবোবী সিংহ)



**P. PARIJAT SINGH**
Minister
Agri/MI/CADA/Art & Culture
Manipur

Imphal, the 7th September, 2006

## MESSAGE

I have a great pleasure in learning that Shri L. Heiton Singh of Moirangkhunou Mamang Sabal, Moirang, Bishnupur District, is going to publish a book entitled "Manipur Nat Sangkritan Sheireng".

Publication of such a book based on the Nat Sangkritan is substantially valuable and his earnest endeavour to get it published is praiseworthy.

I convey my best wishes to the publisher.

Sd/-
**(P. Parijat Singh)**






**T. Mangibabu Singh**
Government Chief Whip
Manipur

ইম্ফাল
জুলাই ২৯, ২০০৮

## পাউজেল

শ্রী লাইশ্রম হৈতোন সিংহ্ অপোকপা মৃ: শ্রীলাইশ্রম তোম্বা সিংহ্, মোইরাং খুনৌ মমাং, সাবল লৈকাইদা লৈবনা ইবা নট সংকীর্ত্তন্দা যুম্ফম ওইবা **"মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং"** হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙগনি তাবদা থোইদোক্না নুংঙাইবা ফোংদোকচবগা লোয়ননা থাগৎপা ফোংদোকচরি।

গনতন্ত্র চৎপা ঐথোয়গী ভারত্তদি কাংলূপকী খেন্নবা থমদবা, জাতি বিজাতি খায়দনা মানা মানা পামজবা ধর্ম্ম চৎচবা অমদি লাইনিং লাইশোন তৌজবদা অথিংবা লৈতবা, ধর্ম্মদা যুম্ফম ওইদবা লৈবাক অমনি। হৌজিক্কী মতমদা মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তন্দা যুম্ফম ওইবা মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং হায়বা লাইরিক অমা ফোংবসি লম্বীসিদা অচৌবা কান্নবা পীবগা লোয়ননা মণিপুর সাহিত্যগী পুক্কেদা অচৌবা খুদোল অমা তম্লবনি। হায়রিবা লাইরিক অসি মায় পাক্না পুথোকপা ওইরসনু হায়না য়াইফ পাউজেল পীজরি।

(শ্রী টি. মঙ্গীবাবু সিংহ)
চিফ হ্বিপ, মণিপুর।



**বাহৈ খরদং**

মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং হায়বা শ্রী লাইশ্রম হৈতোন সিংহ সাং মোইরাংখুনৌদা লৈবা ওজা অসিগী অহানবা ওইনা পুথোকপা লাইরিকসি য়াম্নমক কুপ্না নৎত্রবসু মপুম ওইনা খরদি পাজরে।

মনিপুরদা গৌরা সম্প্রদায়, হিন্দু ধর্ম্ম হেক চঙলকপদগী হৌজিক ফাওবদা মনিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী লমদা মশেক-মঙাল নাইবা লাইগুম্লবা গুরুশিংনা সংকীর্ত্তনগী কয়াৎ ফিভম চুম্না তাবুনুংদা তুংগী মীরোলগীদমক থম্বীরমদুনা ঙসিদি মখোয়গী চাদা-নাওদা, চারোল-শুরোল কয়ানা চিন্থাং য়ৈনা পাওদম্লদুনা মালেমগী থাক্তা শাফোংলক্তুনা, মালেমগী কলা সংস্কৃতি চাওখৎলে হায়রিবা জাতিশিংগী মমাংদা তাকপদা অচৌবা ঙাক্লৌ অমদি ওইরি। মসি পুম্নমক অসি লাইওইখ্রবা গুরুশিংনা চোকথবা লৈতনা হোৎনদুনা থম্বীরম্বা কলাগী খুদোলনি হায়না অসুম্না থমজনিংই। মতম অমদা নট সংকীর্ত্তন অসি সংস্কৃত অমদি বাঙ্গলা লোন্দা অয়াম্বা ইদুনা লৈরম্বনা তুংদা হৌরকইবা সংকীর্ত্তনবু নুংশিজবা ভক্তশিংনা নৈনবদা অৱাবা অমদি মায়য়োক্লখিদবদি নত্তে। অদুবু হৌজিক্তি ওজা গুরু কয়ানা ৱানা হোৎনবীদুনা মীতৈ/মৈতৈ লোন্দা হন্দোকপা অমদি ইথোকপিদুনা মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন ঈশৈবু তাল, মাত্র, ফাক, শুর-ছন্দ কায়দনা সংকীর্ত্তন অমদা তাঙাইফদনা চঙদ্রবা য়াদ্রবা খুদিংমক পরিং পথাপ চুম্না ইদুনা ফোঙবিরকপসি হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজে। হৌরকইবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা লায়না অমদি থুনা খঙবা ঙম্নবা ফোঙবীরকপা লাইরিকশিং কয়া অমা ঐখোযনা থেংনজখ্রে। পুম্নমকসি ঐখোয়না লায়না খনবা চুম্লোই। ওজাশিংসিগী মফমদা ঐখোয় পুম্নমক্না কোক নোনফম থোকই।

মনিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলকঙৈদগী হৌজিক ফাওবা মনিপুরী হিন্দুশিংনা পোকপা অমদি শিবা, ধর্ম্ম কর্ম্ম খুদিংমক্তা নট সংকীর্ত্তন

হায়বসি মনিপুরীশিংগীদমক্তদি পুক্নিং, ৱাখল, অত্মা, থম্মোয়বু লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা অমম্বা পুন্সি লম্বীদা লৌশিংগী মঙালগা লোয়ননা মায়াগী লাংদা থুরগদবা মীওই মপোক্কী থৱায়বু খুদুম চেৎনা পায়দুনা অচুম্বা অশেংবা লম্বীদা চৎচবা ঙম্বা লাইনিং-লাইশোনগা থানবা য়াদ্রবা শরুক্নি।

অদুবু ৱাজরিবদি ঐখোয়গী কলাগী লনগৈদগী লোইনাইদ্রবা সংস্কৃতিগী ৱারী শীঙবুল কয়াবু ঐখোয়গী ঈরোল-ঈয়েক্তা ইথোকপিদুনা তুংগী মীরোলগীদমক থম্বীরম্লবা হুমাং থোক্কা ৱাজবা ওজা গুরুশিংগী মশিংদি ঙসিগী মনিপুরদা খরা লিকই হায়দবা ঙম্লোই।

মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং হায়না মীংথোনবা লাইরিক অসিবু ইবিরিবা ওজা ইবুংঙো অসিনা মনিপুরগী লোইজিং-লোইয়া শিনবা থুংনা কোয়না চৎতুনা, মহা কবি ভক্তশিংগী অমৃতগুম্লবা ৱাহৈগী ফজবা শৈরেং কয়াবু ইমারোন্দা শক-শোঞ্জবা অতাবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী থম্মোয়দগী হৌরকপা পীরাংগা লোয়ননা অসুম্না হায়খিবা লৈ, খোয়থুম্লবা নঙ্গী খোঞ্জেলনা পিগী ঈথক হৌহন্দুনা প্রেমগী ঈপাক্তা চিংথরে ঐখোয়বু, মঙ্গল ওইয়ু, অসুম্না বর পীবীখি বৈষ্ণবশিংনা অইবা ওজা শ্রী হৈতোনগী মফমদা। অদুনবু ওইরৱা ঙসিদি খাঙ্ঙমদ্রবা ৱাখলগী ঈহুল অমনা লমজিংদুনা তুংগী মীরোলগীদমক, য়াইফনবগীদমক ফোঙলরে অইবগী ''মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং''। লাইরিক অসি হৌরকইবা ইবুংঙো-ইবেম্মা কয়ানা নট সংকীর্ত্তনবু শকচ-শোঞ্জবদা মতেং খরদং ওইরবসু পাংবা ঙম্লগনি খল্লি অমদি নট সংকীর্ত্তনগী লমদা ফীদা অমদি ফংলগনি। মতুং তাবদসু অসিগুম্বা লাইরিক কয়া ফোঙলকখিগনি হায়বগী থাজবসু অইবগী মফমদা থমজরি লোয়ননা মঙাল নাইবা ওজা গুরুশিংনা অমৃতগুম্লবা ঐখোয়গী কলা সংস্কৃতি অসিবু মনিপুরী লোনখক্তা নত্তনা পৃথিবী পুম্নমক্কা খঙনরবা লোন্দা ইবীদুনা পৃথিবীগী মীওই খুদিংমক্কা কোক নোনবা হায়বদুমদি শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মফমদা থৌজানবীবা হায়না নিজরি।

**এল. ৱাজেন সিংহ**
প্রিন্সিপাল
কলেজ ওফ আর্ট এন্দ কলচর
মোইরাংখুনৌ

মোইরাং খুনৌ
তাং ১২।১।২০০৭

# বাহৈ খরদং

মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং কৌবা লাইরিক অমা মোইরাংখুনৌদা লৈবিবা ওঝা ইবুঙো শ্রীলাইশ্রম হৈতোন সিংহনা, ওঝা গুরু খঞ্জবা, কুপ্না তমজহৌবগী মহৈনা কান্নরবা তুংলমচৎকী মীরোন্দা ঈশৈ নোংমাইবু পামজবা, নাম শোঞ্জবগী লমদা পীবিবা চাউরবা দাননি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মতিক মগুণ লৈরবা নট সংকীর্ত্তন অমদা চঙদবা য়াদ্রবা ভাব, রস, ৱারী-ৱাখোঙগী, কুপখ্রবা নুংগী ওইবা তত্ত কয়া, সংকীর্ত্তনগী নুংদা চেল্লিবা ঈচেল অসি ইবিদুনা নৌনা তমখৎলক্লিবা ঈশৈবু পামজবা মহৈরোয়শিংগীদমক্তদি কান্নরবা লাইরিক অমা ওইহৌরগনি।

ভারতকী মনুংদা সংকীর্ত্তন মখল কয়া লৈ। চাউরাক্লা মঙা থোক্লা খায়দোকপা য়াই।

১। নাম সংকীর্ত্তন

২। বেঢ়াই কীর্ত্তন।

৩। বৈথা কীর্ত্তন।

৪। গুণ কীর্ত্তন।

৫। মহা সংকীর্ত্তন।

মনিপুরদা চৎনরিবা সংকীর্ত্তন অসিদি অসুক্কী মতিক থাকৱাংবা ফজখ্রবা মহাযজ্ঞগী মশক্নি। নট সংকীর্ত্তন অসি শেম্লকপা মতমদা ৺ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মতমদুগী পণ্ডিত মাইচৌ কয়া কুপ্না তান্নদুনা হান্না চৎনরম্বা ধর্ম্মগা মরি লৈননা শেম্লমবা ঐখোয়দগী ওইজবা সংকীর্ত্তন মওংনি।

অসিগুম্লবা তুংলমচৎকী ধর্ম্মগী ওইবা সংকীর্ত্তনগী কান্নরগদবা লাইরিক ''মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং'' কৌবা অমা

পুথোকপিরকপা অসিদা, ওঝাবু তৌবিমল খঙবা উচ্চরি, অসিদা ইকায়খুম্নজরি। মতুংদসু লৈপাক্কী কান্নরগদবা লাইরিক কয়া পুথোকপিবা ঙম্বা ওইহনবিয়ু হায়দুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী চরন্দা খুরুমজরি।

ইতি।

মাইস্নাম কামিনীকুমার সিংহ
প্রধান গুরু (প্রিন্সিপাল)
জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেবী
ইম্ফাল।

ইম্ফাল।
তাং ২৪-৩-২০০৭ইং

# বাহৈ খরদং

লাইশ্রম ওঝা হৈতোন সিংহনা ইবিবা ''মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং'' ঐহাক্না খুৎইদা পাজরে। ওঝাগী লাইরিকসিদা হিন্দু সম্প্রাদায়গী চৎনবী পুন্সিগা শাগোন্নবা লাইনিং-লাইশোল কয়ামুক অমদি নট সংকীর্ত্তনগী অকুপ্পা ৱারোল নিংথিনা নৈনবিরবা লাইরিক অমনি হায়জনিংই। লাইরিকসি ঙসি মনিপুরদা নাম শোনবিরিবা ওঝাশিংনা মীওইবগী পুন্সিগী থাংখাং-থাংখাং কয়াদা ঈশ্বরদা হায়বদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা সংকল্পগা লোইননা ইচা-ইশুগীদমক, অহল-লম্মনগীদমক তৌবা কর্ম্ম কয়া হায়বদি না-হুৎপা, যজ্ঞদগী হৌরগা, লুহোংবা, শ্রাধ কয়াদা শোনবা ঈশ্বরগী হায়বদি শ্রীহরিগী অমদি শ্রীমতী রাধিকাগী যুগ মরিগী শাযোনশিংগী নাম সংকীর্ত্তন হৌবা অমদি নাম সংকীর্ত্তনগী অরোইবা যুগল প্রার্থনা শুনবা লাইরিক অসিদা নৈনবিরি। অসিগুম্বা লাইরিকসি লমদম অসিদা শ্রীহরিগী নাম শোনবা, তম্বা হৌগৎলল্লিবা ছাত্র-ছাত্রী কয়াদা য়াম্না কান্নবা লাইরিক অম ওইগনি অমদি শ্রীহরিগী যুগ মরিগী শায়োনশিংগী লিলাবু খঙননবা হোৎনবিরিবা ভক্ত কয়াদা য়াম্না কান্নহনগনি হায়দুনা ঐহাক্না আশা থমজরি। লোইন-লোইননা হরি সংকীর্ত্তনগী সেবারি লমদমসিগী শক্লাইরবা-শক্লাইরবী ওঝা কয়াদসু লাইরিকসিনা যাম্না কান্নহনগনি। লোইন-লোইননা মনিপুরগী কলা অমসুং সংসকৃতিবু অৱাংবা থাক্তা থিজিনবিরিবা ইবুংঙো-ইবেম্মা কযাদসু লাইরিকসিনা মতেং যাম্না পীবিগনি হাযবা আশা থমজরি। লোইন-লোইন্না মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন শৈরেংবু থোমজিন্দুনা ইবিরিবা ওঝা লাইশ্রম হৈতোননা মতুংদসু সংকীর্ত্তনগী অনৌবা লাইরিক কয়া পুথোকপিরকপগী শক্তি শ্রী হরিনা ওঝাগী লৌশিং-থৌনা, পাঙ্গল হাপ্পিনবা ঈশ্বরদা খুরুমজরি। লোইননা লমদমসিগী সাহিত্যগী পুক্কৈদা তাইবং মপুগী মিংলেন শক-শোঙ্গবা অনৌবা লাইরিক কযা পৈখৎপিহৌসনু হায়দুনা ঈশ্বরদা খুরুমজরি।

ইম্ফাল

তাং ২৮।১।২০০৭

অদোমগী

ডাক্তর শ্রীমতি সরোজিনী দেবী

দাইরেক্তর

আর্ট এন্দ কলচর,

গোভর্নমেন্ট ওফ মনিপুর

# হিরম লমাই মনিপুরী নট সংকীর্ত্তন শৈরেং

শ্রীশ্রী গোবিন্দ ভ্যাং নমঃ ।।

শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দ ভ্যাং নমঃ ।।

শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দ চরন কমল ভ্যাং নমঃ ।।

শ্রীশ্রী কৃষ্ণ চৈতন্য চরন কমল ভ্যাং নমঃ ।।

শ্রীশ্রী নিত্যানন্দ চরন কমল ভ্যাং নমঃ ।।

শ্রীশ্রী অদ্বৈত চরন কমল ভ্যাং নমঃ ।।

শ্রীশ্রী গদাধর চরন কমল ভ্যাং নমঃ ।।

শ্রীশ্রী শ্রীবাস চরন কমল ভ্যাং নমঃ ।।

মুকুন্দ মুরারি বক্রেশ্বর হরিদাস

চরন কমল ভ্যাং নমঃ ।।

# সংকীর্ত্তনগী মরমদা নৈনবা

## নবদ্বীপ কৌখিবগী মরম

নবদ্বীপ হায়বসি ক্রোস ১৬না কোই। নবদ্বীপ কৌখিবগী মরম মখাদা ইজরি।

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা নববিধা নব ভক্তিবু মফম অসিদা হৌরকই অমসুং পুথোকখি হায়দুনা মফম অসিবু নবদ্বীপ কৌরিবনি। অদুদা নত্তনা প্রেম ভক্তিগীসু হৌরক্‌ফম্নি হায়নরি। কনা অমনা হায়রি, নত্তে শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুদি শচিগী গর্ভদা থা ১৪ নাওপুরগা শকাব্দ ১৬০৭ খৃষ্টাব্দ ১৪৮৫দা পোকখিবনি। গৌরাঙ্গ পোকত্রিঙৈ চহি চা কয়াগী মমাংদগী নবদ্বীপ লৈরে হায়না য়ানিংদবা কাঙলুপসু য়াওরি। মফম অসি মী তারমদবদগী খড়িয়া তুরেল মনাক্ত লৈঙোই সেক্তা মথক্তা খুঙ্গং মচা অমা তাখি। খুঙ্গং অসিগী মমিং নবদ্বীপ কৌখি। ভক্তশিংনা পামজবদগী নববিধা নব ভক্তি। ভক্তি মাপনদা হায়জিল্লগা থোনজিনবনি হায়নবসু য়াওরি। মফম অসি কনাগুম্বনা নদিয়াসু কৌনৈ। অদুগা অমরোমদা তন্ত্রিক সন্যাসিনা নুমিদাং খুদিংগী থাওমৈ ৯ (মাপন) থান্দুনা তন্ত্রিক সাধন্ তৌখি হায়বদগী থাওমৈ ৯ মমিং লৌদুনা নবদ্বীপ কৌখিবনি হায়নবসু য়াওরি।

অসি নত্তবা অমসু হায়নরি মদুদি নবদ্বীপ হায়বসি ক্রোস ১৬নি অসিগী মনুংদা দ্বিপ মাপল (৯) লৈ। মদুদি

(১) অন্ত দ্বিপ
(২) সিমান্ত দ্বিপ
(৩) গোদ্রুম দ্বিপ
(৪) মৈধ্য দ্বিপ
(৫) কোল দ্বিপ
(৬) ঋতু দ্বিপ
(৭) জাহ্ন দ্বিপ
(৮) মোদদ্রুম দ্বিপ
(৯) রুদ্রা দ্বিপ ॥

হায়রিবা দ্বিপ ৯ অসিগী মমিং লৌদুনা নবদ্বীপ কৌখিবনি হায়বসু যাওই।।

## ভক্তি ৯গী মমিংশিং অমসুং লৈনবা মরি

(১) শ্রর্ববনম্
(২) কৃতর্নম্
(৩) বিষ্ণু স্মরনম্
(৪) পাদ সেবনম্
(৫) অর্চ্চমনম্
(৬) বন্দনম্
(৭) দাস্য
(৮) সায়ক্ষ
(৯) অস্মা নিবেদনম্

হায়রিবা ভক্তিসি চৎপদগী হরিবু ফংখিবশিংগী মখাদা ইজরি।

(১) হরি নাম তাজবদগী, পরিক্ষিত শ্রীহরি ফংজখি।।
(২) শ্রীহরি শোঞ্জবদগী, শুকদেব শ্রীহরি ফংজখি।।
(৩) নিঙজবদগী প্রলহাদনা, শ্রীহরি ফংজখি।।
(৪) চরন পামজবদগী লক্ষ্মীনা, শ্রীহরি ফংজখি।।
(৫) পুজা কৎপনা পৃথ্বিরাজনা, শ্রীহরি ফংজখি।।
(৬) খুরমজবদগী আক্রুরনা, শ্রীহরি ফংজখি।।
(৭) মনাই ওইজবদগী হনুমান, শ্রীহরি ফংজখি।।
(৮) মরুপ ওইনা নিঙজবদগী অর্জ্জুন, শ্রীহরি ফংজখি।।
(৯) মশা কৎচবদগী বালি রাজনা, শ্রীহরি ফংজখি।।

হায়রিবা ভক্তি অসি প্রভুনা ভক্তশিংদা তম্বীদুনা ভক্তি মাপনং চৎলি হায়দুনা মফমসিবু নবদ্বীপ কৌনৈ হায়বা অমসু থেংনৈ।

ইতোপ তোপ্পা ৱারি অমনা, বৈকুন্থগী ৱারিনি। বৈকুন্থদা দেং সভাগা তিন্নবদা শ্রীহরি বিষ্ণুগী চরন্দা ব্রহ্মানা হংগৎলি, প্রভু ঐগী ইবুঙোনা সৈত্যা-ত্রেতা-দ্বাপুর-কলি অসিদা অবতার ওইবিদৌরিব

মুর্ত্তি অদু অমুক্তা অমম মমতা ওইনা পিবিয়ু ননায় ঐখোয় দর্শন অমুক্তা ফংজগে হায়না হায়জরবদা ইবুঙোনা চানবিদুনা লাইয়ামগী মাঙদা যুগ মরিগী অবতারগী মুর্ত্তিবু দর্শন পিবিখি। কলি যুক্কী অবতার শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী মুর্ত্তি দর্শন ফংবদা ব্রহ্মা, শিবনচিংবা লাইশিংনা থৈন্যনি থৈন্যনি কলি থৈন্যনি, অবতার পুম্নমক্তগী কলিগী অবতারনা ইনৌ নৌনা নুংশি ঐগী ইবুঙোনা অবতার তৌগদৌরিবা মফম অসিদি নবদ্বীপ কৌসি হায়না দেব সভানা গৌরচন্দ্র অবতার ওইদ্রিঙৈ আ: মমাঙদগী লাইশিংনা থোল্লম্বা নবদ্বীপনি হায়নসু গুরুশিংনা তাকপিরম্বসু লৈ।

শ্রীভগবান শ্রীহরিনা যুগ যুগ খুদিং মতম মতমগী অবতার তৌরম্‌দাইদা ব্রহ্মা, শিব, শোরারেল লাইয়াম খঙহল্লি। ইবুঙোগী অবতার কৃম্বা খুদিংদা লাই পুম্নমকসু অবতার তুং ইল্লি। মসিগী সিধন্তদি শ্রীমৎভাগবৎ, রামায়ন অমসুং মহাভারত পুরান্না ময়েক লানা তাকই। মদুদি শ্রীরামচন্দ্র ভগবান্না মনাও ইবুঙো লক্ষ্মন্দা কলি চরিত্র লীবিখি। মনাওগী চিংনবা কোক্‌হনখি। অমনা দ্বাপুর যুক্তা বৃন্দাবন্দা নোংমা শ্রীকুন্দদা শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মনা ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোমদা মোন খাঙলগা দিবা সোয়োন ওইখি। মতম অদুদা ইবেম্মাগী সোফোন্দা হায়বদি মঙদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা শ্রীগৌরাঙ্গগী মুর্ত্তি লৌরগা শ্রীরাধিকাগী মফমদা ভিক্ষা নিবা, ইবেম্মনা মিকপ্‌ থোরকপদা, ইবুঙোদা হংখি, মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা তাকপিখিবা সফনাম মৃতগী ৱারিসু চাউনা লৈরি। মরম অসিনা নবদ্বীপ শ্রীগৌরাঙ্গ পোক্ত্রিঙৈদগী নবদ্বীপ লৈরম্মি হায়বসি বেদ পুরানগী মতুং ইন্নদি লান্দ্রবনি হায়নসু তাকপিরম্মী।

হন্দক কলি জীব উধারগীদমক্তা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা লিংখৎপিরিবা মহাসংকীর্ত্তন অসিদি ঙসি তারে ওক্তে হয়েং তারবসু পেন্দে ইনৌদা নৌবা প্রেম ভক্তিগী হৌরক্‌ফম্‌ মরুওই ফজবা খিবিক্কি তুংনফম্‌ ওই অবতার খুদিংদগী নৌনা নুংশিবা শ্রীগৌরাঙ্গগী অবতার মফমদি নবদ্বীপ কৌবনি হায়নসু তাকপিরম্মী।

(১) দ্বিপ ৯ অসি করম্না থোনখিবনো হায়বদু গুরুশিংনা তাকপিরম্বগী মতুং ইন্না মখাগী অসুম্না থমজরি। অমনা অন্তদ্বিপ (মায়াপুর) হায়বসিগী মরম ব্রহ্মানা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বর শেংই শেংদে চাং য়েংনিঙদুনা, ষন্ য়াম গোপ রাখাল কয়া হুদুনা গোবর্বধন চীঙমায় অমদা লোত্তুনা থমখি। শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা ব্রহ্মাগী চিংনবসে কোক্‌হলবিরগে খল্লদুনা, ইবুঙোগী ইশানা ষন্ মশিং ৱাত্তনা রাখাল মশিং ৱাত্তনা পুথোক্তুনা শান্নরবদা ব্রহ্মানা তশেংবা ভগবান্নী খঙলবদা চঙজরে শ্রীকৃষ্ণদা। লানজরে ইবুঙো চঙজরি চরন্দা অঙক্‌পা ইবুঙোগী লিলা খঙজরুদবনা ননাইনা। ইরালগী মতিক চাবা দন্দি পিবিয়ু। ননাইনা হৱাওনা লৌজগে ঐগী ইবুঙোগী যুগ অবতারগী অঙক্‌পা লিলা অসিদদি ননাইসু য়াওজগে হায়না নিজখি কপ্লদুনা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙো মনাইনা খুদুম চনবা ভগবাননিনা নুংশিবা ৱাহৈনা তাকপিরকই ব্রহ্মা যুগকী লিলা য়াওগে হায়বদুদি য়াওজরো অদুগা নঙনা তৌবা কর্ম্মদুগী মহৈদুদি নঙনা ফংঙু। ষনবী ষন্নাও মপীগা মচাগা কায়নবা, রাখালশিংনা মমাগা মচাগা শেৎন খায়নবগী অৱা মৈচাক অদুগী মহৈদি ঐনা কলিদা অবতার তৌগদৌরিবা অসিদা নঙনা হরিদাস হায়না ব্রাহ্মন শাগৈদা পোকলুরো। নঙ পোকপদগী থা ৬ শুবদা নপা নমা কায়নদুনা যৌবন লক্তা চাউরগা হরি নাম য়েন্দুনা অথোইবা ভক্ত ওইজরো হায়না য়াথং পিবিখি॥

মবুংঙোগী কৃপা য়াথং কোক্তা হাপচবগা ব্রহ্মানা অবতার তৌদুনা অন্তরগী ৱাবু ঙাকনা হরি নাম শোন্দুনা অথোইবা গৌর ভক্ত ওইনা পোকখি। মরম অসিদগী মফম অসিবু অন্তদ্বিপ হায়নসু খঙনখি।

শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোগী নুংশিবা শাথেক কুচু লোৎসিল্লগা শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মগী বর্ননা মপান্দা থোল্লগা অনিনা অমত্তা ওইনা অবতার তৌই হায়দুনা মফম অসিবু মায়াপুর হায়নসু কৌনৈ। মরম অসি লৈবনা গুরুশিংনা সেই বৃন্দাবন সুধ বৃন্দাবন এ নবদ্বীপ গুপ্ত বৃন্দাবন সোমান সোমান চিন্তা মনি ধাম হায়না থম্বীরম্মী।

(২) সীমান্ত দ্বিপ: শিব মহাদেবদা পার্ববতিনা হংজখি, শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোগী মথঙগী লিলাবু। মতমসিদা শিবমহাদেবনা দ্বাপুর লোইরগা

কলি যুক্তা, শ্রীগৌরাঙ্গা ওইনা নবদ্বীপতা অবতার তৌরগদৌরিবা ৱারি তাকপিখি। মদু তাবদা পার্ব্বতি ইবেম্মসু ইবুঙোগী লিলা য়াওবা অমসুং উবা পামজবনা শিবনা তাকপিবা মফমদুদা চত্তুনা শ্রীগৌরহরিবু অরাধন তৌজখি, হায়বদি নিঙজখি। পেনবিদুনা শ্রীগৌরহরিনা মুর্ত্তি দর্শন পীবিখি। পার্ব্বতিনা ইবুঙোগী চরন ধুলি লৌজরগা সীমন্তদা হাপচখি। মরম অসিদগী মফম অদুবু সীমন্তদ্বিপ কৌখিবনি। সীমন্ত হায়বসি মনিপুরীদা শমখাইরেননী শিংগ্রেং হায়না হায়নবসু য়াওই।।

(৩) গোদ্রুম দ্বিপ: সোরারেন্না সুরভী ষনবী পুরক্তুনা ইবুঙোগী লিলা পামজবদগী শ্রীগৌরহরি অরাধন তৌজখিবা মফম অদুবু ''গোদ্রুম দ্বিপ'' হায়না খঙনখি।

(৪) মধ্য দ্বিপ: সপ্তঋষিনা প্রভুগী পাদ পদ্ম ধ্যান তৌজবদা প্রভুনা পেনবিরদুনা মধ্যান (নুমিৎ য়ুংবা) মতমদা দর্শন পিবিখি হায়বগীদমক মফম অসিবু মধ্যদ্বিপ হায়না খংনখি।

(৫) কোল দ্বিপ: বাসুদেব কৌবা ব্রহ্মন অমনা কোলদেব অরাধন তৌজরবদা শ্রীগৌর হরিনা কোলদেব মুর্ত্তি ওইনা দর্শন পীখি। অদুদগী মফম অসিবু ''কোল দ্বিপ'' হায়না কৌখি।

(৬) ঋতু দ্বিপ: ঋতু তরুক্না ঋতু রাজ বসন্তগা লোয়ননা প্রকৃতিগী মপু গৌরসুন্দর অরাধন তৌজখি। নিঙজরুবা পুম্নমকসু থুংজখি মদুদগী ঋতু দ্বিপ হায়না থোনখি।

(৭) জহ্নু দ্বিপ: জহ্নু মুনিনা গৌরহরি (চরন) অরাধন তৌরিঙৈদা গঙ্গানা মফমসি থুমজিনলকখি। মুনিনা শাওরক্লবদা গঙ্গাবু খুয়া অমতা ওইনা থকচিনখি। মতুংদা ভগীরথীনা হায়বদা য়াবীরদুনা মুনিনা নাকোংদগী অমুক চেন্থহনখি। মসিদগী গঙ্গাবু জাহ্নবী কৌখিবনি। মুনিগী মমিং লৌদুনা মফমসি ''জহ্নু দ্বিপ'' হায়না কৌখি।

(৮) মদদ্রুম দ্বিপ (মোদদ্রুমাদ্বীপ): ত্রেতাদা রামচন্দ্রনা পৃতি সত্য পালন লাকপদা মফমসিগী সনাখোঙনাং মখোঙদা লক্ষ্মন সীতা অনিদা ওইরক্কদবা অবতারগী ৱারি কয়া অমসুং গৌরাঙ্গ স্বরুপ স্বয়ং দর্শন পীবিখি। মদুদগী মোন নুংঙাইবা পোকখি। মোন হায়বা

খোঙ্হোক্তগী মোদদ্রুম দ্বিপ কৌখি। দ্বাপুরদা পাণ্ডব মণ্ডানা বন্দ লাকপদা য়ুধিষ্টিরনা রাম কৃষ্ণ অনিবু ধ্যান তৌবদা রাম কৃষ্ণ অনিনা গৌর মুর্ত্তি দর্শনগা কোন্ননা পীখি। মাগী পেনজবা মতৌদা মহৎশিংগী অথোয়বা য়ুধিষ্টিরগী মমিংদগী ''মহৎপুর'' হায়না কৌন্নখি।

(৯) রুদ্র দ্বিপ: রুদ্রেশ্বর (মহাদেব)না স্বয়ং ওইনা লাক্তুনা শ্রী গৌরহরিগী লীলাবু শকচ-শোঞ্জখি। অদুদগী ''রুদ্র দ্বিপ নত্রগা রুদ্রপর'' হায়না কৌখি।

মথক্কী দ্বিপ ৯ অসি অমুক্তা ওইনা পুন্না লৈ হায়দুনা নবদ্বীপ হায়না কৌবনিসু হায়নরিবনি। হায়রিবা মখৈ পকচৈ, সমুদ্রদা তুরেলশিংনা তিনবগুম্বনি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে ঙসিদি নবদ্বীপ গৌর সম্প্রদাইগী অশেংবা তীর্থ হায়বদু ওইরে। ভক্ত কয়ানা মসিবু অমুক্তং য়ৌবা ঙমজরবদি অমদি ঈশ্বরগী দর্শন ফংজবা ঙম্লবদি পোকপগী মহৈ য়াল্লে হায়না খন্দুনা নুমিৎ খুদিংগী দর্শনগীদমক লাক্লবা লেপত্রি।

# গুন্দিচাগী মমাং মপোক

ত্রেতা যুক্তা গুন্দিচা রাবনগী মচন নুপি সুর্পনাখা ওইরম্মী, পঞ্চবতি বন্দা শ্রীরামবু উবদা পামজমনখিদুনা মনাও ইবুঙো রামানুজা লক্ষ্মনদা লঙজরুবদগী মনাগা মনাতোনগা কক্‌খি। রামনা রাবনবু বধ তৌরবদা শ্রীরামগী চরন্দা সুর্পনাখানা হায়জখি, হে রাম ইবুঙো নঙগী নতিক নগুন্না ফত্তবা হিংচাবা তুম্‌খ্রে তোল্লবী ননাই সুর্পনাখাবু চানবীয়ু চরনগী ননাই ওইজগে, সেবা ফংহনবিয়ু। শ্রীরামচন্দ্র ভগবান্না তাকপিখি- সুর্পনাখা নঙনা রাম ঐগী সেবা পামজবদো হন্দক্কী ত্রেতা যুগসিদদি য়াররোই। হয়েং দ্বাপুর যুগতা ঐবু ঙাইরম্মু, মতমদুদা নংবু ঐনা উধার তৌবিগে হায়না তাকপিখি। মরম অদুনা দ্বাপুর যুগতা কুবুজা (মথুরাদা) কংশগী মনাই মালিনি লৈলেংবী ওইখি। শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা কংশ বধ লেংলক্‌পদা কংশদা কৎনবা হায়না পুরকপা লৈ অদু কুবুজা কৌবী মনম হুল্লবী মশক থিরবী ত্রেতা যুগতগী ঙাইজরকপা মবুংঙোবু উবদা কুবুজানা লৈ অদু কংশদা কৎতদুনা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোগী শ্রীচরন্দা কৎচখি। পুম্নমক উবি খঙবিবা হরিনিনা খুদক্তা মনাই কুবুজাগী মনম হুল্লম্বা মুর্ত্তি অখিবা অদু মাঙখিদুনা ফজরবা কৈন্যা অমা ওনখি। মদু উবদা মথুরা বাশি পুম্নমক ঙক্লখি, শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোগী মগুনবু শোন্নখি। মতমসিদা মনাই কুবুজানা হায়জখি, ইবুঙো ননাইবু চরনগী সেবা অমুক্তা ফংজরগে। মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা তাক্‌পিখি, ঙায়খো কুবুজা নঙ্গা নিঙজবদুগী মতম ৱাৎলি। নংনা ঐগী সেবা ফংগদবা দ্বাপুরগী সেছ কলিগী প্রথম সন্ধ্যাদা নোংমতা নত্তনা নুমিৎ তরানি চুপ্পা দর্শন ফংজৌ হায়না তাক্‌পিখি। মরম অসিনা দ্বাপুর সেছ ওইরবদা শ্রীকৃষ্ণ সর্গহোল ওইরদুনা জগৎনাথ জগবন্ধু নির্পোন তৌরিবা অসি ইবুঙোদি, নিঙজবগী মখাপোল্লি। ভক্তনা খুদুম চল্লি হায়না ভগত্ত বসল মিংথোল ফংলিবা হরিনিনা মনাইগী নিঙবা থুংনবগীদমক জগবন্ধুনা ইঙেনগী নিনি পানবা নুমিত্তগী মনাই ইন্দ্রদুম্না নুমিৎ নিপান্নি সেবা তৌরগা নুমিৎ নিনি অমা নিঙোল পালি হায়না লৈরিবা অসিনি। মাপান্দদি ইন্দ্রদুম্নাগী সেবা ওইনা উবতনি নুংগী রসদি ত্রেতা যুক্তগী নিঙজরক্লিবা মনাই গুন্দিচাগীদমক লেঙবিরকপা হরিনি। ইবুঙোবু

পামজবদগী ত্রেতাদা মনাগা মনাতোনগা কক্‌খিবা দ্বাপুরদা কুবুজা ওইদুনা মনম্‌ পোন্দুনা মুর্ত্তি থিনা বিকার কায়খিবগী মনাইগী লমন্‌ শিংবা ওইগে খন্দুনা শ্রীজগবন্ধুগী মুর্ত্তি ব্রাৎলিবা বিবরিত্ত অসি অঙক্‌পা হরিগী থৌজাল্‌নি মনাইগী মখা পোল্লি হায়বসি জগত্তা ময়েক লানা উহন্‌বিরিবা অসিনি হায়না গুরুশিংনা তাক্‌পিরম্মি।

# যুগশিংগী অথোইবা নামশিং

**সত্য যুগকী অথোইবা নামদি:**

নারায়ন পরা বেদা, নরায়ন পর ক্ষর,

নারায়ন পরমুক্তি, নারায়ন পর গতি॥

**দ্বাপুর যুগকী নাম:**

হরে মুরারে মধুটকট ঙারে।

গোপাল গোবিন্দ মুকন্দ শৌরে।

ষন্দেস নারায়ন কৃষ্ণ বিষ্ণো।

ত্রিরাশ্রয়ং মাং জগদীশ রক্ষ।

**ত্রেতা যুগকী নাম:**

রাম নারায়ননন্ত মুকুন্দ মধুসুদন।

কৃষ্ণ কেশব কংসরে হরে বৈকুন্ঠবামন।

**কলি যুগকী নাম:**

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।

হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।

**হরি নামগী মরমদা:**

কলিগী অথোইবা নাম অসি শ্রীগৌরাঙ্গনা পুথোক্লম্মী। নাম অসিগী মরমদা ''হরে'' হায়বা নামনা এক নাম ওই। ''হরে কৃষ্ণ'' হায়বা নামনা দ্বা নাম ওই অদুগা ''হরে কৃষ্ণ রাম'' হাযবা অহুম্না ত্রি নাম ওই। নামদি ১৬নি ময়েক্লা কুন্থ্রানিথোই (৩২)নি। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে। অসিগুম্বা মহামন্ত্রগী নাম অসিদি কৃষ্ণ অমসুং রাম হায়বা নাম অসিদি মহামন্ত্রদা মরি মরি য়াওই। অদুগা হরে হায়বা অসিদি ৮ লক য়াওই। হরে হায়বা অসিগী হরি শব্দগী সম্বোধনদা হরে থোকই। হরি শব্দদি পুর্লিঙ্গনি,

অদুদি শ্রীমতি য়াওদবা তারে। মরম অসিনা মহামন্ত্রগী মনুংদা য়াওরিবা হরে হায়বা সম্বোধন পদ অসিদি হরাগী (হুরানবা) সম্বোধন ওইরবদি শ্রীমতি ইবেম্মগা লোয়নৈ। হন্দক কলি কৌবা যুগ অসিদদি শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিমক্না অমতা ওইনা তিনখ্রবনা তারুক ব্রহ্ম নাম মহামন্ত্রদসু শ্রীমতি য়াওগদবনি অমসুং শ্রীমদ মহাপ্রভুনা অতৎপা লৈতনা শোনবা অদুমক মহা নুভাব গোস্বামী পাদশিংনা হায়রম্মী। হরে হায়বা পদ অসি হরাদগী থোকপনি। অদুনা মহাপ্রভুনা মহামন্ত্রবু অতৎপা লৈতনা শোনবনি হায়বসি প্রবোধা নন্দ সরস্বতিপাদনা হেক উহৌবা অদুমক মহাক্কী ভক্তি গ্রন্থদা লেংলমই। মরম অসিনা মহামন্ত্রদা য়াওবা 'হরে' বু প্রভুনা কৃষ্ণ বেশগী মতমদা শ্রীমতি রাধীকাবু কৌবনি। মসিনা মহামন্ত্রগী সংক্ষিপ্ত ভাবর্থনি অদুগা পর্দাথদি: 'হায়বদি কৃষ্ণ মন' ইতি হরা রাধা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিং হুই হায়দুনা শ্রীরাধাবু হরা কৌই। হরাগী অর্থদি হুরানবি হায়বনি। হরাবু সম্বোধন্দা হরে হায়।

''কৃষ্ণতি রাধা মন'' ইতি কৃষ্ণ। শ্রীমতিগী পুক্নিংবু চিংশিল্লি পেনহল্লি হায়দুনা রাম কৌই। অদুনা সম্বোধন কৌবগী অর্থদা হে কৃষ্ণ হে রাম হায়না লেংই। ইতি মহামন্ত্র সংক্ষিপ্ত আর্থ।

# ঈশৈগী রাগ পুরুস ৬কী মহারানি

১) নোংমাইজিং নুমিৎকী রাগদি মল্লোপনী। মাগী মহারানীদি :
   (ক) ধরনসি
   (খ) মানসী
   (গ) রামকেরী
   (ঘ) সিন্ধুড়া
   (ঙ) অশাবরী
   (চ) মৌরি রাগিনী অসিনি।

২) নিংথৌকাবা নুমীৎকী রাগ পুরুসতি মল্লারনি। মসিগী মহারানীদি:
   (ক) বেলাবলী
   (খ) পুরবী
   (গ) কানড়া
   (ঘ) মাধবী
   (ঙ) কোড়া
   (চ) কেদার তারুক অসিনি।

৩) লৈবাকপোকপা নুমিৎকী রাগ পুরুসতী শ্রীরাগনি। মসিগী মহারানীদি:
   (ক) গন্ধারী
   (খ) সুভগা
   (গ) গৌরী
   (ঘ) কৌমারী
   (ঙ) বেলোয়ারী
   (চ) ভৈরাগী তারুক অসিনি।

৪) য়ুমশকৈশা নুমিৎকী রাগ পুরুসতি বাসন্তনি। মহারানীদি:
   (ক) তুড়ী
   (খ) পঞ্চমী

(গ) ললিত
(ঘ) পন্ঠমঞ্জুরী
(ঙ) গুজ্জরী
(চ) বিভাস

৫) শাগোলশেন নুমিৎকী রাগ পুরুসতী হিল্লোন নি। মসিগী মহারানীদি:

(ক) মাযুরী
(খ) দীদিকা
(গ) দেশকরী
(ঘ) পহিড়া
(ঙ) বরাড়ী
(চ) মারহাতী

৬) ইরাই নুমিৎকী রাগ পুরুসতী র্কনাটক নি। মসিগী মহারানীদি:

(ক) নটিকা
(খ) ভুপালী
(গ) রামকিরি
(ঘ) গড়া
(ঙ) কামোদ
(চ) কাল্যনী

পুরুস তরুক (৬) মহারানী কুন্থ্রাতরুক (৩৬) পুন্না রাগ ৪২ নি। রাগ হায়বসি থা ১২ অসিগী পুরুস কোন্নরা লৈগনি হায়বা অমনা মথক্কী রাগ পুরুস ৬ অসিগী মচা অমমম লৌথৎলগা থা ১২ ওইবনি। মদুদি মখাদা:

১। মঙ্গল রাগ পুরুস। সারঙ্গী। সুহই
২। স্বানক রাগ পুরুস। দেবনারী। গোন্তকিরি
৩। পরজ রাগ পুরুস। আহীর। কদর্থ।
৪। কন্দর্প রাগ পুরুস। আড়ালী। মজ্ঞুতি।
৫। ঝল্লার রাগ পুরুস। নারায়ানী। গজি।
৬। হাসির রাগ পুরুস। কালি। কান্তি।

## কীর্ত্তনগী মরম

মান্দব মখোঙ তরানিথোই অসি থা ১২নি, অসিগী মনুংদা মায়কৈ নিপান সখি ৮ লৈ, মফমসি বৃন্দাবন্নি। অদুগা মান্দব মখোঙদি কলপ বৃক্ষনি মরোল অহুম থোক্লা মান্দব মখোঙ লৈববু নির্ভিত্ত নিকুঞ্জ ওইয়ে। মরম অসিনা ময়ায়গী আসনবু রত্ন আসন কৌয়ে। শ্রী রাধা কৃষ্ণ অনি লেঙদনা লৈ।

## সখিনা লৈবা মাইকৈ

(১) নোংপোক্তা, চিত্রা
(২) মৈরমদা, ইন্দুরেখা
(৩) মখাদা চম্পক্লতা
(৪) সঙ্কোংদা, রঙ্গদেবী
(৫) নোংচুপ্তা তুঙ্গবিদ্যা
(৬) কৌব্রুদা, সুদেবী
(৭) অব্লাংদা, ললীতা
(৮) চিংখৈদা, বিশাখা

অসিনা সখিনা মন্দলিগী থোঙ পুবনি মায়কৈ নিপান্দা।

## থৌবু অমসুং অরাঙফম

থৌবু কনানো হায়রবদি, শ্রী মতি রাধিকানি। অরাঙফম কনানো হায়রবদি ভগবতি পৌর্নিমসিনি। বার্তন তৌবদি শ্রী রুপ মঞ্জুরিনে। শ্রীরুপ মঞ্জুরিনা ললিতদা শিন্নরে। ললিতানা কমলা, লৈক্ষদা শিন্নরে। কমলা লৈক্ষনা বার্তন চংলি। চংলিবা বার্তনদি কনাদনো, শ্রীকৃষ্ণদনি।

ৱাহং:

১। মান্দপ করিনো?

২। মান্দপ মখোঙনা করিনো?

৩। সংকীর্ত্তন লিক্লোল অহুমসি করিনো?

৪। ময়ায়গী আসনদা করি লৈবগে?

৫। মান্দবকী মাইকৈ নিপান্দা লৈবা সখিগী মমিং ইয়ু।

৬। থৌবুনা কনানো?

৭। অরাঙফমদা লৈরিবনা কনানো?

৮। বার্তন চংলিবনা কনানো?

৯। বার্তন কংলিবনা কনাদনো?

## খোঙ হামফম

খোঙ হামফমদা লৈরিবা অসি অনি থোক্লা লৈ। মদুদি নুমিৎ নুমিৎ অদুগী সখিনা লৈগনি হায়বা অমা। অমনা মহাদেবনা লৈ হায়বা অমা অসিনি। মসিনা বৃন্দাবন বসনি সখি সেবাদা লৌরিবা অসিনা থৌবুনা শ্রীমতি রাধীকানি নিমন্ত্রন ফংদুনা লাকলিবা ভাবক্না শ্রীকৃষ্ণনি হায়বা ভাবতা ইবেম্মগী য়াথং পুদুনা ইবুঙোগী চরন শেংননবা সখিনা ঙাইজবনি হায়বা রস অমনি। অদুগা বৃন্দাবন্দা ইবুঙো ইবেম্মনা রাস শান্নবা মতমদা শিব মহাদেবনা খোঙ ঙাকই। কলিদদি হরি সংকীর্ত্তন্না রাস লিলানি মরম অদুনা রাসগী খোঙদি মহাদেবনা পুই হায়বা রস অসিনি।

মান্দব মখোং মাপন অসিনা নবদ্বীপ ভাবনি ময়ায়গী মখোঙনা সুমেরুনি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনি। বৃন্দাবন নবদ্বিপ অনি খেন্নদে।

(১) নোংপোক্তা শ্রী শিবানন্দ লৈ
(২) মৈরমদা শ্রী গোবিন্দনন্দ লৈ
(৩) মখাদা শ্রীবসুরামানন্দ লৈ
(৪) সঙ্কোং মধব ঘোসন লৈ
(৫) নোংচুপ্তা শ্রী মধব ঘোসন লৈ
(৬) কৌব্রুদা বাসুদেব ঘোস লৈ
(৭) অব্রাংদা শ্রীরুপ গোস্বামী লৈ
(৮) চিংখৈ শ্রীরামানন্দ লৈ।

ময়ায়গী মাত্রনা সুমেরুনি, ময়ায়গী রত্ন আসন্দা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু লেঙদনা লৈ। শ্রীগৌরাঙ্গ অসি রাধা কৃষ্ণ অনিনা অমতা ওইবনিনা সংকীর্ত্তনগী ময়ায়দা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনি লেঙদনা লৈ হায়বা রসনি।

ৱাহং:

১। খোঙ হাম ফমদা লৈরিবা করিনো?
২। মাইকৈ নিপান্দা ফম্বা ভাবক মকোক কনা কনানো?

## পুঙলোন অর্থ

তৎ তাং ধী গী তী হায়বা অসিনি। গন্ধর্বব কিনারনা চিংববু খন্দোন তৌই। ধৃগিতি ধৃগিতি হায়বা অসিনা প্রেম মধুর্য্যবু পুরিয়ে। দ্রুম দ্রুম হায়বা অসিনা অঙ্কুরগী মশক ওইয়ে। দৃগ দৃগিতি হায়বা অসিনা পাপ্না মন্নবা মিৎপু পাঙদুনা প্রেম পোকহল্লি।

ঘাৎ হায়বা অসিনা ব্রহ্ম বোধগী পাপ ডাকিনী যোগিনি প্রেত বিঘ্নীনচিংবা ঘাৎনা নোইহৎলি অমদি মাঙহল্লি।

মেননা সম্বতার হায়বদি রতি প্রেম মধুর্য্যনচিংবা মফম খিবিক্তা শন্দোকই। অমনা রস রাজ ভাবপু তিল্লি হায়দুনা রাজ মিলন কৌখিবনি হাযনসু তাকপীরম্মি।

ৱাহং

১। তৎ তাং ধী গী তী করি ঙম্মী ?

২। ধৃগিতি ধৃগিতি করি ওই ?

৩। দ্রুম দ্রুম হায়বসিনা করি ওই ?

৪। দৃগ দৃগিতি হায়বসিনা করি ঙম্মী ?

৫। ঘাৎ হায়বসিনা করি ঙম্মী ?

৬। মেন হায়বসি করিদগী কৌখিবনো?

## ঈশৈ রাগগী অর্থ

ত হায়বসিনা তাইবং মপু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মশক্কী।

ঋ হায়বসিনা রাগিনিনী শ্রী মতি রাধিকাগী মশক্কী।

ন হায়বসিনা রাগ পুরুষনি।

ত হায়বা অসিদি রাগ রাগিনী অনি পুল্লে হায়নসু তাকপিরম্মী। ঘোর- পঞ্চম-দৃঘ- গৌরবোৎ অসিনি। মুর্ত্তি শাগৎলিবনি হায়নসু তাকপিরম্মি। ঘোরনা দিহেনি পঞ্চম জীবনি দৃঘনা থৱায়নি হায়নসু তাকপিরম্মি।

মনিপুর নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ রাগদি অসুক্কী মতিক য়াম্মী। অদুবু নুমিৎ তরেৎনি অসিগী কোন্নবা রাগ পুরুস তরুক্কি, অমনা পুরুবীনি অদুনা রাগ পুরুস তরুক্কী মহারানি অমদি মচা মশু য়াম্না য়াম্মী। য়ামখ্রবা রাগ পুন্নমকসে।

ত-ঋ-ন হায়বা অসিদগী ঋতুগী মতুং ইন্না থোকখিবা অমদি লাই ওইরবা গুরুশিংনা থম্বীরম্বা ঙাক্তনি।

অসুম্না য়ামখ্রবা রাগ অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না লুবা রাগ অহুম লৈ মদুদি: (১) রতি সুখ রাগ (২) পুক্লিংগী রাগ (৩) ঈশৈগী রাগ অহুম অসিনি।

১৯১৫ ইংদা ফোংখিবা কীর্ত্তনিয়াদা অসুম্না ইরম্বা থেংনজৈ। মদুদি শ্রীকৃষ্ণ চৈতৈন্য মহাপ্রভুগী শ্রীঅঙ্গদগী অহানবদা মশক মঙা ওইরে। মদুদি ধুপ্না গন্ধনে, দ্বীপ্না বর্ননে, চন্দন্না স্বরুপনে, লৈনা সন্দেসনে পানানা রসনে। মঙা অসিনা অথুম্বা খঙনবা দুতিগী মশক ওইনা ইরম্বা থেংনজৈ অবদ্বৈত নিত্যাইনন্দ গৌরাঙ্গ গদাধর শ্রীবাস।

অমরোমদা নিত্যাইনন্দ, গৌরাঙ্গ, গদাধর, শ্রীবাস কন্ঠীমালা হরি নাম, উপাসিক, উপাস্না, মঙা অসিমা।

ভাব প্রেম রস তত্ব ভক্ত ভক্তি অসিনচিংবা খিবিকপু পুথোক্খি।

ভক্ত মখল অনি থোক্না ইরম্মী মদুদি পঞ্চ রস, পঞ্চ তত্ব অনি অসিনি।

(১) শ্রীবাস
(২) মুরারি
(৩) মুকুন্দ
(৪) গোবিন্দ
(৫) দামোদর মঙা অসিনা পঞ্চ রসনে।

(১) গদাধর
(২) শ্রীরুপ
(৩) সনাতন
(৪) অবদ্বৈত
(৫) নিত্যাহ্নিন্দ মঙা অসিনা পঞ্চ তত্বনে সুমেরুদী শ্রীগৌরাঙ্গনে।

## রাগ অহুমগী নুংগী ভাব

(১) রতি সুখ রাগনা সংসার শেম্মী।
(২) পুক্লিংগী রাগনা জীববু হিংহল্লি।
(৩) ঈশৈগী রাগনা থম্মোয় পোথাহল্লি।

অমনা ঈশৈগী রাগ হায়বা অসিদা পুঙনে করতান্নে কোন্ননা ত-ঋ-ন-ত-ন হায়রিবা রাগ হৌরিবা অসি শ্রী রাধা গোবিন্দ অমদি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী মুর্ত্তি (শাগৎপনি) শাগৎলিবনি। মসিদা কায়বা ফত্তে য়াম্না লুই হায়না তাকপিরম্মী। রাগ কায়বা হায়বসি ইবুঙোগী মুর্ত্তি শাগৎপা অদুদা কায়রবদি ফত্তে মচাদা মশুদা শোইনাইবা ওইগল্লি হায়নসু তাকপিরম্মি।

ৱাহং:

রাগ পুন্নমক্তগী মরু ওইবা রাগ অহুম লৈ। মদু করি করি রাগনো?

## সংকীর্ত্তনগী নিয়মদা
## (পুঙগী নিয়ম মরোল)

পুঙ অনি য়ৈগনি, নামতা য়ৈবদি খোঙকাপ ৱাৎপা কৌই হায়নসু তাক্পিরম্মী গুরুশিংনা।

## রাগ অচৌবা হৌরবদি

অহানবদা পুঙগী মনাওনা চৈতৈন্য নিত্যাই হায়না (য়ৈরগা) অহুমলক্ য়ৈরগা পুঙগী মরুনা রাধা কৃষ্ণ হায়না অনিরক য়ৈগদবনি। হরি বোল হরি বোল হায়নসু য়ৈগনি।

## করতালগী নিয়ম

করতাল পায়রমদায়দা য়েৎকী মরিদা হরি নাম মহামন্ত্র অহুমলক, ওইগী মরিদনা অনিরক নান্গনি। অদুগা করতালসু চৈতন্য নিত্যাই হাযনা অহুমলক য়ৈগনি। অদুগা হরিবোল হরিবোল হায়নসু শোন্গনি। অসুম হায়নসু তাক্পিরম্মী।

করতালনা শোল্লিবা অসি অতৈ নত্তে হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ হায়না শোল্লিবনি হায়নসু থম্বীরম্মি।

## মাণ্ডব কীর্ত্তন মখল

কুণ্ডলি অমদি মণ্ডলি মন্দির পঞ্চ তত্ব বিষ্ণু তত্ব মঙা থোক্লা তাকপিরম্মী

(১) খোঙহামফম
(২) ভাণ্ডারি মফম
(৩) ৱালহৌফম্ মফম অহুম অসিবু কুণ্ডলি কৌই।

মাণ্ডব মখোঙ কোইহিবা অসিনা মণ্ডলি কৌই। ময়ায়দা

(১) হৈরুক
(২) পানা

(৩) লৈ চন্দন

(৪) ধুপ

(৫) দ্বীপ অসিবুসু পঞ্চ তত্ব কৌই।

থারিবা আসন অদুবুনা বিষ্ণু তত্ব কৌই।

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী শ্রীঅঙ্গদগী পঞ্চ তত্ববু চিংথোক্লে। শ্রীবাসনা ঈশৈ হল্লে অবদ্বৈতনা পুঙ য়েরে গোবিন্দনা তুং ইল্লে শ্রীপাদ নিত্যাইনন্দনা দুহার ওইরে গদাধরনা খোনবাংলে। মুকুণ্ড মুরারিনা চিংবা ভক্ত শিংনা পালা ওইরগা কীর্ত্তন তৌএ। অসিনা কির্ত্তনীয়াগী মোংনি। অসুম্না গুরুশিংনা তাক্পিরম্মী।

## বৃন্দাবন নবদ্বীপ

| | | |
|---|---|---|
| বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণ | = | নবদ্বীপতা শ্রীগৌরাঙ্গনি। |
| বৃন্দাবন্দা বলরাম্না | = | নবদ্বীপতা নিত্যাইনন্দনি |
| ব্রহ্মলোক্কী ব্রহ্মানা | = | নবদ্বীপতা হরিদাসনি |
| কৈলাসপতি মহাদেব | = | নবদ্বীপতা অবদ্বৈতনি |
| দেব লোক নারদ ঋষি | = | নবদ্বীপতা শ্রীবাসনি |
| বৃন্দাবনগী শুবোলনা | = | নবদ্বীপতা গৌরিদাসনি |

## ব্রজগী কৃষ্ণনা কলিদা

অবতার লাক্পা অসিদা লোইনরিবা ভক্তশিংসে অচম্বা নত্তে ব্রহ্ম লোক্কী বহ্মা কৈলাস পতি মহাদেবা, দেবী অমসুং দেব ঋশি নারদা যাওরি।

| | | |
|---|---|---|
| ব্রহ্ম লোক্কী ব্রহ্মানা | = | নবদ্বীপতা হরিদাস ওইবনি |
| কৈলাস পতি মহাদেবনা | = | নবদ্বীপতা অবদ্বৈতনি |
| দেব ঋশি নারদনা | = | নবদ্বীপতা শ্রীবাসনি |

## দ্বাপুর যুগতা

**নারদগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা** তাকপিবা শ্লোক্কী। ভাগবত একাদশ অধ্যায়দা অসুম্না ইরিম্মী মদুদি নাহং টিষ্টামি বৈকুন্ঠে নাহং বৃন্দাবন টিষ্টামি। নাহং যোগিনাং টিষ্টমি, মৎ গায়ন্ট ভক্ত হৃদয়ে চ: তৎত্রো টিষ্টমি নারদা।

হে নারদ কৃষ্ণ ঐদি বৈকুন্ঠদসু লৈতে লেঙদনা বৃন্দাবন্দা লেঙদনা লৈব্রা হায়বসু লৈতে। যোগিশিংগী মফমদা লেঙদনা লৈব্রা হায়বসু লৈতে। কৃষ্ণ ঐবু কাউদনা ঐগী নামবু তত্তনা শোঞ্জবা মফম, ইনাই ভক্তগী থম্মোয়দদি কৃষ্ণ ঐ লেঙদনা লৈএ নারদ।

# ব্রহ্মানা হরিদাস ওইখিবগী মরম

দ্বাপুরদা বৈকুন্ঠগী শ্রীহরিনা বৃন্দাবন্দা অবতার ওইরবদা ব্রহ্মানা থাজদে ইবুঙোনা রাখ্বাল শিংগা লোয়ননা চামিন থকমিন্নবা শান্নমিন্নবা উবদা ইবুঙোদি ভগত্ত বসল ওইবা ইবুঙোনি হায়বা খঙদদুনা ইবুঙোনা শেল্লিবা ষন গোপ রাখ্বালবু হুরান্দুনা লোৎলগা ইবুঙোগী চাং য়েংলুবদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা খঙহল্লগে খন্দুনা ইবুঙোগী ইশাদগী ষন মশিং ৱাৎতনা অমদি রাখ্বাল মশিং ৱাত্তনা পুথোক্তুনা লিলা কায়দনা শান্নবা উবদা ব্রহ্মানা শ্রীহরিনি খঙলদুনা চঙজরবদা কৃষ্ণনা তাকপিখি, কৃষ্ণ ঐদি চঙজরকপা জীববু লৎনবিদে। অদুবু নংনা তৌবা কর্ম্ম ফলদি নঙনা ফংবা তাই। মমাগা মচাগা কায়নখিবা মপিগা মচাগা শেৎনখিবা অসিগী দোষতি নঙনা ফংঙুকো ব্রহ্মা। ব্রহ্মানা হঙ্গৎচখি ইবুঙো, (ননাই) ননাইনা তৌজরুবা পাপকী ফলদি ননাইনা ফংজগে। ঐগী ইবুঙোগী মথংগী লিলাদদি ননাই ঐসু য়াওজগে। হাযখিবনা ব্রাহ্মন মচা ওইনা পোক্লগা জৌবোন্না য়োক্তুনা অৱাবা খাঙলরিবা হরিদাসনি।

ৱাহং:

১। হরিদাসসি মমাঙগী মপোক্তা কনা ওইরম্বগে?

২। হরিদাস ব্রাহ্মন মচা মাবু, জৌবোন্না য়োক্তুনা অৱাবা নংলিবসে করিগীনো?

## মহাদেবনা অবদ্বৈত ওইখিবগী মরম

বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা গোপিশিঙ্গা লোয়ননা রাস শান্নবা মতমদা মহাদেবনা থোঙ শংঙিঙৈদা ইবুঙোগী রাসগী ধনি তাবদা য়াওনিঙমনখিবনা গোপি শাদুনা চঙলুরে। সর্বব অন্তর জামি শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই, ঙাইখো গোপিশা রাস লেপখিসি হায়না খাল্লে। গোপি মশিং থিয়ু হায়না থীবদা গোপি অমা হেল্লে। মহাদেব লোৎপা ঙমদ্রে গোপি শারম্বদো ঙমদদুনা মহাদেবগী মুর্ত্তিদা লেপ্লে। শ্রীকৃষ্ণনা মহাদেব নঙ থোঙ শঙঙু জীব কনা চঙহল্লক্কনু হায়রগা নঙনা গোপি মরক্তা য়াওরমলিবসে করিগীনো? মহাদেবনা খুমখি, ইবুঙো ঐগী ইবুঙোগী রাসকী ধনি তাবদা লৈবা ঙমদ্রদুনা য়াওনিঙমন্দুনা চঙজরকপনি। ৱাসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবীদুনা মহাদেব নঙনা রাস য়াওনিঙলবদি ফরে বৃন্দাবনগী লিলাদি শাঙ্গ ওইরনি। কলি যুগতা রাসসিনা সংকীর্ত্তন ওইনা শান্নরনি মদুদা নঙনা মপুং ওইনা শান্নজরো হায়না য়াথং পিবিখি। মরম অদুনা অবদ্বৈতগী হুংকারদা শ্রীগৌরাঙ্গ অবতার ওই মরম অসিনা নামগী গুরু শ্রীঅবদ্বৈতনি হায়নরিবনি হায়নসু তাকপিরম্মী।

ৱাহং:

১। মহাদেবনা করম্না অবদ্বৈত ওইখ্রিবনো ৱারি তাকউ।

২। নবদ্বীপকী অবদ্বৈতসে মমাঙগী মপোক্তা কনা ওইরম্বগে?

## দেব ঋষি নারদনা শ্রীবাস ওইবগী ৱারী

ভাগবত দশম ষকন্ধদা নারদদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি। শ্রীকৃষ্ণ ঐদি কনানা হায়রমগনি বৈকুন্ঠদা লেঙদনা লৈ হায়না। ঐদি বৈকুন্ঠদসু লৈতে। কনা অমনা কৃষ্ণদি বৃন্দাবন্দা লৈ খোঙফম অমা লেঙথোক্তে হায়না হায়নরমগনি। অদুসু ঐদি বৃন্দাবন্দসু লেঙদনা লৈতে। কনাগুম্বনা যোগিগী মফমদা লৈ হায়নসু ঙাঙনরমগনি। মদুদসু কৃষ্ণ ঐদি নামবু তত্তনা শোঞ্জবা ইনাই ভক্তগী হৃদিদা (মফমদা) কৃষ্ণ ঐ লেঙদনা লৈ হাযনা তাকপিরবদা। নারদনা খুৎ অনি লোন্নরগা হায়খি। যোগগী শক্তিনা ইবুঙোগী মথংগী লিলাবু খঙবনিনা ইবুঙো ঐগী ইবুঙোগী মথংগী লিলাদদি তোল্লবা ননাই নারদসু নতুং ইন্দুনা লিল য়াওজগে হাযনা নিজখি। ইবুঙোগী নামতদি তত্তনা শোঞ্জগে অসিতদি পীনবিয়ু হাযনা নিজখি। নামবু শোনবা পামজবনা শ্রীবাস ওইন নবদ্বীপতা পোক্তুনা ঈশৈ হনবা ফংজখি।

ৱাহং:

১। শ্রীবাসনা ঈশৈ হল্লিবসি করিগীনো?

২। শ্রীবাসকী মমাংগী মপোক্তা কনা ওইরম্বগে?

## গৌরাঙ্গগী ভক্তদা ত্রেতা যুগকি ভক্ত শিং

মুকুন্দ মুরারি ত্রেতাগী ভক্তনি অবতার খুদিং লোইরক্লবনি। মুকুন্দ হায়বা ভক্ত অসি ত্রেতা যুক্তনা রামগী মনাই হনুমান ওইরম্মী। শ্রীরামগী পেন্নবা হোৎনবনা মাগী মথৌ ওইজবা মশাগী ওইজবা খন্দবা থব্বায় হকচাং পুম্বা মবুঙোদা কৎথোকচবা ঙম্বা বৈষ্ণব রাজ হনুমানা ইবুঙোদা নিজখি। ঐগী ইবুঙোগী লিলা অবতার খুদিংদা তোল্লবা ননাইবুসু য়াওহনবিয়ু তুং ইঞ্জগে হায়না নিজখিবনা অবতার খুদিং লোইনরকলিবা ভক্তনি মুকুন্দ।

মুরারি ভক্তসু ত্রেতাদগী লোইনরক্লবা ভক্তনি মবুঙোগী লিলাদা সোহাই ওইদুনা থব্বাই হকচাং কৎচরকপা জমভুবান্না মুরারি ওইররিবনি।

শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণ ভজন তত্ত জ্ঞান মঞ্জুরি অষ্টকালদা অসুম্না ইরম্মী হায়না তাপিরম্মী। শ্রীনিত্যাইনন্দনা ভাবক মকোক ওই, শ্রীবাসনা ইশৈ শকই, অবদ্বৈতনা পুঙ য়ৈ, মুকুন্দনা দুহার ওই, মুরারিনা খোম্বাংই হায়না থম্বীরম্মী। গোবিন্দনা তুং ইল্লি, ভক্ত ময়ামনা পালা ওই হায়নসু ইবিরম্মী। থম্বীরম্লিবা খুদিংমক অরানবা অমত্তা নত্তে ইবুঙোগী লিলানা চাউবননি। শ্রীবাসকী মন্দিরদা শান্নবা সংকীর্ত্তন, হৈনৌবোন্দা শান্নবা সংকীর্ত্তন, গঙ্গা মপানদা শান্নবা সংকীর্ত্তন, সংকীর্ত্তন মখল মফম খরা য়াম্বননি। অমনা য়েত্তা শ্রীনিত্যাইনন্দা, ওইদা গদাধর, ময়ায়দা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু অহুম্না সংকীর্ত্তন ময়ায়দা লেংশিল্লগা শ্রীবাসনা ঈশৈ শকই। অবদ্বৈতনা পুঙ য়ৈ। গোবিন্দনা তুং ইল্লি, মুকুন্দনা দুহার চৎলি, মুরারিনা খোনবাংই। ভক্ত ময়াম্না কোইশিন্দুনা সংকীর্ত্তন তৌই হায়না ইরমলিবা পুম্নমকপু থাগৎচরি। স্ব তন্ত্র ওইবা ইবুঙোগী লিলানি অচুম্বা ঙাক্তা ওইনি হায়না নিংজৈ। মরমদি ঈশ্বর হরিনা ভক্ত ওইরগা শান্নরিবা লিলানি হায়নসু তাকপিরম্মী।

# করতাল ওইখিবগী মরম

জগৎ প্রেম ময়ি শ্রীরাধিকা ইবেম্মনা করতাল ওইখিবগী ৱারী:

শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা বৃন্দাবন লিলা লোইরদুনা মথুপুর লেঙগদবগী মনাই অক্রুরগী দোলাই থক্তা লেঙখৎখ্রবদা অলহংকার সেগাইবা পাম্মুদ থৱায় থাবা কিদনা ফজরবা বেনিনা দোলাই চাকাদা য়েৎলগা খামলুবদা লৈমায়দা ৱাঙ্গদুনা তাখ্রবকান্দা কনা খঙহন উহন্দ ইবেম্মা রাধিকাগী মাঙদা লেপ্লগা হায়রকই--হে রাধে, নঙবু ঐনা থাদোক্কদবা নত্তেনে রাধে। বৃন্দবন্দা নঙগী ঐগী ফোংনা শান্নগদবা লিলাগী মতম লোইরেদো রাধে। ঙসিদগী বৃন্দাবনসে রাধে নঙগী ওইরবনি কৃষ্ণ ঐগী ওইদ্রবনি। নমিৎ উইশিল্লু য়া কাখৎলু নঙগী গর্ভদা কৃষ্ণ ঐ লেঙদনা লৈরগে। কৃষ্ণ ঐগীদমক্তা নঙনা ৱারিবা অসিগী লমনসে হন্দক্কী দ্বাপুর যুগ অসিদদি শিংবা ঙমলোইদৌরে। কলি হায়বা যুগতদা ঐনা গৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌরগা ব্রজগী রাস অসিনা সংকীর্ত্তন ওইরগা নঙগী নামবু শোন্দুনা নঙগী লমন শিংলুগে। ৱাসি তাবদা লিলাবু মশক খঙবী প্রেমগী মশক ওইবী ইবেম্মনা হায়জে, ফরে ঐগী ইবুঙোনা ননাইবু নুংশিবীদুনা নিঙশিংবিরকপা মতম অদুদা ননাই রাধা ঐসু করতালগী মশক ওইরগা য়াওজগে তব নাম শোনজগে হায়না নিজখি। মরম অসিনা ভগত্তবসল নিঙজবা নিজববু পিনা হৈবা ইবুঙোনিনা মনাইগী নিঙবা পীবিখি। মরম অসি লৈবনা করতালবু রাধিকাগী মশক্কি হায়না গুরুশিংনা তাকপিরম্মী।

ৱাহং:

১। করতাল কনাগী মশক্কো?

২। করতালনা করি হায়না শোল্লিবনো?

মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তন হায়বসি লোলনা মীগী লোল ওইরবসু পোৎশক অসিদি মনিপুরগী ওইবা তোপ তোপ্পা ধর্ম্মগা শাগোন্নরবা পৃথিবীগী মফম অতৈদা লৈতবা মনিপুরদগী ওইবা মগুন ৱাংলবা মনিপুর নট সংকীর্ত্তননি। মনিপুর নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রা মহারাজ শ্রীগোবিন্দজিগী অচানবা ভক্ত ওইবা মৈদিংঙু সনা হাক্তক্তগী শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী লাইগী মশক ওইরবা গুরুশিংনা থম্বীরম্বা নট সংকীর্ত্তননি। গুরুশিংগী হাক্তক্তদি অসুক্কী মতিক হায়নিঙাই লৈতনা ৱাংলবা অমা ওইরম্মি।

সংকীর্ত্তন অমা হৌবা তারবদি পোৎলম মঙা য়াওগনি মদুদি (১) হৈরুক (২) পানা (৩) ধুপ (৪) দ্বিপ (৫) লৈ চন্দন আসন অসিনি। হায়রিবসিংসে য়াওদনদি সংকীর্ত্তন হৌনরমদে। মদু ৱাৎপদা মুর্ত্তি ৱাৎলি হায়বদি মুর্ত্তি শুদবা কৌই হায়না তাকপিরম্মি।

মতম্না পুরক্তুনা লোননা মৈতৈ লোলনা শক শোল্লবসু শক্তম মুর্ত্তিদি মাঙহন্দবনা চুমগনি। হৌজিক্তা পানা য়াওদনা য়ুবিনা হোপ্না মহুৎ শিন্দুনা তৌনরিবা অসি লাইগা মান্নরবা মৈতৈ লৈমগী মপারি গুরুশিংদুবু মাঙহনবগী দোষ ফংগদবা মাল্লি।

সংকীর্ত্তন লিংখৎপিরম্বা গুরুশিং অদুবু ইকাই খুম্নবা ওইনা সংকীর্ত্তন কৎলগদি মরম ৱাৎতনা পোৎলম শুনা কৎপনা মহৈ ফঙ্গদবা মাল্লি। নত্তদুনা পোৎলম ৱাৎনা মরম সুদনা কৎকদবগী শরুক্তি ঙমদ্রগা তোকপনা ফৈ হায়নসু তাকপিরম্মি।

## করতাল ওইখিবগী মরম

মরুওইনা শৈশক তম্লিবা শৈদম্বনা ঈশৈ শকপদা খঙগদবা খরা মখাদা পীজরি।

(ক) অহানবদা ঈশৈ শকপনা (হনবনা) শ্রীরাধা গোবিন্দনা পেনবীনবা গৌর ভক্ত পুম্নমক শ্রীহরিগী নামবু শক শোল্লসে হায়না লাউগনি।

(খ) দুহার অমদি পালানা হরে হরে খুমগনি।
(শোল্লশি শোল্লশি হায়নসু খুমগনি। অনিসি অমত্তনি।)

(গ) পুঙয়েবনা পুঙগী রাগ অমা হৌগনি। অদুগা

(ঘ) ঈশৈগী রাগ অমুক হৌগনি। ঘর পঞ্চম দ্রিঘ ফাওবা হৌরগা পুঙগী সঞ্চার য়েনি।

(ঙ) পুঙগী ষঞ্চারগা কোন্ননা ঈশৈগী রাগ দৃঘ হৌরনি। লোইরবদা ঈশৈগী রাগ ঘর অমুক হৌরগা ঈশৈগী রাগ লোইগদবনি। অদুদগী পুঙনা য়েদুনা রাগ লোইশিনগনি।

## রাগ মচা হৌবগী নিয়ম

১। (গুরুবন্দন) ঈশৈ হনবনা গুরু বন্দনা শ্লোক অমগা লোনগনি।

২। বৈষ্ণব বন্দনা শ্লোক অমা অমুক লোনগনি।

৩। গৌরাঙ্গ অবতার শ্লোক অমা লোল্লগা রাগ অদুগী রাগ তাবা কোন্নবা অমা শকনি। অদুদগী সংকীর্ত্তন মপুংফাননবা তিনতাল মেন তাঞ্চপ মেনকুপ শক্কনি। অসি ওইরবদি সংকীর্ত্তন মপুং ফারে। অসিনা রাগ মচা হৌবগী নিয়মনি।

রাগ অচৌবা হৌবগদি খেন্নে মান্নদে, মফম অমসুং মতম খেন্নরক্কনি। রাগ মচা হৌবসিসু করিগুম্বা মাণ্ডব মপু য়াওরবদি হরি ধনি অহৌবগী মাণ্ডব মপুনা লাউখ্রবদি পুংনা হান্না রাগ হৌবা তাই। পুঙনা রাগ হেক হৌরকপদা ঈশৈ শকপনা মথক্কী ৱাহৈ অসি হায়দুনা লাউগদবনি।

## রাগ অচৌবা হৌবগী নিয়ম

রাগ অচৌবা অসি মহৌশাদগী স্বরঢ(সোরাৎ) কর্ম্মগী সংকীর্ত্তন্দা হৌনৈ অমনা কনাগুম্বনা শ্রীকৃষ্ণ পৃতিগী স্বম্বৎশর দিনগী নত্রগা সংকলপ তৌদুনা কৎপদা হৌনৈ। অসি নত্তবা লুহোংবগী সংকীর্ত্তন্দদি রাগ মচানা হৌনৈ। থাইনদগী অসুম্না চৎনরকই।

ৱাহং:

১। সঙ্কলপদা সংকীর্ত্তন রাগ অচৌবা হৌদবা য়াদবা সঙ্কলপ করি করি সঙ্কলপনো?

## রাগ অচৌবা

তেন-তেন-তেন্দা-তা-তাং হাইনা ৩ লক হায়রগা ঘিন্দ্র-ঘিন্দ্রা-ঘিন-তেন-তেন-তেন্দা-তা-তাং-থে-ধেন-তেন-তেন-তেন্দা-তা-তাং-গিন্দ্রা-গিন্দ্রা-ধে-ধে-তেন-তেন-তেন্দা-তা-তাং-গিন্দ-গিন্দ-গিন হায়না য়েরক্লবদা করতালসু পুঙলোন মতুংইন্না য়েগনি করতাল খোৎলনি অদুদগী পুঙনা পুঙলোন।

ঈশৈ হনবনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা পেনবিনবা শ্রীহরিগী নাম শোল্লসে শোল্লসে হায়না লাউগনি। দুহার অমদি পালান হরি হরি হায়না শোনগনি। অদুদগী পুঙনা অমুক য়েখিবনা গুরু ঘাৎ হায়না খোংকাপ অমা চঙলগা কোক নোন্দুনা খুরমগনি। তুংদা খোঙফম অহুম হল্লগা লেপকনি। অসুম্না পুঙনা য়েরকপনা ইবুঙোগী মুর্ত্তি মপুঙ ফারকপদা পুঙয়েবা ইশৈ শকপা পালা লোইনা পঞ্চাংগা ভক্তিনা খুরুমগনি। অদুদগী পুঙনা হান্না খরা য়েরগা করতাল থারগা যৈমিন্নরবা তুংদা ঈশৈগী রাগ হৌগনি। অহানবদা ঘোর অনিরক্কা পঞ্চোমগা হৌরগা পুঙনা অমুক খায়রগা দ্রিঘ লৌদুনা শক্কনি পুঙগী তুকা সুদ্রিফাও হনজিন্দুনা শক্কনি। অদুদগী পুঙ অমুক য়েরে। ঈশৈনা পঞ্চোম অমুক হৌগনি। পুঙ অমমুক য়েরগা ঈশৈগী দৃঘ অমুক হৌগনি। পুঙনা অমুক য়েরগা ঈশৈগী রাগ ঘোর হৌগনি। পুঙ অমমুক য়েরগা ঈশৈনা গৌরবোৎ শক্কনি। অদু লোইরগা পুঙ অমমুক যৈরগা রাগ ঘোর হৌগনি। অসিদা ঈশৈগী রাগ লোইরে। পুঙ অমুক য়েরগা থারনি অদুদগী গুরুবন্দনা শ্লোক তারে।

## ব্রহ্ম বৈর্বতপুরানগী ৱানি

বৈকুন্থাদা ওইখিবা ৱারিনি। দেব সভা পূল্লবদা যুগ অবতারগী ৱারি শ্রীভগবান্না যুগ মরিদা অবতার ওইবিগদৌরিবা অসিগী গুনশিং অসি অমমমতা ওইনা য়েংখি। অরোইবদা কলি যুগতা অবতার ওইরগদৌরিবা অসিগী গুন য়েংবদা কলিদা ওইরগদৌরিবা শ্রীহরিগী সংকীর্ত্তন অসিগী মগুন য়েংশি হায়না লেপ্পরদুনা অহানবদা ব্রহ্মানা ঈশৈ হন্দুনা রাগ অসি হৌদুনা শ্রীহরিগী গুনশি শকপদা মৈ হৌখি। লাই পুম্নমক ঙক্লখি লোইনা তুচুংবা ফাওনখি। ব্রহ্মাগী ঈশৈসি লোইরবদা মহাদেবনা অমুক ঈশৈ হন্দুনা রাগ অসি হেক হৌদুনা শল্পকপা মতমদদি বৈকুন্ঠনাথ বিষ্ণুগী শ্রীঅঙ্গসে মহি চেল্লে। মসি উবদা ব্রহ্মানা মাঙলে শ্রীঅঙ্গ মাঙবা য়াবা নত্তে হায়না কমন্দলু য়াদুনা কমন্দলুদা থমখি। মরম অসিনা ব্রহ্মাগী কমন্দলুগী জলনা খিকপদা মাঙঙু হায়রগা মাঙলিবা হিংঙু হাযরগা হিংলিবা। বিষ্ণুগী চরনগী খোঙবী খোঙনাও মরক্তগী গঙ্গা চেন্থখি মরম অসিনা জগৎনা গঙ্গাবু জগৎ পাবনি হায়না মিং থোল্লিবনি। অদুদগী লাইয়াম খন্নদুনা নারদনা অমুক ঈশৈ হন্দুনা রাগ হৌরগা শ্রীবিষ্ণুগী শ্রীঅঙ্গবু অমুক নৌনা মুর্ত্তি শাগত্তুনা মুর্ত্তি মপুং ফাহন্দুনা লেপ্পবদা লাইয়াম্না থৈন্যনি থৈন্যনি কলি থৈন্যনি হায়না শোন্নখি। মরম অসি লৈবনা ব্রহ্মানা মিহৌই কলিগী মীওইবা হায়রিবসি হরি নামগী গুন অসিননি।

## অভিরাম সঙ্গ

অভিরাম হায়বা অসি দ্বাপুর যুগতা শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন লিলা সাঙ্গ ওইরক্লবদা মধুপুর চৎলমদাইদা শ্রীকৃষ্ণগী লিলাগী গুনবু খঙহনগে হায়না গোপা রাখাল ময়ামগা লোয়ননা ভান্দিরবন্দা কেকু লোৎপি শান্নমিন্নৈ। মতম অসিদা গোপ অতৈদি ঙম্না ফোঙলগা শ্রীকৃষ্ণগী ইশানা শ্রীদামবুদি ফোঙদনা থম্বীরম্মী মরমদি কলিগী লিলা খঙহনগে হায়না থম্বীরম্বনি। মতম অদুক শাংবদা কাহ্নাইনা থিরকখিগনি হায়বগী ৱাখন্দা ৱাবা খঙদনা লেল্লি হায়বগী মাগী মমিং অভিরাম কৌবনি। দ্বাপুর লিলা লোইরদুনা শ্রীকৃষ্ণ সরগাহোন ওইরে। কলি যুগ লাক্লে

শ্রীগৌরাঙ্গ অবতার লেঙলক্লবদা শ্রীগৌরচন্দ্রা প্রভুনা ভক্ত ময়ামগা লোইননা হরি সংকীর্ত্তন হৌদুনা শান্নরবা মতমসিদা ভক্ত পুম্নমক্না কোয়শিল্লে, গৌরাঙ্গনা ময়ায়দা লেপ্লগা হায়রকই - ভক্ত পুম্নমক য়েৎলোমদা অুমক্তা চৎলু। ভক্ত পুম্নমক হৌগৎতুনা য়েৎলোইননা লোইনা চৎলি। অদুগী তুংদা অমুক্কা ওইরোমদা অমুক হল্লকউ হায়না তাকপিদুনা ওইওইননা ওইরমদা অমুক কোয়হল্লবা তুংদা ময়াম্বুং শ্রীপাদ নিত্যাইন্দ য়েংলগা হায়রকই- দাদা নিত্যাই য়েংবিয়ু শ্রীদাম য়াওদে সংকীর্ত্তনদা কদাইদা লৈহৌরে শ্রীদাম? প্রভুগী নুংশিবা য়াথং তাবদা শ্রীপাদ নিত্যাই নিঙশিংলক্লে, ইবুঙো মমাংঙৈ ইচিল ইনাওনা বৃন্দাবন থাদোক্তুনা মধুপুর চৎলমদাইদা ভানদিরবন্দা কেকু লোৎপি শান্নবদা মাদি ইবুঙোনা ফোংবিরমদ্রবা মাল্লে ইবুঙো। মাদি অদুম ইবুঙোনা খিরকখিগনি হায়না অদুম লোৎতুনা লৈরম্বা তারে হায়না নিত্যাইনা খুমখি। অদুদি দাদানা অমুক্তা লেঙবিদুনা শ্রীদামবু লৌবিরু হায়জখি। অসুম্না নিত্যাইনন্দ চত্তুনা লৌরুরগা শ্রীগৌরাঙ্গগী লিলাবু য়াওহনবিখি।

অসিগী ভাব রস লৌদুনা সংকীর্ত্তন মেন হৌরকপদা য়েৎলোইননা কোয়রিবা অদুগা ঘাৎ লোইবগা ওইরমদা অমুক কোয়রিবনি হায়নসু তাকপিরম্মি। অমনা পুঙ মনাওগা করতালগা সোক্নরিবা অসি রাধা কৃষ্ণ মিলন্নী। ইবেম্মনা ইবুঙোবু য়েৎলোইননা কোয়রগা ইবুঙোগী শেবা চঙলিবনি মী চঙবা য়াদে হায়না ঘাৎ লোইদ্রিবা ফাওবা চঙহন্দে ইবেম্মগী সেবা লোইরবদা ঘাৎ লোইরে শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা ওইওইননা অমুক হন্দোক্লগা অদুগী তুংদা মী চঙনৈ মফম মতমসিবু রাধা কৃষ্ণগী মিলন ওই হায়বগী অমদি জগৎকী মবুংঙো মবেম্মা অনিনা মিলন ওই হায়বগী রাজ মেন কৌবনি হায়নসু তাকপিরম্মি। অমসুং মফম অসিদি সংকীর্ত্তনগী শমভুক্তি ওইরমদা হন্দুনা কোইদ্রি ফাওবদি মী চঙবা য়াদে হায়না চঙনরমদে। ঙসি ফাওবসু মী চঙনদ্রি হায়নসু থম্বিরম্মি।

## কীর্ত্তন মখল খরা

১) নাম সংকীর্ত্তন
২) বেঢ়াই কীর্ত্তন
৩) বৈথা কীর্ত্তন
৪) গুন কীর্ত্তন
৫) মাহা সংকীর্ত্তন

অসুম্না কীর্ত্তনসে মঙা থোক্না নৈনৈ।

১) গৌরাঙ্গগী নামতবু শোনববু, নাম সংকীর্ত্তন কৌই।

২) যুমথোং খুদিং চৎতুনা হরি নাম সোনববু বেঢ়াই কীর্ত্তন কৌই।

৩) মী খরনা পুল্লগা ফমদুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী অমদি ইবুঙো ইবেম্মাগী নাম সোনববু বৈথা কীর্ত্তন কৌই।

৪) ইবুঙোনা তৌখিবা থবক খঙনা মাগী গুনবু শৈথাদুনা শক শোনববু গুন কীর্ত্তন তৌদুনা শকপবু গুন কীর্ত্তন কৌই।

৫) ফৈজোম, খ্বাংয়েৎ, উরিক, লগুন (লুগুন), কোকয়েৎ, লেংয়ান য়াওনা সংকীর্ত্তন লিক্লোন অহুম হায়বদি পুঙ য়ৈবা, ঈশৈ হনবা, ময়ায়দা গৌরাঙ্গ নিত্যাইনন্দ গদাধর অদ্বৈত গোবিন্দা শ্রীবাস। অসিনা লিক্লোন অমনি। দুহারদগী কোয়রকপনা খোম্বাংবা ফাওবা অসিনা লিকলোন অনি শুবনি। ভবোক অহানবগী মরোল অসিনা অহুম শুবনি। অসি শুনা নাম শোনববু মহা সংকীর্ত্তন কৌই। মালা লিক্লোন অহুমসিগী সুমেরুদি শ্রীগৌরাঙ্গনে।

## ব্রহ্মা বৈর্বত পুরান্দা অসুম্না ইরম্মি:

সৈত্যা যুগকী মীওইবগী পুন্সি চহি ১০০০০০ পুন্সিরম্মি।
ত্রেতা যুগকী মীওইবগী পুন্সি চহি ১০০০০ পুন্সিরম্মি।
দ্বাপুর যুগকী মীওইবগী পুন্সি চহি ১০০০ পুন্সিরম্মি।
কলি যুগকী মীওইবগী পুন্সি চহি ১০০ পুন্সি ওই।

কলিদদি জাক যজ্ঞ ঙম্লরোই মন্ত্র যন্ত্রনা জীব লানবা ঙম্লরোই। হরি নামনা মহা মন্ত্র ওইবনি। হরি সংকীর্ত্তননা মহা যজ্ঞ ওইদুনা কলি জীব লান্নবা পাম্বৈনি হায়না তাকপিরম্মি।

## রাগগী হৌরকফম

শ্রীভগবান্না ঋতু তরুক পুথোকই মদুদি

(১) শরত
(২) হেমন্ত
(৩) বসন্ত
(৪) ঘৃস্ম
(৫) বরছ
(৬) ছষির।

ঋতুগী মতুং ইন্না রাগ পোকই। রাগ হায়বসি মখন য়াম্না য়াম্মি। অদুবু মরু ওইবা রাগদি অহুম লৈ। মদুদি

(১) রতি সুখ রাগ
(২) পুক্লিংগী রাগ
(৩) ঈশৈগী রাগ অহুম অসিনি।

## তালদা মমিং থোনবা

### এক তাল

অমুক্তা পোপ (তাক) থারিবা তাল অসিবু এক তাল কৌই। এক তালদি একান্তিক ভাবনি সয়ং ভগবানগী মশক্তি। তাল পুম্নমক্তগী অথোইবদি এক তালনি। এক তালদি মশক য়াম্মি মফম অয়াম্বদা চন্নগনি। তাল খুদিংমক এক তালদগী থোকখিবা ঙাক্তনি হায়না তাকপিরম্মি।

## দুই তাল

দুই তাল হায়বসি যুগোলদগী লৌদুনা দুই তাল হায়না কৌরিবনি মাগী খুদমদি সংকীর্ত্তন মেন হৌরকপদা পুং মনাওগা কারতানগা শোক্লরিবা অদুনা মেন্দা মেনগী মনুংদা চৎলিবা তাল অসি দুই তান্নি। অসুম হায়নসু তাকপিরম্মি।

## তিন তাল

তিন তাল হায়বসিনা তিন্নবনশাদগী থোকপনি হায়বিরম্মী। ইবুঙোগী তিন্নবনশাগী ভাবতি ৱাংই শিংথাবা ঙম্রোই হায়নসু তাকপিরম্মি।

## চারি তাল

ইবুঙোগী যুগ মরিগী অবতারদগী ভাব লৌরগা চারি তাল থোনখিবনি হায়নসু তাকপিরম্মি।

## পঞ্চোম তাল

পঞ্চোম তালদি ইবুঙোগী থৱায়গী মশক্লি। মদুগী খুদম সিধন্তদি ঈশৈগী রাগ হৌরকপা হায়বদি রাগ অচৌবা হৌবা ইবুঙোগী মুর্ত্তি শাগৎপা মতমদা মঙারক থারিবা অসিনি হায়নসু তাকপিরম্মি।

# নট সংকীর্ত্তনগী শৈরেংশিং

## গুরু বন্দনা

জ্ঞান ষক্তি সম গুহ্যং ভক্ত মালা বিভু ষিতম ভক্তি মুক্তি সদা তরদ যেন টস্মৈ শ্রীগুরুবে নম:।

(লৌশিংগী পাঙ্গন পিবিবা মনাই ভক্তদা মালা ওইনা ঙানবিবা ভক্তি মুক্তি তাকপিবা শ্রীগুরুবু খুরুমজরি।)

শ্রীগুরুবু খুরুমজবা মতমদা শোনগদবা গুরু বন্দনানি।

### গুরুবন্দনা বংশি সিক্ষাগী শ্লোক্কী

গুরু পিতা গুরু মাতা
গুরু দেব গুরু গতি
হরৌ রুষ্টে গুরু ষ্টাতা
গুরু রুষ্টে ন: কসন॥

(ইপাশু গুরুনি।
ইমাশু গুরুনি।
বিদ্যা তম্বিবা ওঝশু গুরুনি।
গুরুদি লাইনি।
গুরুনা পাঙ্গন্নি।)

শ্রীহরিনা লৎনরবা ফাওবদা শ্রীগুরুনা লৌখৎপিরবদি শ্রীহরিনসু চানবী। শ্রীগুরুনা লৎনবা জীব অদুদি শ্রীহরি মক্না লৌখৎপিবা ঙমদে।

### বৈষ্ণব বন্দনা শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক্কি

নহং টিষ্টামি বৈকুন্ঠে।
নহং বৃন্দাবন টিষ্টামি।
নহং যোগিনং টিষ্টামি।
মৎ গায়ন্টে ভক্ত
হৃদয়ে চ: তৎত্তো টিষ্টামি-নরদ॥

## মথক্তা য়াওরিবা বৈষ্ণব বন্দনা অসিগী নুংগী ওইবা অর্থ

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি-"ঐদি বৈকুন্ঠদসু লৈতে লেঙদনা। বৃন্দবন্দা লেঙদনা লৈব্রা, লৈতে। যোগীগী মফমদা লেঙদনা লৈব্রা, লৈতে। ঐগী নাম কাউদনা লেপ্তুনা শোঞ্জবা ইনাই ভক্তগী (মফমদা) হৃদিদা লেঙদনা লৈ।" অসুম্না তাকপিখিবা য়াথং মতুং ইন্না মনাই অবদ্বৈতগী শোনজবা হুংকারদা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা নবদ্বীপতা লেঙবিরক্তুনা হরি সংকীর্ত্তন লিংখত্তুনা হরি নাম মহা মন্ত্র সংকীর্ত্তন ভক্ত পুম্নমক্কা লোয়ননা শান্নখি। মতমদুদা ভক্তশিংগী মফমদা শ্রীমুখনা তাকপিখি। মদুদি সৈত্য যুগতি পাঙ্গল কল্লি চহিসু ১,০০,০০০ পুন্সি। ত্রেতা যুগসু পাঙ্গল কল্লি চহি ১০,০০০ পুন্সি। দ্বাপুর যুগসু মপাঙ্গল কল্লি মরৌশিং চাওই চহি ১,০০০ পুন্সি। কলিগী জীবদি পাঙ্গলসু শোল্লি পুন্সিসু তেল্লি। চহি চাম্মদা পুন্সিনি। মরম অদুনা সংকীর্ত্তন্না মহা যজ্ঞ ওইবনি। হরি নাম্না খুৎলায় ওইদুনা জীববু লান্ননবা হরি নাম মহা মন্ত্রবু য়েল্লিবনি। শ্রীগৌরাঙ্গনা অসুম হায়না তাকপিরম্মী গুরুশিংনা।

# ১। নাম সংকীর্ত্তন

## অহৌবা ঈশৈ বিশম্ভর সংকীর্ত্তন

মথক্তসু হায়জখ্রে,ঈশৈ খুদিংমক চপচাবা অর্থ নৎচদে ছন্দ লৌজবনি।

| | | |
|---|---|---|
| জয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য | = | শকচৈ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য বিশম্ভর গৌরচন্দ্র গৌরহরি। |
| শ্রীগৌরাঙ্গে | = | শ্রীগৌরাঙ্গে শ্রীগৌর হরি গৌরকিশ্বর। |
| অবতারে | = | লাকপিরিয়ে জীবগীদমক্তা |
| শচি জগনাথ | = | শচি জগনাথগী মচা বিষ্ণু প্রিয়াগী থব্রায়গী থব্রায়। |
| অখিল জিবের | = | জীবশিংগী গুরুনী প্রেম ভক্তিগী লেঙদ্রবা পাম্বৈনি। |
| ভক্তগোনে | = | ভক্তশিংগী থমোয়গী লন্নি বৈষ্ণবশিংগী থব্রায়নি। |
| আমারগুরা | = | যুগ যুগ খুদিং শায়োনবিবা পাপ্লিশিংবু মাঙহনবিবা |

## নাম সংকীর্ত্তন অরোইবগী ঈশৈ যুগোল প্রার্থনা

| | | |
|---|---|---|
| শ্রীরাধা মাধব | = | শ্রী রাধা গোবিন্দ অনিগী চরন ননাইদা পিনবিয়ু। |
| অন্তকালে | = | ননাইগী অরোইবা মতমদা চরন্দা চিংশিনবীয়ু। |
| তুমিদয়া | = | থৌজালগী লনগৈনি তোল্লবা জীববু চানবী হৈবা অনিগী চরন্নি, পাপচেনবা ননাইবু চরন্দা চিংশিনবীয়ু। |
| নরতম | = | নরতম দাসনা হায়জরি পামজনা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিগী চরন্দা, সখিগী তুং-ইঞ্জদুনা চামোর থৌগনজগে। |
| জয় রাধে | = | চঙজৈ রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ।। ২ ধ্রু।<br>চঙজৈ রাধে কৃষ্ণ রাধে।<br>চঙজৈ রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ রাধে চঙজরি।। |

## ২। অষ্টি শৈরেং

### ধানসি রাগ

| | | |
|---|---|---|
| শ্রীনবদ্বীপ পুরে | = | নিংখিজবা নবদ্বিপ্তা,<br>পোকপিররে শচিগী য়ুমদা,<br>অনিশুবা থাগুম ঙাম্বোইবিররে। |
| পারি শাদ | = | রাধাগী লমন শিঙ্গে হায়না,<br>পোকপিররে নবদ্বিপ্তা,<br>কলি জীববু লানবিগে হায়না। |
| সকল ভগত | = | বৃন্দাবনবু থাদোক্তুনা,<br>পোক্লরেনে নদিয়াদা,<br>অৱা অনা কোক্কে হায়না। |

### মেনকুপ তাল

### (ব্রজেরশে-গী ছন্দদা)

মমাংঙৈগী বৃন্দাবন্দো,<br>
নবদ্বীপসিনি হায়নরে।<br>
কাহ্নাই বোলাই কৌরম্বদো,<br>
নিমাই নিত্যাই মিংথোল্লরে।<br>
নোংহৌ ঙমজবা কুচুদো,<br>
সনা অহিংবনা ফুদোংলরে,<br>
লমন শিঙ্গে ইনখিবদো,<br>
মিৎকী পিনা ৱাখৈররে।<br>
থাদোকপা নাইদনা পায়রম্বা বাঁশিদো<br>
জীবগীদমক্তা চৈশু পায়ররে,<br>
তাঙনা পুরক্লবা ব্রজগী প্রেমদো,<br>
লায়না হোঙনা লেম্না য়েনবিররে।

হন্দোকলয়ে সনা ফিগে,
পিক্লবা কৌপিন্না লৈতেংলরে,
কৌবা পেলহৌদ্রবা রাধা নামদো,
তোয়না তোয়না কৌজরক্লে।

## মেনকুপ তাল

| | | |
|---|---|---|
| ব্রজবিহর | = | ব্রজদা শান্নবা লিলাশিংবু,<br>নিঙশিং নিঙশিংদুনা কপলক্লে। |
| অমাইনোদের | = | ওইরি নদিয়াগী থা। |
| নদিয়াচন্দ | = | ঙাল্লরে ঙাল্লরে। |
| ধুলি ধুসরা | = | কপ্লিদো নোকইদো লৈমাইদা ওল্লিদো,<br>কনখ্রবোয়দো ব্রজগী প্রেম গৌরসে। |
| কাহা মোরো | = | কদায়দা লৈখ্রে নুশিরবা,<br>শ্রীদাম শুবোলদো,<br>কদায়দা লৈখ্রে ঐগী মরুপ,<br>শুদাম মধু মঙ্গলদো। |
| কাহা গেলে | = | কদায়দনো শ্রীদাম। |
| কাহা ভায়া | = | ঐগী দাদা বলরাম। |
| কাহা গেলে | = | কদায়দা চৎলগা ফংগবা ইমা,<br>পাঙ্গল শোনবী জশুমতি। |
| কাহায়ে শ্রী বৃন্দাবন | = | কদায়দনো ঐগী বৃন্দাবন,<br>কদায়দা লৈখ্রে গোর্বধন। |
| নিভির্ত নিকুঞ্জ | = | নিভির্ত নিকুঞ্জবন্দো,<br>মতম কুইরে উখিদবা,<br>উবা ফংদ্রে শ্রীরাধিকা। |

## মেন নত্তুগা তকা

| | | |
|---|---|---|
| রস রাজ | = | রস রাজনি গৌরাঙ্গ প্রভুসে,<br>রাধাগী লমনশিংলি,<br>পিক্লবা কৌপিনসিনা। |
| ব্রজ লিলা | = | ব্রজগী লমন শিংলি,<br>খুত্তা চৈসু পায়রি,<br>চুরা ধোরো বাঁশি লোইনা থাদোকখ্রে। |
| দেশে দেশে | = | খুঙ্গং খুদিংদা চৎলি হরি নাম য়েল্লি। |
| মুখে কৃষ্ণ | = | কৃষ্ণ কৃষ্ণ সোল্লি,<br>হিক্ল হিক্লা কপ্পি,<br>থমোই নুংদা লোৎলি কনা খঙহন্দনা। |

## মনশিক্ষা

| | | |
|---|---|---|
| অরে মোন | = | পুক্লিং পঙলনু পঙলনু-নে,<br>জীবগী চঙজফম চৎলো বৃন্দাবন--। |
| হরি বোলিয়ে | = | হরি কাউদনা লেপ্তুনা শোন্দুনা,<br>অনিগী সেবা ফংননবা চঙজরুরো। |
| রাধা কুন্দ | = | রাধা কুন্দ শ্যাম কুন্দ,<br>লৈজরুরো গোর্ববধন্দা। |
| কোবে যয়া | = | নিঙজৌ ফঙ্গনি অনিগী চরন,<br>রাধা কৃষ্ণ যুগল মুর্ত্তি। |
| মোনকি অশা | = | হরি কাউগনু,<br>পুক্লিং লাংতক্লবা কান্নরোই। |
| এঘুর মায়াতে | = | হরি হরি হায়না তত্তনা শোঞ্জবা,<br>লানগনি শোয়দনা তাইবঙ ঈপাক অচৌবা,<br>হরি নত্তনা লানবিনবা লৈরোই। |

প্রান কন্থা রোহে = জীবগী মরুপ্তী হরি মাতনি,
ইপা ইমা শাগৈ অরেম্বা ঙাক্তনি,
অরোইবা মতমদদি হুন্দোক্লম্বা শোয়রোই।

অনিত্য সংশার = ইচা ইশু নুংশি ৱাখন্দা লুপ্নিঙৈ,
ঙাইবিদে মতম্নদি নোংমা নোংমা হৌখিনি,
লম্বিদি থিহৌদে চত্তবদি য়ারোই।

দিহে প্রান ছেদ = নুমিৎ থানা ঙানবা ঙমদ্রবা লম্বীনি,
ঐগী ঐগী কর্ম্মনা লমজিংবা মতমনি,
হরি মাবু নুংশিজরুবা জীবগী মতমদুগী মরুপ্তি,
(হরি মাতনা) ওইগনি হরিনা।

ভোনে নরসিংহ = নরসিংহ ঐনা ওইজবা,
খণ্ডদনা মাঙহল্লে মতমদি,
হরি নাম শোন্দনা,
লালোনবা লাকপা নঙদি,
শেল্লেপ শেন্দোংলরোই।

মতাংসিদগীদি তাকা মখাদা নিত্যাই পদ লোইদ্রিঙৈদা ভাগবৎ লাইরিক তৌরগা লাইরিক লোইরগা ভাগবৎ আরতি কৎলগা পুসপাঞ্জলি তৌরগা নিত্যাইপদ তৌবা অমা।

অমনা নাম তাকা লোইরগা হায়বদি থাবগা নিত্যাই পদ লোইরগা ভাগবৎ লাইরিক কোন্না তৌবা অমা চৎনবি অনি থোকই। মফম মতম অদুগী হংলগা অপাম্বা তৌবা য়াই।

মহৌশা লাই গুরুশিংনা চৎনরম্বদি অষ্টি শেংদোক্ত্রিঙৈদা প্রেত ওইরগা পোরোক হান্না শোল্লিঙৈদগীনা অষ্টি শেংদোকপা লোইবা ফাওবা গৌরচন্দ্রদা শল্লগা অষ্টি লোয়বগা অষ্টি পুখৎপদগী তাকানা পুখৎলগা তাকা থাবগা নিত্যাই পদ লৌরগা ভাগবৎ তৌবা চৎনরকই।

হৌজিক্তি লাইনিংবা কাঙলুপশিংনা নিত্যাই পদ লোইরবদি থৌরম লোইরে মফম অদু সুধোন তৌদ্রবদি নুংঙাইতে হায়দুনা তাকা

থাবগা ভাগবৎ লাইরিক তৌরগা আর্তি কৎলগা পুসপাঞ্জলি কৎলগা কোন্না নিত্যাই পদ লৌবিয়ু হায়দুনা লৌই অদুদগী চৎনবি ওইখি। মসি শোক ১৯৮০ অদুরাইদগী চৎনখিবনি।

## ভাগবত আরতি

জয় জয় আরতি = কৎচরিয়ে আরতি শ্রীমদ্ভাগবৎতা,
কৎচরিয়ে আরতি শ্রীমদ্ভাগবৎতা।

চতুর যুগে = যুক মরি বেদ মরিগী অথোইবা বেদনি,
পুরান তরানিপানগী অথোয়বা পুরাননি।

ভক্তগন = ভক্তশিংগা লোইননা গৌর,
পুরান লৎচরি,
মোইবুং খোংলি পুঙ য়ৈরি করতালসু থারি।

চামোর = চামোর পায়দুনা থৌগনজরি, রামা নন্দ দাসনা।

## প্রার্থনা

## পুসপাঞ্জলি

প্রান রাধে = পিনবিয়ু চরন থম্বাল,
লৌবিনুকো ননাইগী ইরাল।

তুমা দুহা = তাইবং ঈপাক লাল্লমদাই,
থব্রায় হুকচাং খাইনরমদাই,
ঐগীনি হায়বা ব্রাখল থম্লমদাই,
অরোইবা খোঙচৎ ওইরমদাই।

প্রান পুসপাঞ্জলি = ঐগীনি হায়বনা কনখিবনা,
চঙজফম থিহৌদবনা,
ঐগী ইরান্না লমজিঙদুনা,
পোল্লখিনি হন্না হন্না।

| | | |
|---|---|---|
| জন্মে জন্মানতরে | = | তাইবংসিদা লাক্লবনিনা,<br>নোংমদি শোইরোই হনখিবা,<br>হন্ন-হন্না লাকহনবিনু থম্বীয়ু চরন নাক্তা,<br>নিজৈ ফিগাও শানা। |
| পাপ্প দেহে | = | পাপকী লম্বী ককথৎপিরোগবা,<br>থব্বায় মঙাসে লৈ ওইনা কৎচরি শ্রীচরন্দ। |
| ললিত ত্রিভঙ্গ | = | শাথেক অহুম থেকপা,<br>চুরা চেপ্পপ থোনবা,<br>গোপী পুক্লিং শুঙ্কৎপা মুর্ত্তিদো,<br>অরোইবা মতমদা উহনবিয়ু। |
| কুতি জনমে | = | মপোক কয়ারক পোক্লবসু,<br>চরণুদি কাউহনবিনু। |

## তাকাগী নিত্যাই পদ

| | | |
|---|---|---|
| নিত্যাই অমা | = | নিত্যাই অসে চঙজফমনি,<br>জীবশিংগী নিঙনফমনি। |
| নিত্যাই ভজ | = | নিত্যাইগী কৃপানা ফংনি বৃন্দাবন,<br>চঙজরগদি চানবিবনি,<br>থৌজাল হৈবদা ফাওরিবনি। |
| ব্রোজেরো কিশ্বরি | = | ব্রজগী শ্রীরাধা গোবিন্দগী চরন,<br>ফংনিঙলবদি নিত্যাইদা চঙজৌ। |

## তাকা থাবগী পুংলোন মরক্তা হায়গদবা ৱাহৈ

বোল্ল নিত্যাই নন্দা চৈত্যন অদ্বৈত সিতা,
হরি গুরু বৈষ্ণব ভাগবত গিতা।

## (মনিপুরীদা)

শোল্লু নিত্যাইনন্দ চৈত্যন অদ্বৈত সিতা,
হরি গুরু বৈষ্ণব ভাগবত গিতা

নিত্যাই পদগী অথাবগী পুঙলোন মরক্তা ঈশৈ শকপা পালানা হায়গদবা ৱাহৈ।

জয় জয় = চঙৌজে চৈত্যানা নিত্যাই,
সোঙ্গে চৈত্যানা নিত্যাই।
(অসিদা থারে অদুগা মখাদা।)

বোলিয় = শোনসি নুংশিবা শ্রীরাধা কৃষ্ণ,
শোনসি প্রভু নিত্যাই চৈত্যনা অদ্বৈত
হায়না নুংশিনা ভক্ত বৈষ্ণব পুম্নমক্না শোনসি
হরে হরে:

লাইরিক অসিদা ইজরিবা ঈশৈ খুদিংমক ইরিবা বঙ্গালিশিং অসিগী চপ চাবা অর্থ নৎচদে, ঈশৈগী ছন্দ লৌজরগা ইজবনি। অমনা তিন্দান তাল থাবদা ঈশৈগা কোন্নরকপদা খিতং খুদোংচানবা মতেং ওইনবা হায়না খুদম অসি ইজবনি। তিনসিনবগী খুদম অসিনা + তাননি। খাইদোকপগী খুদম অসিনা -হাইদোকপনি। সুইন্য অসিনা ০ অইনবনি।। ....... বিন্দু মচা মচা অসিনা ছন্দনি। তাল ৩ হাইদোকপা ৩ অয়িনবা ১ অসুম্না ঈশৈ ঈশৈদুগী মতুং ইন্না কোন্ননবা থাগনি। অসিবু তিন্দান তাহানি খঙগনি।

# চুরা কোরোন শৈরেং

## রাগ টুরিনা পুবা গৌরচন্দ্র তিন্দান

## রাগ তাবা

| | | |
|---|---|---|
| করুনা | = | থৌজালগী লনগৈ ওইরি ....গৌরাঙ্গসে। |
| কেবোল | = | য়েংঙু...................... |
| নিধি গুরা | = | থব্বায় পানবা খুদিং মান্ননা য়েংবিসে। |
| অকিঞ্চন | = | প্রেমগী মশক ওইবীরিদো গৌরসে। |
| পোতিও | = | তোল্লবগী মরুপ ২ ওই.....রিসে।। |

## গৌরচন্দ্র অখেৎপা তাল

হন্দক কলি যুক্তা পোক্লরে,
ব্রজ নিংথৌগী মচা শ্রীহরিনা,
জীবশিংবু লানবিগে হায়দুনা।
ব্রজগী কাহ্নাই বোলাইনা,
গৌর নিত্যাই ওইদুনা,
লোয়নবী গোপিশিংদু,
ভক্তগী মশক (লৌরদুনা) ওইরদুনা।
ব্রজগী চিহ্ন লোৎসিল্লগা,
খঙহল্লোইবু হোৎনবা পুম্নমক্তী লোৎশিল্লগা,
মীৎচিদি লোৎপা ঙমদ্রবোইনা।
লোৎপনি লোৎপা শারি,
ভক্ত বৈষ্ণব শিংনদি স্বয়ং ব্রজ রাজ নন্দন কৃষ্ণনি খঙইদো।
রাধিকাগী থব্বায়নি,
গোপিশিংগী থম্মোয়গী লননি,
অদুনা লাকপনি (ঙাঙনৈদো) খঙনৈদো ।

## গৌরচন্দ্র

ব্রজ বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণ ওইরম্মী,
শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইররে।
লেঙশিনবীরে গৌরনা সংকীর্ত্তনগী ময়ায়দা,
পাম্বোম ব্বাংনা থাংগত্তুনা লৈনা জগোই শারক্লে।
সিতানাথ অবদ্বৈত লেঙবিরক্লে ইতাশা,
প্রভুগী জগোই উবদা অবদ্বৈত প্রভুনা,
পুঙলোন হোংনা হোংনা থৌগন ফংজরক্লে,
পুঙলোন তাঞ্জা য়েংদুনা লৈনা জগোই শারক্লে।
হরি হরি শোল্লক্লে গৌরাঙ্গ প্রভুনা,
পাম্বোম ব্বাংনা থাঙ্গত্তুনা লৈনা জগোই শারক্লে।
খ্বাঙদা কৌপিল থোল্লরে, খুত্তা চৈশু পায়ররে,
ভক্ত ময়াম্না কোয়শিল্লে সংকীর্ত্তন লিংখৎলে
পঙলগনু কলি জীব লৌজহৌরো হরি নাম,
মমল য়াওদনা লায়না হোঙনা লেম্না ২ য়েনবীরে।।

## গৌরচন্দ্র এক তাল অখেৎপা

নদিয়া অতিয়াদা সংকীর্ত্তনগী নোং মংলে পুঙ করতালগী খোঞ্জেন্না,
খাক্লা লাউনা নোংখোংলে।
হরি হরি শোল্লকপনা তারি ব্রজ তত্তনা,
গৌর ভক্তগী মিৎকী পিনা, চুরক্লে নোংখোঙ ফূইনা।
ঈশৈনা জগোয়না কল্লবা থম্মোয়বু পেৎনরি,
পুমঙক পুমঙক ঙক্নরক্লে গৌরগী ব্বাখল বিজুলি।

### গৌরচন্দ্র - এক তাল অখেৎপা

অবদ্বৈতনা ফুক্লকপা চারা,
হৌরে চাওরে মপাল মরা,
নিংখিনা শাৎলে সনাগী লৈহাউ,
লাউনরে নিন্নরে থাগৎ খোল্লাউ।

শন্দোক্লে চাউরে মশা মরেং,
ইনরে কবিনা মগুনগী শৈরেং,
মরুম্না ওইরে ইংলবা থাবল,
বৈষ্ণবশিংগী থম্মোয়গী মরল,
মমিংসু ফাওরি শচিগী নিমাই,
ইনরে থন্নরে লাইরিক্কী লমায়।

## গৌরচন্দ্র এক তাল অখেৎপা, মেনকুপ তাল

গোকুলগী থানা থোকপিররে নদিয়াদা,
ঙানবিররে হরি সংকীর্ত্তন্দা।
গোকুলদা থোক্লম্বা অমুবা থানিন,
ওইররে হৌজিক্না অঙৌবা থানিন
তিল্লরে অনিনা অমত্তা ওইনা।
অশংবা মনিদো সনানা য়োমখরে,
ঐহাক্কি তাকথোক্কে কনাদা খঙহন্দে।
পায়রম্বা বাঁশি থাদোকখ্রে বাঁশি,
গোপিগী পুক্নিং শুম্ধৎপা,
ওইররে হৌজিক্না হরি নাম য়েল্লগা,
জীববু লানবি হৈবা।
থাগী মঙাল জগৎ শিনবা থুংলে অশংবা ...।।

## নাম প্রচারন-একতাল অখেৎপা

ধ্যান যজ্ঞ ঙম্লরোই,
মন্ত্র অতৈনা লাল্লরোই
হরি নাম মহা মন্ত্রনা লাল্লনি।
জীব খুদিং চানবীরি,
তাজবশিংবুসু লানবিরি,
অচান মীরাই নাইবিদে
পাপ্পি চন্দান খায়বিদে,

অঙকপা গৌরগী থৌজান্নি।
কনাবুসু শাউরুদে,
অকনবা ৱাহৈসু হায়রুদে
হরি নাম শোল্লু হায়বতনি।

## গৌরচন্দ্র রুপ-তাঙ্কপ

অঙ্গেরি বরন = মক্ত্রবা কুচুনি ফুদোংবা সনানি,
ঙক্তা থোল্লি মালতি পরেং।
ভুযা যুগতুয়িা = শঙ্কা চুগা চানরবা,
ঙক্তা থোল্লি লৈগী পরেং,
লাইবক্তসু চন্দন্না ঙাল্লি।
বিনোদ গোলেত = ফজরবা ঙকশমদা,
তাংজবনি লৈগী পরেং,
লৈতে লৈরোই মাগুম্বা জগৎসিদা।
মালা দেখি = উরু খুদিং পুক্লিং হুই।

## গৌরাঙ্গ-অখেৎপা তাল

সংকীর্ত্তনগী ময়ায়দা,
ভক্তশিংগা লোইননা,
পাম্বোম ৱাংনা থাংগত্তুনা,
লৈনা জগোই শারক্লে।
পুংলোলগা জগোয়গা কোন্নরে,
শাথেক্কা ঈপোমগা লোয়নরে।
ব্রজগী প্রেমদা লুপ্পবনি,
ৱাখলগী ঈপাক্তা তাওরিবনি,
রাধিকাবু তোয়না শোল্লিবনি।
ৱাখল নিপানগী বিকারনা,
তুখোং খুদিং তু চুংলক্লে,
শ্বর ফুইনা হোল্লক্লে।

কদাইদনো বৃন্দাবন,
কদাইদনো গোবর্বধন,
কদাইদা লৈখ্রে সখাশিং,
কদাইদা চৎখ্রে ষনবী ষননাও।
গঙ্গাবু উরুরে যমুনানি খল্লুরে,
হিক্লা হিক্লা কপক্লে,
তোয়না তোয়না শোল্লক্লে।
গোরর্বধন দান ঘাৎ,
বাঁশিবোৎ কদম তোলা,
য়েংবদা উখিদ্রেদো।
বাঁশিবোৎ কদম তোলা,
রাস মণ্ডন নিধু বন,
অসি হায়দুনা গৌরাঙ্গনা,
হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে।

## গৌরাঙ্গ অবতার - তিনতাল মচা

| | | |
|---|---|---|
| করুনা | = | পোক্লরে শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা |
| করুনা | = | ওইরে শচিগী মচা, |
| | | জীববু চানবীহৈবা। |
| | | ব্রজদা থোক্লম্বা থা থোক্লরে নদিয়াদা। |
| অবতার | = | কলি জীববু লানবীররে, |
| | | হরি নামবু য়েনবিররে। |
| গৌর আম | = | গৌরাঙ্গসে ... কৃষ্ণদুনি ...। |
| নবদ্বীপে | = | সংকীর্ত্তন যজ্ঞ ওইরে। |
| রাধা কৃষ্ণ | = | হরি নাম্না খুৎলায় ওইরে। |
| তিন্নবনশা | = | পাপ্পি চন্দান মাঙহনবীরে, |
| | | ভক্ত বৈষ্ণবপু কনবীররে। |
| রাধা কৃষ্ণ | = | রাধা কৃষ্ণ অনিমক্লা, |
| | | অমত্তা ওইনা পোকপিররে। |

## গৌরচন্দ্র - এক তাল অখেৎপা

থৌজাল হৈবা শ্রীগৌর হরি।
কলি জীবশিংগীদমক্তা,
ব্বাবীরি থম্মোয় নুংদা।
পাপতগী লানবীরি,
হরি নামনা।
লৌরো লৌরে কলি জীব,
হায়না প্রভুনা।

## গৌরাঙ্গ রুপ

| | | |
|---|---|---|
| অঙ্গেরি বোরোন | = | য়েংঙুনে ইতা,<br>গৌরগী মাইথোঙ থা,<br>থা-কোতি হেন্না নিংথিজৈনে। |
| বিনোদ গোলে | = | লৈতে লৈরোই (ও) চাংদমনবা,<br>করি লৈরি হায়যুবা |
| কুন ধোনি | = | ফজবা লাইবক্তা চন্দননা লৈতেংবা,<br>বনমালানা ঙক্তা থোনবা। |
| যেমোন গোলা | = | ফজবা ঙকশমদা তাংজবনি,<br>মনি মুক্তাসু মকশিল্লে ইমক। |

## গৌরচন্দ্র - চারতাল

যাক যজ্ঞা ঙল্লরোই,
মন্ত্র অতৈ কান্নররোই।
সংকীর্ত্তন্না মহা যজ্ঞানি।
হরি নাম্না মহা মন্ত্রনি।
লৌরো লৌরো কলিগী জীব,
পিবিরগে নখুৎ নখুত্তা,
ফংঙমদ্রবা হরি নামবু পিবিররে লেম্না লেম্না।

## নাম প্রচারন - মেন

হরি নাম্না অথোইবনি শোল্লু শোল্লু তাকপিরি।

### নাম প্রচারন - মেন ওনবা

| | | |
|---|---|---|
| হরি বোলি আম | = | হরি হরি শোল্লি গৌরাঙ্গ প্রভুনা॥ |
| নেচে যাই | = | জগোইশাই হরি সংকীর্ত্তন ময়ায়দা॥ |
| গজ রাজ | = | শামুগী শাজৎপু ঙমজনা ফঁজে। |
| সুনার বরন | = | ফুদোংবা সনাবু ঙমজবা কুচুনি। |

### নাম প্রচারন - মেন ওনবা

| | | |
|---|---|---|
| রস রাজ | = | রস রাজনি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুসে,<br>রাধাগী লমন শিংলি,<br>পিক্লবা কোপিন সিনা। |
| ব্রজ লিলা | = | বাঁশি পায়রম্বদো চৈশু পায়বিররে<br>ধোর চুড়া বাঁশি লোইনা হুন্দোকলমলে। |
| দেশ ২ | = | খুঙ্গং খুদিঙদা চৎলি প্রেমগী ভিক্ষা চৎলি। |
| মুখে কৃষ্ণ | = | চিন্দা কৃষ্ণ ২ তোয়না শোল্লদুনা<br>থম্মোয় নিক্লা ২ কপ্লদুনা। |

### নাম প্রচারন- তাঞ্চপ ওইবা

| | | |
|---|---|---|
| পতিৎত দুর | = | অতোনবগী মরুপ ওইবা,<br>চানবিহৈবা অথোইবা,<br>পাপ্পি চন্দানশিংবু মাঙহনবিবা |
| গৌরাঙ্গ | = | পঙলগনু জীবশা পিবিরগে নখুৎতা,<br>হরি নাম মহা মন্ত্র,<br>লেম্না লেম্না য়েনবিরি। |
| শ্রীগঙ্গা | = | শ্রীগঙ্গা মপান্নি,<br>নুংশিরবা সংকীর্ত্তননি জীবশিংগীদমক্তা<br>লিংখৎলিবনি ...॥ |

জদি = মানা কৌবদা পেলহৌদ্রবা,
রাধা হায়বা নামদো,
হৌজিক থম্মোয় পেন্না,
তোয়না তোয়না শোল্লক্লে।

জননি = জীববু অমত্তা ওইনা খনবা,
লৈতে লৈরোই মাগুম্বা,
গৌরাঙ্গসে অতাঙবা শক্তমনি।

নিজপর = খল্লিবনি কাউদ্রিবনি,
শোল্লিবনি কপলিবনি,
থম্মোয়নুংগী প্রেম অঙকপনি।

## নাম প্রচারন - মেনকুপ মপী

লৌরো লৌরো তাকপিরে,
লেম্না লেম্না য়েনবিরে, তাঙলবা
হরি নাম মহা মন্ত্রসে।
মিৎলু ইরা ঈহৌরক্লে,
পাম্বোম অনি থাঙ্গৎলে,
হরি হরি শোল্লক্লে হিক্লা
হিক্লা কপলে....।

## মেনকুপ গৌরাঙ্গ প্রার্থনা

হা গৌরাঙ্গ = হা গৌরাঙ্গ প্রাননাথ থৌজানবিয়ু ননাইবু।

চিরোদিনে = মতম চুপ্পদা থাদোকপিনু,
শ্রীচরন্দা চিংশিনবিয়ু।

আয়ু শেসে = পুন্সিগী মমৈ ওইরকপদা,
অরোয়বা মতম লাক্লবদা,
নংগী নামবু লৈয়েংসিদা শোনজবা ঙমবদো পিনবিয়ু।

প্রান জাবার = দিহেগা প্রানগা খাইনরমদাইদা,
শ্রীমুর্ত্তিদো উহনবিয়ু,
থম্মোয়দা চেৎনা কোনজরগা,
থম্বায় থাবদো পিনবিয়ু।

| | | |
|---|---|---|
| এই আশা | = | মতম কুইরে নিঙজরকপা, |
| | | বৈষ্ণব দাস ননাই ঐনা, |
| | | অসিতদি পিনবিয়ু। |
| কৃপা কর | = | নিঙজবসে থুংহনবিয়ু, |
| | | তুলশি চন্দন কৎচরি চরন্দা। |
| হা গৌর | = | হা গৌর চানবি হৈবা। |

অসিদগী বৈথ ফম্লগা বৃন্দাবন বর্নন যুগোল প্রাথনা সিক্ষা লৌরগা নিত্যাই পদ লৌরগা লোইরে।

# লুহোংবা শৈরেং

লুহোংবদা শক্কদবা ঈশৈগী পরিঙশিং মথং মনাও নাইনা মখাদা থমজরি। য়াম্না তোয়না শক্লবা ঈশৈগী পরিঙসে অনিনি। হায়রিবা পরিঙ অনিমক লুহোংবা শৈরেং অহানবা অমসুং লুহোংবা শৈরেং অনিশুবা হায়না থমজরি। পরিং অনি অসি মরুওইনা লৈ কোয়বগী শক্কদবা ঈশৈশিং অদুদা খেন্নবনি। অহানবগী অসিনা শরত ঋতুগী মতমদা লুহোংবগী মতাংনি। মসিদদি লৈ কোয়বা মতমদা প্রার্থনা শক্কনি। অনিশুবগীসিনা বসন্ত মতমদা লুহোংবগীনি। মতাংসিদদি লৈ কোয়বা মতমদা ফাগুখেন শক্কনি।

## লুহোংবা শৈরেং অহানবা

মমাংদা পনখিবশিংগুম্না রাগ তারবা মতুং গুরুবন্দনা, বৈষ্ণব বন্দনানচিংবা শক্লবা মতুংদা শক্কদবা ঈশৈশিং-

### গৌরচন্দ্র রাগ তুরিনা পুবা

| | | |
|---|---|---|
| জয় জয় | = | অথোইবীনি নবদ্বীপসে গৌরাঙ্গগী পোক্লফম অসে।২ ধ্রু -খুদম অসিনা হন্দুনা শক্লবগী খুদম্নি। মথক্কী পদসিদা। |
| একিনব | = | লৈরোই মাগুম্বা অমা জগৎসিদা। |
| নবদ্বীপ | = | নবদ্বীপকা মান্নবা লৈরোই মরোল অহুমদা ভক্তি মাপন্না লৈতেংবনি গুন শুনা লৈবনি। |
| ফল ফুল | = | হরি সংকীর্ত্তনগী হৌফম্নি। |
| পুন্যবতি | = | পুন্যা চেনবী গঙ্গা অসে, যমুনাগা মান্নেনেসে। |
| অছেগ্রাম | = | লাইবক ফবী ওইরিদনসে। |

জয় জয় = + - + - + - 0,
অ থোই বী নি ন ব ও
\+ - + - + - 0
দীপ সে এ .........................
\+ - + - + - 0,
গৌ রাং গ গী পোক্ল ............,
\+ - + - + - 0
অ .......... ফম অ সে ................

একিনব = + - + - + - 0
লৈরোইমাগুম্বা অমা জগৎ সি .....দা..........

নবদ্বীপ = + - + - + - 0
নব দীপকা মান্ন বা লৈরোই মরোল অহুমদা

\+ - + - + - 0
ভক্তি মাপন্না লৈতেংবনি গুন শুনা লৈবনি

ফল ফুল = + - + - + - 0
হরি সংকীর্ত্তনগী হৌফম নি .................

পুন্যবতি = + - + - + - 0
পুন্য চেন বী গং গা .........,
\+ - + - + - 0
অ সে ......................................
\+ - + - + - 0
জ মু না গা মা ন্নৈ ..........
\+ - + - + - 0
নে সে ...........................................
\+ - + - + - 0

| অছেগ্রাম = | লাই | বক | ফ | বি | ও | ই .......... | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | + | - | + | - | + | - | 0 |
| | রি ................দা | | | ন | সে .................. | | |

## গৌরাঙ্গ অবতার-তিন তাল মচা

আইলা = লেংবিরক্লে নবদ্বীপ্তা,
জীববু লানবীনবা,
গোলুক্কী শ্রীহরিনা।

হরি সংকীর্ত্তন = হরি সংকীর্ত্তন,
মানা লিংখৎ পিররে।

জীবতরাইতে = জীববু লানবিনবা,
গোলুক থাদোক্তুনা,
লেঙবিরক্লে নবদ্বীপ্তা,
ঙাল্লরে নদিয়াদা।

জয় শচিনন্দোন = জগৎ লানবিরিবা,
হরি নাম য়েনবিবা,
জীববু নুংশিবীবা,
ভক্তগী থৱায় ওইবা।

হরি নাম মহা মন্ত্র = থাংগৎলি পাম্বোম ৱাংনা,
কৌশিল্লি তোয়না তোয়না,
লৌজরো লাও হায়না,
পিবিরি লেম্না লেম্না।।

হরিনাম চিন্তামনি = তাঙলবা মপোক্লি,
তেল্লবা পুন্সিনি,
ফংঙমদ্রবা নামনি,
জীবগী পাম্বৈনি,
লৌজরো লাও হায়না।

## গৌরাঙ্গ অবতার - তিন তাল মচা

গোলুকে গোপোন ধোন = গোলুক্তগী হরিনা গৌরাঙ্গ ওইরদুনা,
জীবগীদমক্তা অৱাবা খন্দনা,
য়ুমথোঙ্ খুদিঙ্ চঙ্লদুনা,
হরি নাম য়েনবিররে।

মলা জা পোয়ে = মালা পায়রদুনা অমৃতগা মান্নরবা হরি নাম পুরদুনা,
জীবনা ফংঙমদ্রবা হরি নাম য়েনবিররে।

অন্তরে কালা রুপ = মনুংদা অমুবা কুচু মপান্দ সনানি।

ত্রিভঙ্গ ভঙ্গীমা = খোই খোইবা শাথেক্তো মানা লোৎশিনখরে।

রধি কার ভাব কান্তি = রাধীকাগী মবুংঙোদো।

ব্রজ বৃন্দাবন = ব্রজ বৃন্দাবন থাদোক্তুনা (লাক্লে) নবদ্বিপ্তা লেঙবিরক্লে।

ব্রজেতে কলা চান = ব্রজদা কাহ্নাই হায়নৈ নবদ্বিপ্তা নিমাই কৌনৈ।

ব্রজ পুর বাঁশি = ব্রজদদি বাঁশি থোল্লি নবদ্বিপ্তা চৈশুনা লৈতেংলি।

## গৌরাঙ্গ অবতার - এক তাল

নিখিনং ভুবনং = পৃথিগী অরুম্বা কোকপিগে হায়বগী লাক্লিবনি গৌর, শারি জগোয় সংকীর্ত্তন্দা।

দুলভ প্রেম = তাঙলবা হরি নাম ভক্ত বৈষ্ণব পুন্নমক্লা,
পুক্লিং থম্মোয় মান্ননা নুংশি নুংশিরবা ঈশৈ শক্লি।

গাৱত পরম = শক্লরি শোন্নরিবা মাগী মাগী মচিন্না,
মানা মানা ফাজবা হৈজ হৈজবা সংকীর্ত্তনদা (২),
য়ৈরক্লি পুঙলোন অবদ্বৈতনা,
দৃমিখি দৃমিখি দৃমি থৈ-থৈ-থো-থো,
পুঙলোন ঈশৈ সুর তাঞ্জা চানা যন্ত্র খোংলি (২),

সুর তরেৎকী খোম্বোক্না (২) ছ্-ছ্-রি-রি-রি-রি
গম-ম-প-ধ-নি ধনি ছা,
পুঙলোন ঈশৈ তানজা চানা,
জগোই শারি গৌরনা,
হরি সংকীর্ত্তন ময়ায়দা।

## গৌরচন্দ্র রুপ

| | | |
|---|---|---|
| হরি সংকীর্ত্তন মাঝে | = | মাগী ভক্তশিংগা লোয়নৈ গৌরাঙ্গনা,<br>ব্রজ লিলা গুম্না ঙসি শান্নৈ হ্রাওনা। |
| গাদাধর সঙ্গে | = | গদাধরসু য়াওরি লোইননা জগোই শারি,<br>ব্রজ লিলাগুম্না ঙসি শান্নৈ হ্রাওনা। |
| ব্রজেব কমিনী | = | ব্রজ বৃন্দাবন্দা কৃষ্ণনা শান্নখি গোপিশিংগা,<br>অদুগুম্না গৌরাঙ্গনা শান্নৈ হ্রাওনা। |
| নাচীতে নাচিতে | = | জগোই শার শারদুনা প্রেম্না ঙাওরদুনা,<br>হরি হরি শোল্লি তোয়না তোয়না গৌরাঙ্গনা। |

## গৌরচন্দ্র রুপ - একতাল অখেৎপা

| | | |
|---|---|---|
| পুর্বের ব্রোজ | = | য়েংবদা মিৎফম হোংবা ঙমদে,<br>য়েংউ কয়াদা নিংখিজরিবনো। |
| গৌরাঙ্গ হয়াসে | = | খ্বাইদগী হেন্না ফজবনি,<br>থাগী মাইথোঙনা তাংজবনি,<br>থা হায়বসে শুক্ল অহিংদা ঙানজবনি। |
| বাঁশি ধরি | = | বাঁশি পায়রম্বা বাঁশি থাদোক্লে,<br>জীবগীদমক্তা চৈশু পায়রে। |
| পোতিত্ত | = | অতোনববু য়েংবিদুনা,<br>পামবোম ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা,<br>লৌরো লৌরো হরি নাম,<br>পিবিরিয়ে লেম্না লেম্না। |

ছন্দ অসিদা তাংলগা শঙ্কদবা - করি পুন্য তৌদুনা,
উজবনো মহাকসে,
খঙলে খঙলে মহাকসে।
ব্রজদা কৃষ্ণ ওইরমবদো,
কলিদা গৌর ওইররেদো,
য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা,
হরি নামবু য়েনবিররে।

## গৌরচন্দ্র রূপ -একতাল

| | | |
|---|---|---|
| মধু কর | = | কুচু অনি পুরদুনা,<br>ৱাখল অহুমগা লোয়নদুনা,<br>নদিয়াগী থা ওইনা ঙানবিররে। |
| তিল কবি | = | ৱাদৌরিদা ঐখোয়সে,<br>খঙবিদেদো নোংদমবসে,<br>য়ুবতি ওইবি ঐখোয় ঙাওরেনেসে। |
| হায় মোরি | = | চাংদমনিঙাই লৈরোইনা (হায়য়ু ইতা চান্নরবী।) |
| ভুরু জুগ | = | নোংদম্বসু লান্দেনা,<br>খুৎশেমগী ৱাংমদা লৈরেনা,<br>চাংদমনিঙাই লৈরোইনা। |
| রুপের আগে | = | কৃষ্ণগী প্রেমদা গৌরনা ঙাওরে,<br>গৌরগী প্রেমদা ভক্তনা ঙাওরে,<br>ঙাঙ্ঙ্রানবা চিন্বান্দা,<br>মুরুম মুরুম শোল্লিবা,<br>জয় রাধে শোল্লিবনি,<br>প্রেমগী লমন শিংলিবনি। |

## গৌরাঙ্গ রূপ - এক তাল অরনবা

### হাই অশাংবা

| | | |
|---|---|---|
| দেখো সখি | = | য়েংঙুগবা চান্নবী,<br>গৌরাঙ্গগী মাইথোঙ থাসে উরুবদা। |
| হেরিলে হরল | = | য়েংউ য়েংউ খুদিংমক্তা,<br>মিৎফম হোংবা ঙমদেনেসে,<br>বিধিনা করম শেমলম্বনোদা। |
| ব্রজের মখোন চুরি | = | ব্রজগী অমুবা থানা,<br>ঙানবিররে নদিয়াদা,<br>মাগী মাইথোঙ থাবু উরুবদা,<br>লোৎলে নোংগী মরুমদা,<br>ইকাইরমাল্লে অতিয়াগী থাজসে। |
| গৌরঙ্গ মর্ধুজ | = | গৌরাঙ্গবু উজবা,<br>করি পুন্য তৌজরকপনো। |
| রুপের আগে | = | মপোক কয়াগী পুন্যগী ফলনা,<br>হন্দক্কী মপোক্ত উজবা। |

## গৌরঙ্গ রুপ - এক তাল অকুংবা অখেৎপা

| | | |
|---|---|---|
| বাকা নোয়ান শধ্যান | = | থম্বাল লৈকা মানবা,<br>পিশুম অনিনা লিরুঙ ওইরে। |
| রুপের আগে | = | নদিয়াগী মীপুম খুদিংমকসে,<br>প্রেমগী তেন্না পাল্লরে ইতা। |
| হেরিলে হরল জ্ঞান | = | মাগী মোমোন নোকপা মীনোক,<br>ফল্লপ য়েংবা মীৎয়েংসিনা,<br>অথৌবা তেনজিন ওইরদুনা,<br>পিশুম অনিনা লিরুং ওইরে। |

মথক্কীগা ছন্দ মান্ননা শক্কদবা = উদরে লৈবা ঙমদে,
উরুরে থাদোকপা ঙমদে।

## গৌরাঙ্গ রুপ (চার তাল)

গোলাই তুলসি = ঙকশমদা হাইরি লৈগী পরেং,
লাইবক ফবী কনানা লেংবনো।

মলা ঝোন মোন = কয়াদা নিংথিজরিবনো।

গৌর গোলে = গৌরগী ঙকশমদা তুল্লসি পরেং,
হাইনা হুমনা নিঙথিজরে।

পুর্ব্বে সিল = ব্রজদা ওইরম্মি বন মলা,
হৌজিক্না ওইররে তুলসি পরেং।

কুন ধনি = হাইরে হাইরে মালাসু হাইরে,
মালানা হাইবদা ঐখোয়সু ঙাওরে।

বিনোদ গোলে = নুংশিবা গৌরগী ফজবা ঙকশমদা,
হাইনা হুম্না লৈতেং ওইরে।

জেমোন গোলা = ঙকশম্না ফজবরা মালানা
মালানা ঙক্তা তাংজবনি।

## গৌরাঙ্গরুপ মেন

গৌর রুপো = ফজৈ ফজৈ গৌরাঙ্গসে,
চাংদমনিঙাই লৈতেনেসে।

রুপো হেরি = সনানা তাংজবা কুচুনি,
থাজনা ইকায়বা মাইথোঙনি।

## মেন ওনবা

হায় মোরি = গৌরাঙ্গবু উবদা,
ঙাওরোইদৌবা কনা লৈ।

বদন চান্দ = মাইথোঙ থাজ উরুবদা,
লৈচিললক্তা হেক হেক লোৎলি থা।

কিসেবা = করিগা চাংদমগনি (এ)
ফজবা পুম্নমক্না তাংজরিনেসে।

নাগরিনি = নাগরি ঐথোয় মপোক
মহৈ য়াল্লে মাবু উজবা ফংজবসে।

কোতোই = মপোক কয়া নিঙজরক্তুনা
মাবু উজবা ফংলিবা।

হায়রে বিধাতা = ফত্তেদা নোংদম্বা করম্না শেম্লম্বা।

দুই পাপ = পাপ চেনবা মিৎসিনা উবা ফংজরে,
মিৎ অনিনদি পেনদ্রে
লীশিংদি পানবিরমদ্রে।

বিধী কিহোইলো = বিধিনা উহল্লে ফংহল্লে,
ঙাওহল্লে ঐথোয়।

গুরা রুপো = ফজৈ ফজৈ গৌরাঙ্গসে,
চাংদমনিঙাই লৈরোইনেসে।

## তাণ্ডপ

অজু সংকীর্ত্তন = হরি সংকীর্ত্তনগী ময়ায়দা,
তাণ্ডব জগোই শারি
গৌরসে এ।

ভাবহি = ব্রজ ভাবতা ঙাওরে,
মিৎলু নাপোম ঈহৌরে,
রাধা রাধা কৌরদুনা,
হিক্লা হিক্লা কপ্লে।

পৃয় গদাধর = গদাধর উরুবদা রাধা মক্লি খল্লিদো,
কৃষ্ণ মক্লি নিঙইদো,
গৌরাঙ্গনি কাউইদো।

## গৌরাঙ্গ ভাবি-মেনকুপ মপি

নোয়োন কমোলে = গৌরনি কাউখরে,
কৃষ্ণ প্রেমদা লুপখরে।

রাধা রাধা = রাধা রাধা কৌরি মানা।

সুমে রুশি = গঙ্গানা ঈহৌরকপগুম্না,
মীৎলু অনিদা প্রেম ঈহৌরে।

## গৌরাঙ্গ ভাবি-মেনকুপ

ব্রজ প্রেম ভেরে = ব্রজ প্রেম্না ঙাওরে,
লৈমায়দা ওল্লে,
সনাগী চিংদুমদো মাল্লে।

পদেতে সেবোন = নিত্যাইনা চেনশিল্লে তম্বাক্তা কোনখৎলে,
ভক্ত গদাধরনা চরন্দ থৌগল্লে,
মম্রম্বা ঙাল্লকলে তথক্না য়েংজরে,
ময়ামবুং নিত্যাইদা কোল্লে।

কাচা সুনার = গৌরগী দিহেদা উফুন্না লৈতেংলে,
মীৎলু অনিদা গঙ্গাগুম্রে,
নিত্যাইনা ফিজিদো লৌজরে,
তপ্না তপ্না নাঙ্থোকচরক্লে।

## বৃন্দাবন বর্নন

ব্রজ বৃন্দাবনগী নিকুঞ্জবন্দা,
শ্রীরাধা গোবিন্দা অনিমক্না।

সখিশিং লোইনৈ,
গোপিশিং ময়াম রাস লিলা শান্নমিন্নৈ।
ব্রজ বৃন্দাবনগী উপাল উরি,
শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্কী কুঞ্জগী লৈতেং ওইরিবনি।
হৈনৌ তোমাল বোকুল কদম,
কুঞ্জবনগী মাইকৈ মরিমক্তা,
শ্রীরাধা গোবিন্দা অনিমক্কী,
চরন তম্না (২) লুকথনরি।
ঋতু তরুক্লা থৌগল্লিবা,
মলয়া নুংশিৎ নামিবনা,
হৈনম লৈনম পুরদুনা,
শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্কী,
অতৎপা লৈতনা থৌগনজরি।

## বৃন্দাবন বর্নন

সুখদ শ্রীবৃন্দাবনে = অসিগুম্বা বৃন্দাবন্দা রাধা শ্যাম্না ঙাহৌইরি।
= অয়াম্বা লৈনা ফুগাইনা শাৎলে,
মালয়া নুংশিৎনা লৈগী লৈনম পুরদুনা,
শ্রীরাধা গোবিন্দগী চরন্দা থৌগনজরি।
= উশাদা তোংদুনা কোকিন্না খোংলি,
তোমান্দা তোংদুনা ব্রাহোংনা জগোই শারি।
= ফজবা নিংথিবা পুম্নমক্লা তিল্লবা,
য়েংবদা পুক্লিং শুমহৎপগী মশক ওইরবা,
তোমাল বোকুন্না নেম নেম নেম নেম ফজরিবা।
অয়াম্বা উরী উপাল পুম্বা,
শ্রীচরনবু ফংজরনি হরাওজরিবা।
জাতি যুতি লবঙ্গ কেতুকী লৈহাও উ থম্বাল,
থরোসু থম্বালসু অয়াম্বা লৈনা ফুগায়না শাৎচরি।

অতরগুলাপ উরীরৈ মাধবী নাগেশ্বর,
বোকুল, কদম, পেক্রুকলৈ, লৈপাকলৈ, তখেল্লৈ,
কুন্দাল্লৈ, চিনিচম্পা য়েংবদা পুক্লিং শুঙ্কৎলি,
রাশেশ্বরি শ্রীগোবিন্দ অনিগী চরনবু ঙায়দুনা শাৎচরি।

## বৃন্দাবন বর্নন

চিন্তা মনি = তাঙলবা মফম ওইবা,
ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী চঙজফম মফম ওইবা,
চঙজফম ফংজফম ওইবা,
কুন্দ কুঞ্জবু জমুনানা থৌগল্লিবা।

সিখি কল্ল = ৱাহোংনা জগোই শারি,
থেক্লা নৌনা ফজনা,
কোকিলনা কুহু হায়না খোংলি।

তার মৈধে = ময়ায়দা সনাগী তাংবল মথক্তা,
রাধা শ্যাম্না ঙানথোইরিবা।
কুঞ্জ অসে পুমঙাল ঙাল্লে থা অনি থোক্লেনেসে।
অনিগী ফজবসে চাংদমনিঙাই লৈতে।

## বৃন্দাবন বর্নন

ফজবা শ্রীবৃন্দাবন্নি,
ঋতু তরুক্লা থৌগল্লিবিনি,
লৈশক শুনা শাৎপা,
কুঞ্জ কুঞ্জ বননে।
বৃন্দানা শেমজৈদো বৃন্দাবন কৌইদো,
হৈগী লৈগী পরেং,
হৌরি উগী পরেং,
ফজবা উশাদা তোংদুনা
কোকিলনা খোংলি কুহু হায়না,
খোঙ্হাং মঙানা।

চাংদমনিঙাই লৈরোই হায়মনবা ওইরোই,
মরোল অহুমমক্তগী পুমহেন হেনবিনি,
চিন্তামনি মিংথোন ফংলিবসিনি,
রাধা কৃষ্ণ অনিগী রাস শান্নফমনি।
লাইবক ফবি ব্রজ ভুমিনি,
শ্রীরাধা গোবিন্দগী পাদ চিন্ধনা লৈতেংবা,
অনিগী প্রেম রস হৌরকফম মফম্নি,
ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী চঙজফম মফমনি।
ৱাহোং চোঙ্ঙা তেনৱানা,
খোংলি পুম্নিল্ নিন্না,
চিল্লোক্ চিল্লোক্না ৱাহোংনা,
লৈনা থেক্না জগোয় শারি,
লিরি হুম্নি মালংবনা,
অহিং নুংথিল তত্তনা।

## কৃষ্ণ রুপ - এক তাল

দেখো সখি = য়েংঙু ইতা চান্নবী,
শাথেক অহুম্না লৈতেংবা,
রস শুনা তিল্লবা,
কোক্তা চুড়া থোনবা।

ওই রুপ = লৈরোই মাগুম্না ফজবা,
জগৎসিদা লৈরোইনা,
চাংদম্নরুবা খুদিংমক্না মাইথিবদা ওইরেনা।

শ্যাম চরন = শ্যামগী চরনবু ফংলিবা,
লাইবক ফৈদা নোপুর,
শ্যাম্না পায়রিবা নুংশিবা বাঁশি,
করি পুন্যনা ফংলিবা।

কতি ততি = খ্বাংদা থোল্লি সনা ফিগে,
ঙক্তা বৈজয়ন্তি মালা।

## কৃষ্ণ রুপ - মেনকুপ মপি

| | | |
|---|---|---|
| শ্যাম রুপ | = | শ্যামগী মাইথোঙ,<br>জগৎ শুক্ষৎ শকফম্নি। ২ ধ্রু। |
| সিরে সিখি | = | কোক্তা ৱাহোংগী চুড়া,<br>ঙক্তা বৈযয়ন্তি পরেং,<br>বন মালানা তাংজবনি। |
| কতিতে কিংকিনি | = | খ্বাংদসু কিংকিনি, চরন্দা নোপুর। |

## কৃষ্ণ রুপ - মেনকুপ তাল

| | | |
|---|---|---|
| বিশাখিকে | = | শ্যাম শকহেনবা মীৎচি মীরৌবা,<br>মোমোন মীনোক্না থম্মোয়বু হুবা। |
| হে প্রিয়ে | = | শ্যামগী মায়থোঙ থাজনি<br>হায়সিরা থাজদি মায়হিং কায়,<br>পিশুম্না লিরুং ওই,<br>মিৎচিনা তেঞ্জৈ ওই,<br>কাপলে থম্মোয় তম্না। |

## কৃষ্ণ রুপ

শুক্ষৎলে থমোয় শ্যামগী,
মায়থোঙ থা থাবু,
ঙমজৈদা মায়থোঙসে।
লৈচিল পক্রুবা থাসে।
থাজসে... ইকায়রমাল্লে লৈচিল্লক্তা,
হেক হেক লোৎলিনে।
চোইজাইবা শম্লাং ফানা,
লাং ওইরে লিরিদা তেঙ্গাথোং থম্মোয়দা তম,
কামগী তেঞ্জৈনি করম্না খাঙগনি।

## কৃষ্ণ রুপ

দেখ সখি শ্যাম রুপ = য়েংঙু ইতা,
শ্যামগী শকফমসে,
ফজবা মখৈ তিল্লিসে।

চুড়া মুলে = চুড়ানা চেপ্পপ,
মীৎচিনা ফল্লপ,
পুক্লিং হুরিবসে।

পক্ষীর পাখা = য়েংঙুবদা ফজবা ঙাক্তা।

সহজ রুপে = উবদা থৱায় চিংখরেসে,
উদবদা লৈঙমদেসে,
ৱাই ৱাই ইতা ঐখোয়সে।

কমিনির = মপোকসিদি মহৈ য়াল্লে,
শ্যাম্বু উবা ফংবসে,
ব্রজ গোপী ঐখোয়সে।

## রাধা রুপ-মেন অওনবা

সুনার বরনি = সনাগী কুচুনি,
লেমজবী মাইথোঙনি।

ধনি চান্দ = মাইথোঙনা থাবু ঙমজবী।

সুমৃগী নয়নি = শজি মীত্তা লময়ৌবী,
তথক মীৎয়েংনা শুক্কৎপী।

ভুবন মুহিনি = ফজবা খিবিক্কী তুংনফম ওইরিবী,
কৃষ্ণ প্রেমগী মশক ওইরিবী,
মাইথোং নিংথিবী কাম্না ইকাইরিবী।

কস্তরি কুম কুম = কস্তরি কুম কুম,
অগরচন্দন শ্রীঅঙ্গদা খিকচিল্লি,
রাধা নাম্বু য়েক্লি,
মাইথোং থাজদা।

## রাধা রুপ - চালি তাল

| | | |
|---|---|---|
| ধনি চন্দবদনি | = | থাবু ঙমজবী মায়থোঙনি,<br>কৃষ্ণদা রতি লৈজবী। |
| নিল বস্ত্রা | = | অশংবা সারিনা লৈতেংবী,<br>কৃষ্ণগী পুক্লিং সুম্মৎলিবী। |
| কৃষ্ণ সুখ | = | কৃষ্ণ শোঞ্জবনা মথৌ ওইবী,<br>কৃষ্ণ ভজনগী লমজিংবী,<br>মহাভাবনা লৈতেংলিবী। |
| ভুবন মুহিনী | = | বৃন্দাবনগী মবেম্মা,<br>গোপিলক্তগী অথোইবীনি,<br>কৃষ্ণ প্রেমদা তাউরিবী,<br>মরোল অহুমদা ফাওরিবীনি। |

## যুগোল রুপ

| | | |
|---|---|---|
| দেখ রাধা মাধব | = | য়েংঙু ইতা রাধা শ্যামসে,<br>ফজদরা য়েংজহৌরো লাও। |
| হেরো নোয়োন | = | য়েংঙু ইতা চান্নরবী,<br>য়েংলিবা মখৈ পেনবা নাইদে,<br>য়েংজহৌরো লাও। |
| শ্যামের মাথে | = | শ্যামগী কোক্তা ৱাহোংগী চুড়া,<br>রাধাগী কোক্তা অমুবা বেনী,<br>বেনী চুড়া য়েৎনবসে,<br>ৱাহোংগা লিনগা শান্নবা মাল্লি। |
| শ্যামের হাতে | = | শ্যাম্না পায়রি নুংশিবা বাঁশি,<br>রাধানা পায়রি সনাগী ঝাপা,<br>শ্যাম্না হেন্দে রাধানা ৱাত্তে,<br>য়েংলিবা মখৈ পেনবা নাইদে। |

| | | |
|---|---|---|
| নন্দগ্রামে | = | নন্দগ্রামগী অশংবা থম্বাল,<br>যাবত্ত গ্রামগী সনাগী থম্বাল,<br>সনাগী থম্বাল অশংবা থম্বাল,<br>অনিনা কুঞ্জদা ফুগাইনা শাৎলে। |
| মান্নবা ছন্দদা | = | কৈনোনে রাসিনা চদুম চদুম,<br>চিংশিল্লিনে থমোয়সে শুম শুম। |

## যুগোল রুপ - একতাল অকুংবা

য়েংঙু ইতা চান্নবী,
য়েৎকা ওইগা অনিসে,
ফজবা কনানা হেল্লিবা।
নঙগা ঐগা থাগৎনবদা,
অথোইবা মনা লৌনসি,
অহেনবা মনা পীনসি।
কনানা হেল্লিবা কনানা ৱাৎলিবা,
ঙম্লোই কনাসু অমগী মতেং পাংবা।
ৱাৎতে থোক্লি থাৱানমিচাক,
পাইরি উচেক খমৱাংচাক,
নোংগা নোংথাংগা য়েৎনরে,
খমৱাংচাক অনিনা মিপাইরে।
অশংবা তোমাল পাম্বীদা,
সনাগী উরীনা য়েৎলিয়ে,
পামজনা য়েৎলিয়ে,
হৱাওনা য়েৎলিয়ে।

## যুগোল রুপ - এক তাল অখেৎপা

থাজ থানিন লক্তা
পাইরি নোংইন চেক্লানা।
ফুগাইনা শাৎপা থরোলক্তা
ঙাল্লি থাবলনা।

অহিংগী খোইমু খ্বাংজেংবা
লৈকা খুদিং তোংদুনা,
চুপ্পি লৈহি ঙংনা ঙংনা।
রাধানা থানিন্নি কৃষ্ণনা নোংইন্নি
রাধানা থরোনি কৃষ্ণনা খোইমুনি
রাধা কৃষ্ণগী ফজবসি
চাংদম নিঙাই লৈতবনি।

## যুগোল প্রার্থনা -চালি

জয় রাধে = রাশেশ্বরি শ্রীগোবিন্দ পীনবিয়ু চরন থম্বাল।
যিবোনে ঔসোধো = মতম লৈবা পুম্নমক্তা কাউহনবীনু চরন সেবাদো।
শ্রী নন্দের = ব্রজ গোপী ঐখোয়দি,
অতৈ অমা পামজদে,
অনিগী সেবা ফংজবা নত্তনা।
ব্রজ রমনি = রাসমণ্ডলদা কৃষ্ণগা লোইননা, নিংখিজনা
জগোই শাবিয়ু।
সুর বনিতা = জগোই শাবা তম্বীয়ু ননাই ঐসু য়াওজগে।
জয় রাধে = চংজৈ রাধে শ্রীরাধে চংজৈ রাধে।

## যুগোল প্রার্থনা

প্রান রাধে = পিনবিয়ু চরন থম্বাল,
লৌবিনুক্কো ননাইগী ইরাল।
তুমা দুহা = তাইবং ঈপাক লাল্লমদাই,
থৱায় হকচাং খাইনরমদাই,
ঐগীনি হায়বা ৱাখল থল্লমদাই,
অরোইবা খোঙচৎ ওইরমদাই।
প্রান পুসপাঞ্জলি = ঐগীনি হায়বনা কনখিবনা,
চঙজফম খিহৈদবনা,

ঐগী ইরান্না লমজিংদুনা
পোল্লখিনি হন্না হন্না।

যনমে যনমন্তরে = তাইবংসিদা লাল্লবনিনা,
নোংমদি শোইরোই হনখিবা,
হন্না হন্না লাকহনবিনু,
থম্বীয়ু চরন নাক্তা,
চরন সেবা ফংজগে।

পাপ দেহে = পাপকী লম্বী ককথৎ পিরোগবা,
থব্বায় মঙাসে লৈ ওইনা,
কৎচরি শ্রীচরন্দা।

ললিত ত্রিভঙ্গ = শাথেক অহুম থেকপা,
চুড়া চেপলপ থোনবা,
গোপীগী পুক্নিং শুম্ন্বৎপা মুর্ত্তিদো,
অরোইবা মতমদা উহনবীয়ু।

কোতি জনমে = মপোক কয়া পোল্লবসু,
চরন্দদি কাউহনবিনু।

## যুগোল প্রার্থনা

হা ব্রজ কুল = হা ব্রজগী থব্বায় ওইবা,
চরন নাক্তা চিংশিনবীয়ু।

হাহা প্রানে শ্বরী = রাশেশ্বরি শ্রীগোবিন্দা,
অনিগী থৌগল ফংহনবীয়ু।

প্রান নাথ = পিনৌবা গোপি ঐখোয়বু,
মপোক খুদিংদা উহনবীয়ু,
লিলা খুদিংদা য়াওহনবীয়ু,
উনা থব্বায় থাহনবীয়ু।

## যুগোল প্রার্থনা

হা কৃষ্ণ প্রান নাথ = হা কৃষ্ণ থৌজাল হৈবা,
মুরুলি থোনবা,
হে রাধে চানবী হৈবী,
থৌজালবীয়ুবা।

কিবা ভোযোন = ভজন করিনো সাধন করিনো,
মন্ত্র করিনো খঙজদে,
অনিগী সেবা অহিং নুংথিন্দা,
পিনবীয়ুগবা।

সংসার মায়া যালে = সংসার মায়াগী যান্না,
পুনশিনবিরে ঐখোয়বু,
কৃপাগী থৌরিনা চিংশিনবীদুনা,
চরন নাক্তা থম্বীয়ু।

দুহু শ্রীচরন্নে = অনিমক্কী শ্রীচরন্দা,
থৱায় হকচাং লোয়ননা,
নুংশিরবা লৈ চন্দন,
কৎচরি লৌশিনবীয়ু।

যোতোনে পুস্পেরি = ফজবা (কুন্দো) লৈগী পরেং,
অনিগী ঙক্তা থৌগলজরে।

## সংকৃন শমভুক

অমুল্য দাশিনি = নিঙজবা মহৈ য়াল্লে,
নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউরে,
অনিনা পুনবদা শখিশিং,
পেন্নরে নুংঙাইনজরে।

## নিত্যাই পদ

ভোজে নিত্যাই = চংজৌ নিত্যাই নন্দগী,
চরন থম্বাল অনিদা।

| | | |
|---|---|---|
| গেলোদিন | = | কাউরনু থারনু শ্রীচরন থম্বালদো। |
| নিত্যাই চরন | = | নিত্যাইগী চরন্নি চংজফম। |
| বোল হরি বোল | = | শোনসি হরে কৃষ্ণ |
| জয় রাধে | = | নিঙশি রাধে কৃষ্ণ। |
| গোবিন্দ | = | গোবিন্দ রাধে কৃষ্ণ। (৩)<br>খুরুমজৈ চৈতণ্য নিত্যাই,<br>চঙজরি চৈতণ্য নিত্যাই। |
| বোল্য প্রেম | = | শোনসি নুংশিনা শ্রীরাধা কৃষ্ণ,<br>শোনসি প্রভু নিত্যাইনন্দা চৈতন্য অবদ্বৈত,<br>ভক্ত সাধু বৈষ্ণব পুন্নমক হরে হরে। |

**বাহং খরা**

১। কীর্ত্তন মখন কয়া শুবগে?

২। রাগশিংগী মনুংদা করি করি রাগনা মরু ওইবগে?

৩। নবদ্বিপ্পু লাইবক ফৈ হায়রিবা করিগীনো?

৪। নবদ্বীপ্তা শ্রীগৌরাঙ্গ অবতার ওইরিবা করিগীনো?

৫। তিনোবনশা হায়বসি করিনো?

৬। মেন কাদায়বু কৌবগে?

৭। রাজ মেন হায়রিবা করিগীনো?

৮। সংকীর্ত্তন কদাইবু কৌবগে?

৯। মেনকুপ কদাইবু কৌবগে?

১০। করতালনা করি হায়বগে?

# লুহোংবা শৈরেং অনিশুবা

মমাংদা পনখিবগুম বৈষ্ণব বন্দনানচিংবা ঈশৈশিং শক্লবা মতুংদা শক্লদবা ঈশৈশিং মখাদা থমজরি।

## রাগ মৌরিনা পুবা

| | | |
|---|---|---|
| অপরূপ | = | বৃন্দাবনগী কৃষ্ণদুনি গৌরসে॥ ৩ ধ্রু॥ |
| কামিনির | = | উরু খুদিং পুক্লিং হুইসে গৌরাঙ্গ প্রভু য়েংঙু ইতা। |
| রূপের সোভা | = | প্রেম্মামৃতা য়েনবিরিদো মীপুম খুদিংদা |
| মুখ সোভা | = | মাইথোং থাজ উবদা,<br>ইকায়রদুনা লোৎলে লৈচিল্লক্তা থা। |
| অসিমা | = | করিগা চাংদম্নবা,<br>কনানা ঙমগবা। |
| মোনেজে মুখে | = | লৈতবগী চাংদম্ন....বনি থা..জসে। |

ঈশৈ অসিগী তাল থাবা খণ্ডননবা খুদম মখাদা পীরি।

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | – | + | – | + | – | 0, | |
| | বৃন্দ | বন | গী | কৃ | ষ্ণ......অঅ | | |
| + | – | + | – | + | – | 0 | |
| অ | অ | দু | নি | গৌর | সে | ॥ | ৩ ধ্রু |
| + | – | + | – | + | – | 0, | |
| উরু | খুদিং | পুক্লিং | হুইসে | গৌরাঙ্গ | প্রভু | য়েংঙু ইতা। | |
| + | – | + | – | + | – | 0 | |
| প্রেমা | মৃতা | য়েনবি | রিদো | মীপুম | খুদিংদা। | মাইথোঙ | |
| + | – | + | – | + | – | 0 | |
| থাজা ..................উব.......দা.................... | | | | | | | |
| + | – | + | – | + | – | 0 | |
| ই | কাই | দুনা | লোৎলে | লৈচিল্লক্তা থা ..... | | | |

| + | – | + | – | + | – | 0 |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | ক | রি | গ | চাংদম ............ | | |
| + | – | + | – | + | – | 0 |
| ন | বা ........................................ | | | | | |

| + | – | + | – | + | – | 0 |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ক | | না | না | ঙম | গ.......... | |
| + | – | + | – | + | – | 0 |
| দ | বা | ........................................ | | | | |
| + | – | + | – | + | – | 0 |
| লৈ | ত | ব | গী | চাংদম ................ | | |
| + | – | + | – | + | – | 0 |
| .................বনি | | | | থা | | জ |
| + | + | + | + | + | – | 0 |
| সে | বৃন্দ | বন | গী | কৃষ্ণ | | ॥ |

## গৌরচন্দ্র - তিনতাল মচা

জয় শচি শুত = ওইবিরী শচিগী মচা,
অতোনববু চানবীহৈবা,
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু।

কালি কাল্ল কাল = কলিগী অমম্বা,
কোকপিগে হায়বগীদমক্তা,
লাক্লে শ্রীগৌর হরি।

হরি নাম মহামন্ত্র = হরি নামগী মশক ওইরে,
লোৎশিল্লে থম্মোয়নুংদা,
জয় ওইরে শ্রীরাধাগী কুচুনা মপান্দা ঙাল্লে।

কেবোন করুনা = তশেংবা শ্রীকৃষ্ণনি,
খঙহন্দে কনাদা।

যগন্ত জিবন = কলিগী জীববু লানবিগে,
হায়বগী বৈকুণ্ঠ থাদোক্লুনা,
পোক্লরে নবদ্বিপ্তা।

হেমো দয়ামোই = থৌজালগী লনগৈদো ওইরেদো গৌরাঙ্গসে।

সিতোল বৃন্দাবন = ইংলবা বৃন্দাবন ওইরে নবদ্বীপসে,
অনিসে থেন্নদে।

সুগন্ধি কালিন্দি = ঈচেল তপ্পী জমুনাদো ওইরে অশেংবা গঙ্গাসে।
যার তিবে = সুর ধনি গঙ্গা মপান্দা .... গৌরনা সংকীর্তন শান্নে,
খুঙ্গং খুদিং চৎলি যুথোং খুদিং চৎলি,
হরি নাম য়েনবিরি।
নবদ্বীপ অবোতোরি= (নবদ্বীপ্তা) পোকপিররে নবদ্বীপ্তা।
কলি অন্ধা = কলিগী অমম্বা কোকপিগে হায়না
রাধা কৃষ্ণ এক = রাধা কৃষ্ণ অনিমক্না,
অমত্তা ওইনা পোকপিররে।
তিন বনসা = ব্রাখল অহুম পাংথোক্কে হাযনা,
অমত্তা ওইনা পোকপিররে।

## গৌরাঙ্গ - তিন্দান মচা

কনাগী তোল্লি করম্বা লমন
লোৎপিরি নদিয়াদা।
লোৎপনা কান্নরোই
শাক্ষি কয়া লৈরি।
শোয়দনা ফাগনি।
থোই থোইবা শাথেক
ভৃগু পাদ চিন্হনা
অরেপ্পা শাক্ষিনি।
যসোদা রানিনা
শুমবন্দা পুনখিবগী

চিঙ্কসু খ্বাংদা
লেংদনা লৈরি।
ননি মাখন হুরাল্লুবগী
ব্রজগী য়ুমথোং খুদিংদা।
ভানুনা পোকচবী
যাবোত্তা লৈহৌবী
ব্রজগী মবেম্মা
রাধাগী লমন্নি।
হায়রম্মি কলি যুক্তা
পুন্সি চুপ্পা
লমন শিংগে হায়না,
রাশেশ্বরি রাধিকাগী
প্রেমগীলমন শিংলিবনি

অপরুপ = ওইবিররে শচিগী মচা বৃন্দাবনগী শ্রীকৃষ্ণনা।

## গৌরচন্দ্র -মেনকুপ তাল

অবতোরি = ঙানবিররে ব্রজগী থানা নবদ্বীপ্তা।
ভিনো নোই = খেন্নদে বৃন্দাবন নবদ্বীপ,
অনিসে খেন্নদে,
ব্রজদা কহ্নাইনি নবদ্বীপ্তা নিমাইনি,
অনিসে অমত্তনি।
নন্দের নন্দোন = নন্দগী মচা যশোদাগী থব্বায়,
গোপি পুক্লিং হুবা,
শাথেক অহুম্না লৈতেংবা,
রস রাজ মুর্ত্তি মনুংদা লোৎশিল্লি,
রাধাগী কুচুনা মপান্দা ঙাল্লি,
কয়াদা নিংথিরীবা।

ধৈন্য নবদ্বীপ = লাইবক ফৈ নবদ্বীপ,
ফংলেদো দর্শন কলিগী অমম্বা কোকপিররে,
য়ুমথোং খুদিং হরি নাম য়েনবীররে,
কয়াদা নুংশিরিবা।
ব্রহ্মার দুলোভ = ব্রহ্মানা ফংঙমদ্রবা নাম,
হরে কৃষ্ণ মহামন্ত্র অসে,
লেম্না য়েনবীররে,
লৌররো লৌররো কলিগী জীব,
নুপী নুপা খায়দে,
লাইর অনং খাক্তে,
কয়াদা চানবীহৈবা।

## গৌরচন্দ্র রুপ -ঘনবারি তালগী ছন্দ

ঘনবারি = গৌরাঙ্গনি থৌজাল হৈবদা ফাওরিবা।। ৪ ।। ধ্রু
নির নিরদ(খাইবা) = নিংথিবা ফজবা, পুম্নমক্কা তিল্লবা,
ফজবা খিবিক্লা তাংজরিবা।
কাপসি থর = পোকপদি নবদ্বীপনি, ৱাখন্দি বৃন্দাবন্নি,
ব্রজদা শান্নবা লিলা ৱাত্তনা শান্নরিবা।
রাই বিরোহিনীরে = অনিনা অমত্তা ওইরিবা।।
এতোই ভা = য়েংঙু কৃষ্ণনি নুংদা লোৎলিবা।
লোক্রে দেখলে = সনাগী লৈহাও ঙমজৈ কুচু ফজবা ।
গুরুযন দেখি = রাধাগী কুচুনি মপান্দা উহল্লিবা।
একেতো(খায়বা) = নাগরি খুদিংমক গৌরবু য়েংদুনা,
থাগৎ খোল্লাউতনা নিন্নরিবা।
অম্বর = অৱাবা খঙদবা জীববু নুংশিবীবা,
হরি নাম য়েনবীবা,
য়ুমথোং খুদিং চঙবীবা।
(খায়বা)
নিজহু মন্দীরে = সংকীর্ত্তন ময়ায়দা গৌরাঙ্গ প্রভুনা পাম্বোম
থাঙ্গত্তুনা জগোয় শারি।

| | |
|---|---|
| শ্রীকৃষ্ণ বদন্ন | = শ্রীকৃষ্ণনি গৌরাঙ্গসে কুচুদনি খেন্নরিবা লোৎপদা চিৎথরে, খোই খোইবা মিৎচি। |
| শ্যাম রুপ | = শাথেক ভঙ্গী খেন্নবা লৈতে। |
| পাশাশোরা পাশোরা বোলি | = লমন শিঙ্গে ৱাশকখিবা, শক্তম ওইনা উৎপিররে। |
| ললিত ত্রিভঙ্গ ফজবা | = ফজবা শম্লাং কোকথোকখরে, পিক্লবা কৌপিন্না লৈতেংখরে। |
| নবঘন | = **নোংহৌ** ঙমজবা কুচুদো, নোংথাংবু হেন্না নিংথিরে। |
| (খাইবা) গোবিন্দ দাস | = চৈতন্যদাসবু থৌজানবীয়ু হায়না, অহিং নুংথিল অনি নিজরিবা। |

ঘনবারি হায়বা তাল অসিদি তিনতাল অচৌবগী তানচৎনি। লোইরকপদা মকোক্কী ইহান হানবা পদ অদুদা হনজিল্লগা ইশৈ হনবনা হান্নগী তালদা শক্লগা দুহারনা লৌবদা তিনতাল মচাদা লৌরগা থাগনি।

মসিগী মখা তাবদি সারিতে নাপরে... হায়না তাথবগী মহুত্তা **গৌরচন্দ্র ওই**না তাগনি। ঈশৈদু মখাদা পীজরি।

## গৌরাঙ্গ রুপ - তাল অনিকপা

থেক্লা লৈনা জগোয় শারি শ্রী গৌরনা ২ আ .....।। ২।। ধ্রু
মোমোন মোমোন নোক্লদুনা গৌরনা চিংনা য়েংলদুনা
খোঙথাঙ খুদিংদা নোপুরনা রুনু ঝুনু নিল্লক্লে।
নোপুর খোঞ্জেল তাবদা কোকিলশিংনা ইকাইদুনা লোৎখরে।
চুড়াদা য়েৎলি মালতি পরেং।
চুড়াগী মনম ফংবদা পাইশিল্লক্লে খোইমু শিংনা।
ইবুঙোদা লৈতেংলিবা, খোঙদোপ খুদোপ খুজি নাচি,
নাপদা নাইন্না হাইরি তনিক তনিক।

## নাম প্রচারন

ভক্তরুপে = ভক্ত ওইনা পোকপিররে,
ভক্তিগী লমজিংবিররে,
নামগী মশক ওইবিররে,
কলি জীববু লানবীররে।

হরি নাম মাহা = হরি নাম্না মহামন্ত্রনি,
বৈষ্ণবশিংগী থম্মোয়গী লন্নি,
ব্রহ্মা শিব নারদনা,
তাঙনা থমজবা হরি নাম্নি।

হরের নামো = হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ,
কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে,
হরে রাম হরে রাম,
রাম রাম হরে হরে।।

উতোম উধোম = অতোনববু য়েংবিদুনা,
পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা লৌরে ২
হরি নাম পিবিরিএ লেম্না লেম্ন।

## নাম প্রচারন

যিব তোরাইতে = জীববু লানবীগে হায়না লাক্লিবনি গৌরহরি।

হরি নাম = হরি নাম শোল্লু,
শোল্লু তাকপীরি।

লেয়ো নাম = লৌরো লাউনে কলিগী জীব।

অমুইলো রত্ন ধন = ফংঙমদ্রবা তাঙলবা নাম্নি,
হরে কৃষ্ণ হায়বা নামসে,
লেম্না লেম্না য়েনবিরি।

## নাম প্রচারন

হরি নামা মৃত দিয়া = হরি নাম্না অথোইবনি,
কলি জীববু লান্নবা নামনি।

হরে কৃষ্ণ মাহা = হরে কৃষ্ণ হায়বা নামসে,
কলি জীববু লান্নবা নামনি।
কলি কালে = লৌরো লাউনে কলিগী জীব,
মমল য়াওদনা লেম্না লেম্না।।

**নাম প্রচারন**

প্রেম দাতা = প্রেমগী গুরু শ্রীচৈতন্য কলিগী অমম্বা
কোকপিররে।
সিলে ব্রজ = বৃন্দাবন্দো থাদোকলগ্নে,
নবদ্বীপ্তা লেঙবীরক্লে,
থম্মোয়গী অমম্বা কোকপিররে ।
কলি কালে = অচৌ পিশক খায়বিদনা,
নুপী নুপা নাইবীদনা।
ঘোরে ঘোরে = যুমথোঙ খুদিঙ চঙলদুনা,
হরিগী নামবু য়েনবীররে।

**নাম প্রচারন্**

ধৈন্য কলি = কলি যুগতা পোক্লরে,
শ্রীচৈতন্য প্রভু,
নবদ্বীপ্তা ঙাল্লরে ।
পাপ তাপ = অৱা অনা লোয়না মাঙহলবিররে,
জীববু লানবীররে।
তিন বনসা = ৱাখল অহুম পাঙথোক্লরে,
রাধাগী লমন শিংলরে,
রাধা কৃষ্ণ পূল্লরে,
অনিনা অমতা ওইরে।
রস রাজ = নুংশিরবা শাথেক অহুম মনুংদা লোৎশিল্লে,
মহাভাবকী মশক ওইবী,
রাধাগী কুচুনা মপান্দা ঙাল্লে।
নিল মনি = নিল মনি কৌরম্বদো গৌরমনি কৌররে।

## নাম প্রচারন

| | | |
|---|---|---|
| হরি নাম মৃত দিয়া | = | হরি নামগী অমৃত<br>পিরে, জীবশিংদা লেম্না লেম্না। |
| হরে কৃষ্ণ মহা মন্ত্র | = | তাঙলবা হরি নাম,<br>মমল য়াওদনা জীবশিংদা। |
| লেয়ো[২] হরি নাম | = | শোল্লু শোল্লু হরি নাম,<br>অহিং নুংথিল অনিদা। |
| দীনহি কঙ্গাল যন | = | অতোলবা লাইরবা খায়দে,<br>য়েল্লি হরি নাম,<br>শোল্লু শোল্লু তাকপী জীবদা। |

## নাম প্রচারন

| | | |
|---|---|---|
| লেয়ো[২] বেলিরে | = | লৌরো লৌরো তাকপিরে। |
| হরে কৃষ্ণ মহা মন্ত্র | = | কৃষ্ণগী নাম মহামন্ত্রসে। |
| যগত্তের মুল্যধন | = | কলি জীবগী অথোইবা লন্নি। |
| গো কোতি দান | = | ষনবী কোতি কৎতুনসু,<br>কাসি কৌবা ধামদা,<br>চহি কল্প লুপ্পবসু,<br>প্রায়াগ কৌবা তীর্থদা। |
| সুমের সোমান | = | সনানা চিংদুমগুম্না,<br>কৎলবসু চরন্দা,<br>মান্নদে মান্নদে চাংদমনবদা,<br>হরি নাম্না মহেল্লি। |
| নাম চিন্তা মনিহে | = | হরি নাম মহামন্ত্রনি। |
| জোগোতে পোঢ়া | = | কলি জীব লানবীরিবনি। |

## গৌরচন্দ্র ভাবী - চার তাল

| | | |
|---|---|---|
| ব্রজের বাভে | = | ব্রজগী প্রেম্না ঙাওরক্লে,<br>হিক্রা হিক্রা কপলক্লে। |
| রাধা রাধা বোলি | = | রাধা রাধা কৌদুনা কপ্লে। |

| | | |
|---|---|---|
| নোয়োন কমল | = | মিৎলু অনিদা প্রেমগী ধারা,<br>শিন্থরক্লে গৌরাঙ্গসে। |
| সুমে রুসি | = | গঙ্গানা ঈহৌরকপগুম্রে। |

## ভাবী-মেনগোই

| | | |
|---|---|---|
| ব্রজের ভাবে | = | ব্রজগী রাখল খল্লুরগা,<br>মিৎলু ইরা শিন্থরক্লে। |
| গদাধর | = | গদাধর উরুরগা,<br>রাধা মক্কি খল্লক্লে। |
| শুংঙোরি | = | নিঙশিংলুরে গৌরসে,<br>ব্রজ লিলা খুদিং খল্লুদুনা কপ্লি। |
| কাহা রাস | = | লনল অহুম তোল্লি,<br>ভক্তনা ঙাইরি হায়বা,<br>কাউখরে গৌরসে,<br>ব্রজগী প্রেমদা,<br>লুপখরে কৃষ্ণ মক্কি খনখ্রে,<br>তুমিন তুমিন্না লেপপি। |
| কাহা গোবর্ধোন | = | গোবর্বধনসু লৈত্রে,<br>যনবী যন্নাওসু লৈত্রে,<br>রাধিকাসু উদ্রে,<br>কদাইদা লোৎলি। |
| ভাবিনি ব্রজের | = | থম্মোয়নুংদা ব্রজগী ভাব,<br>নিঙশিংলুরে গৌরসে। |
| অঙ্গে জর জর | = | মাইকৈ তরাদা য়েংলি,<br>দিহে থক থক নিকই। |
| ব্রজের ভাবে | = | থম্মোয়নুংদা,<br>শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফাওরক্লে। শিন্থরকপা<br>পিনা দিহে পুমচোৎ চোৎলে। |

## ভাবী - মেন ছন্দ

খল্লুরেদো ব্রজগী ৱাখল,
নিঙশিংলুরে জগোইবু।
ৱাখন্না ঙাওদুনা য়ুম্বীগুম লেপ্লি
রাধা রাধা হায়না কৌদুনা কপ্লি।
গঙ্গাবু উরুরে যমুনানি খল্লি,
শ্রীদাম সুদাম হায়না কৌদুনা কপ্লি।
শন্নাং ইফা ফানা খেঞ্জেল ৱাংনা,
রাধা রাধা হায়না কপ্লি।
শিন্থরকপা পিনা দিহে পুমচোৎ চোৎলি।
থমোইনুংদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফাওরক্লে।
ব্রজগী ভাবতা ঙাওরদুনা লৈমাইথক্তা ওল্লে।

## গৌরাঙ্গ তালচপ

জয় জয় জগজি = কলি জীবগীদমক ৱাবীরিদো গৌরাঙ্গসে।। ৩
জাহ্নবী যমুনা = জাহ্নবী যমুনা ঈহৌরকপগুম্না,
শিন্থরক্লে গৌরগী মিৎলু অনিদা
প্রেমগী ধারা।
কুন্দল কনক = কলিগী কল্লবা পাপ্তগী,
কনবীনবা জীবশিংগীদমক্তা,
লাকপিরি, খুঙ্গং খুদিঙ,
চৎলদুনা য়ুমথোঙ খুদিঙ,
চঙলদুনা জীবশিংদা,
হরি নাম য়েনবীরি।
পদম্বিনী = শ্রীচরনবু উরুবদা লৈঙমদরে পাপশিংদো,
তুমখরে গৌরাঙ্গগী প্রেমগী ঈপাক্তা,
হরি নাম মহা মন্ত্র,
জীবশিংদা পীবিদুনা,
কলি জীববু লানবীরি।

রস বতি = রসতনা থল্লবা,
ঙক্লবা গৌরাঙ্গগী লিলাবু।

রসিক = পাপ চেল্লবা শেখরনা,
শকচৈ শোনজৈ পামজদুনা,
অশোই অরাল ঙাকপিয়ু।

## ভাবী-মেনকুপ মপী

প্রেমের পাগোলে = প্রেম্না ঙাওরে গৌর,
রাধা রাধা তোয়না শোল্লি।

রাধা প্রেম = ব্রজগী প্রেমদা ঙাওরক্লে।

সুমেরুসি = ইঙাগী নোংলেন খোংবগুম্মি,
নোকই কপ্পী লৈমায়দা ওল্লি।

কদম তোলাতে = লমন শিঙ্গে হায়খি,
বাঁশি পায়দুনা ব্রাশকখি।

চৌবিশ বসর = ফিজেৎ ফিগায় শেৎকে হায়খি,
কোক্কী শমসু কোক্কে খনখি,
রাধা নাম শোঞ্জবনা লমন কোক্লসি হায়নখি।

রাধা বোলি = রাধা রাধা শোল্লি,
মীৎলুদা প্রেমগী ঈরা শিহ্নৈ।

রাধা বিরোই তাপে = রাধাগী মৈচাক অহুম খল্লুবদা ব্রান্থখি।

## ভাবী-মেনকুপ

ব্রজ প্রেম ভোরে = ব্রজ প্রেমদা ঙাওরদুনা,
মিত্তগী তারকপা পি ঈরানা,
লৈরাং চোইনা কেল্লকপগুম্রে।

দেখি গঙ্গা = লাইবক ফবী গঙ্গা উরুবদা,
কালিন্দী যমুনা ওইরবোই খল্লি।

বন সভাহেবী = পোক্লফমদি নবদ্বীপনি,
ব্রাখন্দি বৃন্দাবন্নি,
গোবর্বধন নিঙশিংলি কৌরকই রাখ্বাল,
হিক্লা হিক্লা কপ্লকই।

কাহা গিরী গোবর্বধন = কদাইদা চৎলগা ফংগবা,
ইমা কদাইদা লৈখ্রবা য়াম্বুং বলরাম,
অসি হায়দুনা গৌরাঙ্গনা,
হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে।

এতোই কোহে গৌরহরি = অসি হায়দুনা গৌরহরি খোঞ্জেন ব্রাংনা কপ্লক্লে।

ব্রজ প্রেম ভোরে ভুমিত্তে = ব্রজ প্রেম্না ঙাওরে,
লৈমাইদা ওল্লে।

*অসিদা মেনকুপ লোইরে। অসিদগী বৈথা তারে ॥*
*এ ....অঃ....*

## বসন্ত বর্নন ফাগুব্রা হৌরে

নব বৃন্দাবন = বৃন্দাবনগী উরী উপাল লোইনা
য়েনিং ২ হুল্লে বসন্ত লাকপদা।

নবিন্নবসন্তে = বসন্তগী ফজবা বৃন্দাবনগী নিংথিবা,
লৈকাদা পোম্লম্বা লৈসু ফুগাইনা শাৎলে॥ ২॥

বিহা রাই = শান্নরে রাধা কৃষ্ণ অনিনা।

প্রাতি কানোনে = বনগী ফজবা, লৈনমগী নুংশিবা,
তারু উরু জীব খুদিং,
পুক্লিং হুইনা।

তাহে খেলত = চাইনৈ অবের বসন্ত লাকপদা,
রাধা কৃষ্ণ সখিশিং লোইননা।

## বসন্ত -তাঞ্চপ

| | | |
|---|---|---|
| আই ঋতু | = | য়েংঙু ইতা বসন্তগী ফজবসে ।। ৩।। ধ্রু |
| বসন্ত সময়ে | = | বসন্তনা লাক্লবদা,<br>ঙংলি খোইমুনা,<br>গুন গুন গুন হায়না |
| সময়ে বসন্তে | = | খোইমু খোঞ্জেল তাবদা,<br>হৈশিংলবী গোপিশিং,<br>জগোই শারি ঈশৈ শক্লি। |
| বাঁকা মুরলি | = | কৃষ্ণনা খোংলি বাঁশি,<br>হরাওনা শান্নরি গৌপিশিং,<br>অনৌ অনৌবা প্রেম রস। |
| জাতি যুতি | = | জাতি যুতি মাধবী মালিকা,<br>অয়াম্বা লৈনা লৈকা ফন্না,<br>ফুগাইনা শাৎলে,<br>নুংশিরবা হৈনম লৈনম পুরদুনা,<br>লিরি হুম্বা মালংবনা,<br>ব্রজ রাজ শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা,<br>থৌগল্লি (ও) য়েংঙু ইতা। |

## বসন্ত -মেনকুপ মপী

| | | |
|---|---|---|
| ওই আজু | = | ফজৈদা বসন্তগী শক্তমসে,<br>রাধা গোবিন্দসে ফিজোল হোংলে...। |
| অবতরে ঋতু | = | মতিক চায় বসন্ত নিংথৌ ওইবদা ....। |
| কাছবী | = | বৃন্দাবনগী ফজবা,<br>হৈনম লৈনম নুংশিবা,<br>গোপিশিংনা পামজবা,<br>কৃষ্ণ মাগা শান্নবা, |

| | | |
|---|---|---|
| | | পুঙলোনসু য়েৰী ইশৈসু শক্লি,<br>পুঙলোন চানা জগোই শারি<br>শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রনা। |
| থৈতা তা থৈয়া | = | থৈ তা তা থৈয়া তা তা তা থৈয়া,<br>দৃমিথী দৃমিথী দৃমি দৃগ দৃগ দৃগ থো,<br>পুংলোনসে তাবদা,<br>শ্রীরাধীকা ইবেম্মা,<br>ইবুঙোগা লোইনদুনা,<br>লৈনা জগোই শারক্লে। |
| তা ধিন | = | লৈনা থেক্লা, জগোই শারি,<br>রাধা গোবিন্দ। |
| তা ধিন[২] ধীকি | = | শারি জগোই রাধা কৃষ্ণ অনি,<br>চাইনৈ আবির ব্রজ গোপি পুম্নমক,<br>শক্লে শোন্নৈ অনিমক্কী গুনবু,<br>লাইবক ফৈদা ব্রজ,<br>গোপি ঐথোয় লাইবক ফৈ,<br>লাইবক ফৈদা।। |

## বসন্ত চালি

| | | |
|---|---|---|
| ফাগুখেলে | = | বসন্তনা ঙাঙবনে অবেরনা ঙাঙবনে,<br>অঙকপা ওইরে কুঞ্জবনসে,<br>লোইনা পুমঙাঙ ঙাঙলেনেসে। |
| রাঙা তোমাল | = | অঙাঙবা তোমালগী উশাথক্তা,<br>অঙাঙবা ৱাহোংনা জগোই শারি। |
| রাঙা শারি | = | অঙাঙবা চোঙানা লাওরি,<br>জয় ওইরে শ্রীমতি রাধিকানা,<br>অঙাঙবা তেনৱানা লাওরি,<br>জয় ওইরে শ্যাম্মা। |

## বসন্ত -দুই থেকী

নন্দ নন্দন = ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নরি শ্রীরাধিকা॥

শ্রী গোবিন্দ = শ্রীগোবিন্দগা লোইননা শান্নরি শ্রীরাধিকা।

লালহি = পুমঙাঙ ঙাঙলে ব্রজগী গোপি,
পুমঙাঙ ঙাঙলে শ্রীকৃষ্ণসু।

লালহি লাতা = পুমঙাঙ ঙাঙলে উরী উপাল,
লোইনা ঙাঙলে কুঞ্জবনসে।

## বসন্ত দুইথেকী

সুখ মো শ্রীবৃন্দবনে = নিংথিজরে বৃন্দাবনসে,
রাধা, শ্যাম্না বিহার ওইরে।

শোবো গোপি = অয়াম্বা গোপিনা মীচঙ ওইরে,
শ্যাম নাগোর মতোমতা লেপ্লে।

পৈক্ষ ২ = মীচঙ মীচঙ খায়দোক্লরে।

কৃষ্ণ পৈক্ষ রাধা পৈক্ষ = কৃষ্ণগী মীচঙ রাধাগী মীচঙ।

## বসন্ত চালি

সখিগন মেলিয়া = সখিশিংগা লোইননা আবের পায়রদুনা,
পুক্লিং হরাও নুংঙাইনা শান্নে শ্রীকৃষ্ণনা।

সখিগন মেলিয় = সখিশিংগা লোইননা পুক্লিং হরাও নুংঙাইনা
চাইশিন্নরি মায়থোঙ তম্না আবের খুবাম খুবাম।

কর তালো = খুৎকা খুৎকা পায়নরে,
মাইকৈ কোয়না থৎচিল্লে,
সখিশিংনা চাইশিল্লক্লে,
অবের খুবাম খুবাম।

বিদগধ নাগর = লৌনম হৈরবা শ্রীকৃষ্ণ,
লমন শিংগে ঙসি,

| | | |
|---|---|---|
| | | ব্রজগী য়ুমথোং খুদিংগী,<br>মাখন হূবা। |
| অম্বা সোবো | = | যমুনা তুরেল হংগৎনা চেলহনবা,<br>গোপিগী পুক্নিং শুস্কৎপা। |
| রসিক নাগর | = | খাঙঙমদ্রেদো শ্যাম,<br>সনা ফিগে গুঞ্জানা,<br>মায়থোঙদো খনজৈ।<br>পুতুনানি খনবরা,<br>নুপীঙাক্নি নিঙবরা,<br>যমুনাগী ৱাথোক্তুগী,<br>লমন শিংগে ৱারৌনু। |

## বসন্ত চালি

### লৈ-কোয়বদা শক্কদবা

| | | |
|---|---|---|
| নব নব বৃন্দা | = | নৌজৈ ফজৈ বৃন্দাবনসে,<br>পুমঙাঙ ঙাঙলেনেসে। |
| নব ঘন | = | শংবান্নবা শ্যাম অসে য়েংউ,<br>ঙাংঙ্রানবা ওইরেনেসে। |
| পক্ষ পক্ষ | = | মাইকৈ মাইকৈ মীচঙ মীচঙ লেপনৈনেসে। |
| কৃষ্ণ পক্ষ | = | শ্রীকৃষ্ণগা রাধীকাগা য়েংউ<br>মীচঙ মীচঙ লেপনৈনেসে। |
| মৃগ মদ চন্দন | = | কস্তুরিগী নুংশিরবা মনম্না চুরবা আবের খাউদগী<br>লৌরে আবের খুবাম থন্না। |
| সব সখি মেলি | = | সখিশিংদো নোক্লে,<br>হরাও মথোয় কানৈ ৱা ৱা নোক্লে আবের চাইনৈ,<br>পিচকারি কাপনৈ। |

রাই করে ধোরি = রাধীকা ফারেদো,
ব্রজরাজ শ্রীকৃষ্ণনা,
রাধীকাগী মায়খোঙ য়েংই,
আবের খুবাম চাইশিল্লি।

ছাড় ছাড় = থাদোকপিরো ঐবু,
নুংশি হৈতেদকো শ্যাম,
পুকচেন্দো কনমল্লি।

হামুত অবলা = পাঙ্গল শোনবীনিনে ঐসে,
ঐগী ইরাল করিনো তাকপিয়ু।

দাসিনী = ঐসে ননাইনি ননাইনি
শ্রীচরনগী ননাইনি,
পিচকারি কাপ্পিরনু,
আবের চাইবা লেপ্পিরো।

খেলা শোমা ধান = বসন্ত লিলা লোইরে,
রাধা গোবিন্দ পোম্থারে।

সখি গন = সখিশিংনা পামজবা সেবা,
অনিগীচরন্দা থৌগনজরে।
সখি কনানা চন্দন কৎলি,
সখি কনানা চামোর থৌগল্লি।

জয় রাধে = রাধে গোবিন্দ অনিমক্কী,
চরণ্ডদি পীনবিয়ু।

অর অমাই = ননাইদি অতৈ পামজদে,
চরনগী সেবা ফংজবা নত্তনা।
ভজন তাৎসু খঙজদে
মন্ত্র যন্ত্র হৈজদে
মতম কুইরে নিঙজরকপা,
হা গোবিন্দ থৌজাল হৈবা,
তত্তনা সেবা ফংহনবিয়ু।
শাগী জাৎতা পোক্লবসু,
চরণ্ডদি কাউহনবিনু।

নির্ভীত নিকুঞ্জদা,
অনিনা যুগোল ওইবিয়ু,
চামোর খুত্তা পায়দুনা
শ্রীঅঙ্গদা থৌগনজগে।
পঞ্চ ভুৎনা শাবা দেহে,
লৈজহৌসনু মাঙহৌসনু,
ননাইগী থব্বায় মঙাতদি,
প্রেমগী লিলা য়াওহনবিয়ু।

*অসিদগী নিত্যাইপদ লৌরগা লোইশিনগনি।*

# নিত্য লিলা
## রাগ হিলোন্না পুবা
## রাগ তাবা ঈশৈ
## গৌরবোৎ

| | | |
|---|---|---|
| এসোহে গৌরাঙ্গ | = | লেঙশিনবীরো গৌরহরি সংকীর্ত্তনগী ময়ায়দা। |
| হরি সংকীর্ত্তন | = | সংকীর্ত্তনগী ময়ায়সিদা ঙাম্বোইবীররো। |
| অমাই হৃদয় | = | ননাইগী থম্মোয় মন্দিরনুংদা ঙাম্বোইবীররো। |
| হৃদয় গঙ্গা | = | থম্মোয়গী গঙ্গা মপান্দা বেঢ়ায় কীর্ত্তন তৌদুনা হরি নাম শোনবা তম্বীররো। |
| একা অস্পে | = | অমত্তা নত্তে ননাইনা পামজবা, নিত্যাই গদাধর লোয়নদুনা অহুম পুন্না ঙাম্বোইবীররো |

**গুরু বন্দনা শ্লোক**

তাকপিরম্মি শ্রীগুরুনা ননাইদা,
খল্লু খঙঙ্ু খুরম্ফম শ্রীগুরুগী চরননি,
নিঙঙ্ু নিঙজৌ নিঙ্জফম শ্রীগুরুগী চরননি,
চঙজরবদা চানবীবা চানবীহৈবা মহাক্নি,
ফঙঙমদনা ফংবনি মাঙফদ্রবা নরলনি,
থিয়ু থম্মু থম্মোয়না থাদোকহৈদবা গুরুনি,
কৃপাতনা কনবনি কনানসু ঙমদবনি,
তাকপি তম্বীবা তাইবংলক্তুগী অথোয়বা,
শ্রীকৃষ্ণমক্কা খেন্নদ্রবা খুরুমজৈ ননাইনা
হন্না হন্না শ্রীগুরু।

## বৈষ্ণব বন্দনা শ্লোক

খুরুমজরি ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী চরন্দা ননাইনা,
তাঙলবা হরি নাম মহা মন্ত্রবু,
কলি জীবগী লানফম হরি সংকীর্ত্তন ময়ায়দা,
পাপ চেল্লবা তোল্লবা ননাইনা করম্না শকচ শোনগনি,
ব্রহ্মামক্না খঙবা ঙমদ্রবা শ্রীহরিগী লিলাবু,
শ্রীগুরুগী কৃপানা ননাইনা ময়েক খরদং
শকচ-শোঞ্জবা অশোয় অরান য়াওখিববু
ঙাকপি হৈবগী গুন্না লৈতেংলবা
ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা ঙাকপিয়ু
হন্না হন্না খুরুমজৈ।

## অবতার শ্লোক

অবতার পুম্নমক্তগী অথোয়বনি,
কলি জীবগী লেঙদ্রবা লন্নি,
কলি পাপ্পি তাপ্পীবু লানবীগে
ভক্ত বৈষ্ণবশিংবু কনবীগে হায়না
লাইবক ফবী গঙ্গাগী নাক্তা
লাইবক ফবী শচিগী য়ুমদা
পোকপিররে শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা।

## রাগ তাবা ইশৈ

হরি বোলিরে = হরি শোল্লিয়ে জগোই শারিয়ে গৌ ... ।

হরি বোল = হরি শোল্লি জগোই শারি, ...
কৃষ্ণগী প্রেমদা ঙাওরে গৌ ...।

কলি দেখি = কলিগী অমম্বা কোকপিগে হায়না গোলুক্কী শ্রীহরি...না॥

শচি শুত = শচিগী মচা ওইরে গৌর।

যগত নিষ্টার = কলি জীব লানবিররে গৌ..।

## তাল থাবা তাকপা

অমুক্কা হন্না নিঙশিংবা য়াই- তিনশিন্নবগী খুদম অসিনা তালনি, অদুগা খায়দোকপগী খুদম অসিনা হাইদোকপনি, অদুগা শুন্য অসিনা অয়িনবা ওইনা খঙগনি দ্রোপ দ্রোপ অসিনা ছন্দনি।

ঈশৈ অসিগী তাল থাবা খঙননবা খুদম মখাদা পীরি।

হরি শোল্লিয়ে ......... জগোই শারি য়ে গৌ ............

\+ - + - + - 0
হ রি শো ল্লি য়ে ....... .........
\+ - + - + - 0
জ গোই শা রি .......... য়ে ..........
\+ - + - + - 0
গো..................................................র।

\+ - + - + - 0
হরি শো ল্লি জ গো ই
\+ - + - + - 0
শা রি .............................................
\+ - + - + - 0
কৃ ষ্ণ প্রেম দা ঙাও রে.... এ
\+ - + - + - 0
গৌ ..................................................।

\+ - + - + - 0
কলি গী অমম্বা কোক পি গে
\+ - + - + - 0
হায়না ..............................................
গো লু ক্কী শ্রী হ রি ..........
\+ - + - + - 0
না .....................................................।

| + | - | + | - | + | - | 0 |
|---|---|---|---|---|---|---|
| শা | চি | গী | মচা | ওই | | রে ........... |
| + | - | + | - | + | - | 0 |

গৌ .................. র.................................।

| + | - | + | - | + | - | 0 |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ক | লি | জি | ব | লান | বি | ই |
| + | - | + | - | + | - | 0 |

.........ই .......র........রে.......গৌর...................

| + | - | + | - | + | - | 0 |
|---|---|---|---|---|---|---|
| হ | রি | শো | ল্লি | ....য়ে। | | |

## গৌরাঙ্গ অবতার

ধৈন্য কলি = কলি যুক্তা পোক্লরে,
শ্রীচৈতন্য প্রভু নবদ্বিপ্তা ঙাল্লরে।

পাপ তাপ = অৱা অনা লোইনা,
মাঙহলবিররে,
জীববু লানবিররে,
শ্রীচৈতন্য প্রভু নবদ্বিপ্তা ঙাল্লরে।

তিন বনশা = ৱাখল অহুম পাঙথোক্লরে,
রাধাগী লমন শিংলরে,
রাধা কৃষ্ণ পুল্লরে,
অনিনা অমত্তা ওইরে।

রস রাজ = নিঙথিজবা শাথেক অহুম মনুঙদা লোৎশিল্লে
মহাভাবকী মশক ওইবী
রাধাগী কুচুনা মপান্দ ঙাল্লে।

নিল্লমনি = নিল্লমনি কৌরম্বদো,
গৌরমনি কৌররে।

প্রেমগী গুরু শ্রীচৈতন্য কলিগী অমম্বা কোকপিররে।
বৃন্দাবন্দো থাদোকলস্নে নবদ্বীপ্তা লেঙবিরক্লে
থম্মোয়গী অমম্বা কোকপিররে।
অচৌ পিশক খায়বীদনা নুপী নুপা নাইবীদনা।
য়ুমথোঙ খুদিঙ চৎলদুনা হরিগী নাম য়েনবীররে।

গোকোতি দান = ষনবী কোতি কত্তুনসু,
কাসি কৌবা ধামদা,
চহি কল্প লুপ্পবসু,
প্রয়াগ কৌবা তীর্থদা।

সুমেরো সোমান = সনানা চিংগুম্না,
কৎলবসু চরন্দা,
মান্নদে মান্নদে চাংদম্নবদা,
হরি নাম্না মহেল্লে।

নাম চিন্তা মনিহে = হরি নামদি মহা মন্ত্রনি।
যোগোতে = জীবশিংবু লানবীরিবনি।

## সুত্রা

তাবিয়ু তিনবিরিবা ব্রজ রসৈগ্য,
কুন্দবাসি ভক্ত বৈষ্ণব পুম্নমক।
শ্রীগৌরোঙ্গগী গুনামৃতবু শোঞ্জবা,
মতাংসিদা থমজগে।
ব্রজগী শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী,
নিত্য লিলাগী মক্রুবা রসবু,
মতেক খরদং লৌখৎ চরগা থৌগনজগে,
অশোয় অরাল য়াওখিববু,
ঙাকপি হৈবগী গুন্না লৈতেংলবা,
ভক্ত বৈষ্ণব পুম্নমক্না ঙাকপিগনি।

## প্রাত লিলা

### সুত্রা

অসুম্না মতমগী মতুংইন্না,
ব্রজ বৃন্দাবন নোংঙাল্লে,
মী ঙম্না য়াহৌনরে।
চৎন হৌনা লমচৎ,
অয়ুক্কী প্রাত ক্রিয়া লোইদুনা,
ষন শঙ্গোম শুম্বা লোইখ্রে।
কুন্দলতা চত্তুনা ইবেম্মা কৌরুরে,
ইবেম্মনা চাক থোংলে।
রাম কৃষ্ণ লুক ফংলে,
সাখা ময়াম ষন পুরক্তুনা,
থুংলরে নন্দগী থোঙগান্দা।
শ্রীদাম চঙলক্তুনা খুৎ লোন্নজরগা,
যশোদাগী মফমদা হায়জরকই।

### গোষ্ট

| | | |
|---|---|---|
| দে মাদে | = | বিদায় পিরো জননি,<br>ইতাও কহ্নাই ফিজেৎ লৈতেংবিরো |
| রাখাল দু:খ | = | রাখাল ঙম্না শুরে,<br>ষনবী ষন নাও তিল্লরে॥ |
| যতহু রাখাল | = | য়েংবিয়ু তিল্লরে ষনশেন্নহা,<br>ময়াম চৎলগে শেল্লুগে,<br>ষনবী ষননাও ময়াম,<br>য়েংবিয়ু থেঙখরে,<br>ষন শেনবগী মতম,<br>কহ্নাই য়াওদনদি চৎকনি করম। |

নাদিলে নাজাব = পিদ্রবদি চৎলোই ঐখোয়সু,
ষন শেনবা,
লম্মৈ চাক্লগা ঐখোয়বু,
কনানা কনবিনি।

অজ বিদাই দে = ইতাওবু পিবিরো পিবিরো পিনবিরো ইমা।
লম্মৈ নুংদগীসু কনবিদো ইতাওনা,
কলিগী হূদগীসু কনবিদো মানা,
ৱাবিরুনু ইমা অঙকপা নচানি
সোরারেন্নচিংবা লাইয়ামসে মনাইনি।

## সুত্রা

শ্রীদামগী ৱাসি তারগা যশোদা,
মচাবু ফিজেৎ লৈতেংবিরে।
যশোদা মচাগী ফজবা শক্তমবু,
য়েংলগা হায়রকই,
ইমাগী মাঙদা জগোই অমুক্তা শারম্মু,
ইমা অমুক্তা মিৎ পেন্না য়েংহৌগে।

## মাতৃবিরোয় - দুইতাল

নাচত শ্যাম = জগোই শাও রাম কহ্নাই,
ইমা অমুক্তা য়েংজহৌগে।

ময়ের বাচা = ইমাগী গোপাল থম্মোয়গী মনি।

তুমারনর্তন = ইচাগী জগোয় য়েংলগা ইমানা,
মীয়ামগী মাংদা হরাওজগে।

## ব্যাখা

যশোদা মমাগী ৱাবু তারগা,
রাম কৃষ্ণ অনিনা,
লৈনা লৈনা থেক্ল থেক্ল জগোই শারকপা উরগা যশোদা

## মাতৃবিরোয় - দুই তাল

নিংথি নিংথি ফজৈ ফজৈ ইমানা য়েংবদা পেল্লে।

| | | |
|---|---|---|
| সিখি চুড়া | = | কোক্তা ব্রাহোংগী চুড়ানা ওইরমদা চেপ্পব,<br>বন মালানা হাইরক হুমলকপা,<br>ইমাসু য়াওনা হাইরেনে। |
| কিবা পুন্য | = | করি পুন্য তৌজরক্কুন,<br>ইচা ওইনা ফংজবনো নংবু,<br>লাও লাও ইমাগী তমপাক্তা,<br>ইমা পমগে লাওনে। |
| মাও মাও | = | ইমা ইমা অমুক্তা কৌনে,<br>ইমাগী কহ্নাই,<br>অশংবা মনি মানবা। |

## মাতৃবিরোয় - এক তাল

নিংথিরে ফজরে ইমানা য়েংবদা পেল্লে।
চুড়ানা চেপ্পদা ইমাসু য়াওনা চেপ্লেনে।
ইচানা থেকপদা ইমাসু য়াওন থেক্লেনে।
করি পুন্য তৌরক্কুনা ইচা ওইনা ফংজবনো,
লাও লাও ইমাগী কহ্নাই,
ইমা অমুক্তা চুপকে লাও।

| | | |
|---|---|---|
| মামা বোলিয়ে | = | ইমা ইমা কৌরক্লে,<br>মাইথোঙ থাজ থাঙ্গৎলে,<br>অনৌবা কোকিলগী শুর ঙমজরে ॥ ২ ॥ ধ্রু |
| অঞ্চোলে | = | ফিজি পায়র-পায়রদুনা। |
| মায়ের মুখচাই | = | মমাবু চিংনা য়েংই,<br>মোমোন মোমোন নোকই। |
| ননি দে ননি দেয় | = | ননি পিয়ু ননি পিয়ু ইমা। |

| | | |
|---|---|---|
| যশোদ রুহিনী মা | = | যশোদা রুহিনিনা মচাবু, |
| | | (নুংশিনা) তম্বাক্তা চেৎনা কোনশিল্লি। |
| অনন্দে অনন্দে | = | নুংঙাইনৈ হরাওনৈ নুংঙাইনৈ, |
| | | হরাওনৈ নন্দগী শঙ্গায় মাঙ্গোন্দা । |
| অনন্দে সিমানয় | = | নুংঙাইবগী চাংদমফম খঙদে। |
| কিয়া নন্দ কিয়ানন্দ | = | হরাওনৈ নুংঙাইনৈ ব্রজগী গুৱালি পুম্নমক। |
| আজ অমরে ঘোরে | = | যশোদাবু থাগৎনৈদা। |
| নচে নন্দেরদুলা | = | জগোই শারি কৃষ্ণ |
| | | শাথেক চানা অ অ অ, |
| | | য়ৈরক্লিবা পুঙলোন চানা |
| | | চোংনা চোংনা লৈন চপ চপ চানা শারক্লে। |
| নচের বালা | = | জগোই হৈদা তাল চায়দা, |
| | | পেলহল্লিদা থম্মোয়দা, মীয়াম পুক্নিং শুক্ষৎলিদা। |
| ঝনন ঝনন | = | ফজৈদা ফজৈদা, |
| | | নুংশিদা নুংশিদা, |
| | | লৈরোই মীওই মপোক্তা। |

## মেনকুপ তান

| | | |
|---|---|---|
| আমা প্রান যুরাইলে | = | লাইবক ফৈদা যশোদা, |
| | | শ্রীহরিবু নচা ওইবা। |
| কুথা হোনে | = | নঙগুম্বী কনা লৈরোইদা, |
| | | জগৎকী মনুংসিদা, |
| | | নঙনা করি পুন্যনা নচা ওইজবা। |
| খিক গোপ | = | তোল্লি গোপ শাগৈ ওইনা পোকলম্বা, |
| | | মিকুপ অমা থাদোক্তনা, |
| | | চেৎনা কোন্দুনা লৈদৌবা ইচাবু, |
| | | মন শেলবা চৎকদৌরিদো। |

হা গোপাল = হা গোপাল ইমাগী মনি,
ইমা অমুক্ত পমগে লাও।

চান্দ মুখ তুলি = তবারবা চিন্বান্না,
ইমা ইমা কৌরো,
ননি মাখন ইনবিরগে লাও।

যগত নয়ক = জগৎকী মপুবু মচা ওইবা,
লাইবক ফৈদা নন্দ রানি।

## সুত্রা

যশোমতি নন্দরানি মচাবু মতম্বাক্তা পম্লগা রৈক্ষা মন্ত্র পিরে। বলরামগী মফমদা মচাবু শিন্নরে। মমাগী য়াথং ফংলবদা মমাবু খুরমজৈ সোখা ময়াম লোইননা ষনবী ষননাও হোইদুনা পুমনিন্নিন্না ষনশেনবুং মাইকৈ পাংলক্লে। শ্রীরাধিকা ইবেম্মসু য়ুমদা হল্লক্তুনা মবুংঙোনা ষন শেনবা ষনবী ষননাও ময়াম হোইরকপগী ধনি তাবদা চেকপনথক্তা লেপ্তুনা মবুঙঙোনা লাকখিবা অমদি চৎখিবা মাইকৈ য়েংজরি । (ঘনবারি য়ৈগনি) ইবুঙো গোর্ববধন য়ৌরে। ময়াম্বা বলরাম অমদি সখাশিংবু শোন তৌদুনা শুবোল পুরগা রাধা কুন্দদা থুংলরে। শুবোলবু য়েংলগা কৃষ্ণনা হায়রকই।

## কৃষ্ণ অনুরাগ

ভাইরে শুবোল = ইতাও শুবোল চানথোইবা,
রাধাদি ঐগী থব্রায়...নি।

রাধা অমা = রাধাদি ঐগী মিৎকী লৈতেংনি,
রাধাদি প্রেমগী গুরুনি।

এমোন সুন্দর = অসুক নিংথিবা কুঞ্জ অসে,
ঐগী রাধা লৈতবদা,
অহাঙবা ওইরে,
মিৎকুপ অমা উদবদা,
যুগ কয়াগুম ব্রাজৈদো ঐদি।

গোলুক শারিয়া = ঐনা গোলোক থাদোক্তুনা,
গোপ শাগৈদা পোক্লদুনা,
ষনবী ষন্নাও পুদুনা,
বন্‌দা ষন শেল্লিবসে,
কনাগী নত্তেনে ইতাও শুবোল,
ঐগী রাধাগীদমক্কি খঙ্‌ঙুনে মরুপ।

## অতালিক দর্শন

এথাতে সখির = অশোমদা শ্রী রাধিকাসু,
সখিশিংগা লোইনদুনা।
প্রান বন্ধুগেলা = চেকপন থক্তগী লেঙশিল্লক্লে,
কৃষ্ণ প্রেম্না থম্মোয়দা চাক্লে,
সখিশিংদা হায়জরক্লে।
নন্দের নন্দোন = থম্মোয় হুবা থাজগুম্বা,
থব্রায় ওইনা থমজরিবা,
থাদোক্তনা থমজনিংবা,
থব্রায়দি চৎখ্রে থাপ্লবা বন্দা।
অগে ধেনু = মাঙদা ষন য়াম তুংদা শাখা,
ময়ায়দা চৎলি রাম কৃষ্ণ,
হুরান্দুনা য়েংবীরম্বা খল্লুরগা,
থম্মোয়সে চাক্লে।

## রাধ অনুরাগ -ঘনবারি তাল

*(শ্রী ওজা হাওবিজম শ্যামকেশ্বর সিংহনা মৈতৈলোন্দা ইবিরম্বনি)*

ঘনবারি = ফুইনা নোংহৌরক্লে ইতা নোং মংলক্লে॥ ৪। ধ্রু
নির নিরদ = নিঙজবা নিংখিজবা,
ফজবা শকফমদো, ঐগী
থম্মোয়নুংদা কাউঙমদেনে।

কাপসি = কপ্না কপ্না লেল্লি,
থম্মোয়নুংদা চাক্লে,
য়েংবীরম্বা মিৎচিনা স্বরতেন ওইরেনে।

রাই = অৱাবসে খাঙঙমদরেনে।

এতোই = ঐসে অফবা ওইদরেনে।

লোকে = মীনা উরগা ঐবু করি হায়নগদগেনে।

গরুজন = গুরুজন্না খঙখ্রবদি, ৱাথোক ওইরগনিনে।

*(খায়বা)*

একেতো = ৱাথোক চাউবী মিংথোল ফংজবি ঐনি,
অকিবনা লাঙ্গোই চল্লবিনিনে।

অম্বর = নিঙজবা ৱাখন্না,
অৱাবা ওইরবিনি,
পুক্লিঙগী অৱাবসে, কনাসু খঙবিরোইনে।

*(খায়বা)*

নিজহু = য়ুমদসু লৈঙমদে বন্‌দসু চৎঙমদে,
অৱাবা মৈচাকসে, খাঙঙমদেনে।

শ্রীকৃষ্ণ = শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিজবা মাইথোঙ থাজ থানিল,
নিঙশিংলুবা খল্লুবা কাউঙমদেনে।

শ্যাম = নিংথিজবা শকতমনিনে।

পাৎসোর = তত্তনা কাউদনা নিঙজবনিনে।

লোলিত = খোই খোইবা শাথেক্তো নিঙশিংউরে
কাউঙমদেনে।

নবঘন = ফুইনা হৌরকপা নোংনা তমজবা শ্যামগী কুচুনি।

*(খায়বা)*

গোবিন্দ = গোবিন্দ দাসনা,
পুক্লিংদা পামজবা,
অসিগুম্বা রসশিবু চুপচরিনে।

## রূপ অনুরাগ তাল উর্জ্বহার

...উর্জ্বহার = উজ..নিংবা..শ্যামগী নিংথিজবা শক্তমনি ।।৩।।ধ্রু
প্রান সখিরে = ইতা করি হায়গনি ।।৪।।ধ্রু
(করতাল হাইদুনা শক্কনি)

*(অসিদগী)*

হারের বালা = হা ইতা ঐনা করি হায়গনি।
কুন ধনি = কনাগুম্বী হৈশিংলবী কনানা লেংলমগনি।
সেই মালা = নিংথিজবা মালতি পরেংনা ঙক্তা তাংজবনি।
সেই মালা = চাংদমনিংঙাই, হায়নিংঙাই লৈতবনি।
ততে প্রান = ঐগী থম্মোয় থৱায় লোন্না চিংখ্রবনি।

মথক্কী পদ অসিদা ঈশৈ হনবনা হান্নগী অহাইবা তালসিদা শল্লগা, দুহারনা শকপা মতমদা তাল অখেৎপদা থারগা খুমগনি।

*(ঈশৈ)*

নিলেরে = নিঙজবা নিঙথিজবা (নুংশিজবা) রাধা ঐগীদি থৱায়নি।
শ্যাম রুপ অপরুপ = শ্যামগী শক্তম ফজবা গোপিগী পুক্লিং শুক্কৎপনি।
সিরে সিখি = কোক্তা চুড়া চেপ্পা থোনবা, ঙক্তা বৈজয়ন্তি মালানি।
প্রান সখি = ইতা করি হায়গনি।

*(ঈশৈ অসিদা খায়রগা করতাল মরোল তাগনি।)*

ভালহি = ফজনা চন্দন্না লৈতেং লিবনি।
ভালের = ফজবগী চাংদমনিংঙাই লৈতবনি।
এতেই = ফিজেৎনে লৈতেংনে ...ফজ.....।
চন্দনবিন্দু = চন্দন্না লৈতেং ওইরিবনি।

*(অসিদা অমা খায়গনি।)*

কাল অঙ্গে = নোংহৌনা তাংজবা শ্যামগী কুচু নিঙথিজবনি।
অহামোরি = চাংদমনিঙঙাই হায়নিঙঙায় অতৈ লৈতবনি।
শ্যামের গলে = শ্যামগী ঙক্তা মালা পরেংনা তাংজবনি।
*(মখাগী পদ অসিদা অমুক খায়গদবনি।)*

## উর্দ্ধহারগী মশানি

ব্রোজের মাঝে = জগৎসিদা চাংদম্লফম,
অতৈ অমা লৈতবনি।
সখি নাদোলতে = ইতা কুন্দো নাইন অনি ইরং লংলিবনি।
*(মখাগী পদ অসিদা খাইরগা)*
কালো অঙ্গে = নোংহৌনা তাংজবা শ্যামগী কুচু নিঙথিজবনি।
*খায়রগা মথক্কী তালসিদা হনজিল্লগা থারো মসিদা উর্দ্ধহার তাল লোইরে।*

# মোদন মুহন তাল

## অতালিকা দর্শন

## তালনা খুজি তাল

মোদন মুহন = মায়থোঙনা থাজবু ঙমজৈনেসে।
প্রান সখি = য়েংউ ইতা মায়থোঙনা থাজবু ঙমজৈনেসে॥ ৩॥ থাগনি

## দসকুস তাল

হেরি উনমতা = য়েংউ য়েংউ খুদিং,
পুক্লিং শুমহৎলি যুবতি ঐখোয়সে।
শোভার বালা = ফজবা খুদিং মাঙখরে।
অহা মোরি = মাবু উরুবদা ফজবা খুদিং লোয়না মাঙখ্রে।

| | | |
|---|---|---|
| শ্যামরুপ অপ | = | শ্যামগী শক্তম ফজবা করিগা চাংদম্নগনি। |
| কতিতে পিতম | = | খ্বাংদা সনা ফিগে থোনবা। |
| শ্রীনন্দের | = | নন্দ নিংথৌগী মচানি মরোল অহুম্বু ঙম্বনি। |
| চরন নোপুর | = | শ্রীচরন নুংশিবা নোপুরনা লৈতেংবা। (চরন্দা নোপুরনা রুনু ঝুনু ঝুনু নিল্লিবা) |
| সিরে সিখি | = | কোক্তা থোল্লি ব্রাহোংগী চুড়া, ঙক্তা বৈজয়ন্তী মালা। |
| শ্যাম গোলে বৈজয়ন্তী | = | শ্যামগী ঙক্তা বৈজয়ন্তীনা তাংজৈ। |
| লোকে বোলে | = | মীনা ঙাঙ্নৈ কুচু মুই, রাধাদদি হেল্লি মনিদগী লংবা। |
| কলা নোই | = | মোমোন নোকপা নুংশিবা মীনোক, করম্না কাউরশিগে। |
| ভুরুরো ভঙ্গীমা | = | মিৎচিনা তেনজৈনি পিশুম্না কামগী লিরুংনি। |
| নয়ন জুগোল | = | মানা কাপলক্লি লেপতনা, নংনা হিংদৌরি করম্না। |
| বাকা বাকা | = | ফজৈ ফজৈ শ্যামগী শক্তম, চাংদমনিঙাই লৈতবনি। |
| ললিতবি | = | মথেক অহুম্না লৈতেংলিবা, কোক্তা চুড়া চেপ্না থোনবা |

*(মথক্কী )'য়েংউ য়েংউ খুদিং' অসিদা হনজিনলগা দসকুস থাগনি।*

## তাল (জয়দিক)

| | | |
|---|---|---|
| কানুবাকু | = | য়েংদুনতা লৈজনিংবা, ষনশেনবুংদা লেঙখরেদো।। ৩।। ধ্রু। |
| নব মেধো | = | ফজবা শাথেক উদরেদো। |
| বাঁশি রন্দ্রে | = | বাঁশিনা রাধা রাধা খোংবা, রাধা ঐনা তাররোইদো। |

চরনে চরন = বলরামগা লেংগোল্লেদো,
মিৎচিনা ফেল্লপ য়েংলম্মিদো।

## তাল রুপক

মাথে = (রাধা) ঐসে মপোকসে অব্বাবা ওইরে।
তাতেবেহড়া = নোংদম থিবী ওইহনবিরেদো।
সোহোজ রুপে = থব্বায় থাসি থাঙমদেদো
হিংদুনা লৈবসু কান্নদ্রেদো।
অকুল অলি = তোল্লিদকো নুপীগী মপোক
তুংইনজবসু ঙমদেদো,
অব্বা মৈচাক খাঙ্দুনা লেনজবা তারেদো।
ত্রিভঙ্গ, ভঙ্গীমা = ভঙ্গীনা শুম্বৎলি বাঁশিনা থম্মোয় হুই।
শ্যাম নতবর = শ্যামগী শক্তম শকহেন্‌বা।
কামিনি মুহন = উদ্রগা রাধানা হিংগনি করম্না।
রস রাজ = রসগী নিংথৌ শ্রীগোবিন্দবু।

## রাধা অনুরাগ

বসন্ত অগত = রাধাগী লাইবক্তা অব্বাবদা তম্বা,
হেনমল্লি নোংদম্বা নঙসে।
জুবযন হৃদয় = লান্‌জদবী পাঙ্গন শোনবী,
নুপী ওইবী মপোক্তা,
নিঙবা কায়বদা তম্বীবা নঙ্সে।
কিং শুক = ব্বাহোং চোঙা কোকিল্‌শিংনা,
জুরা জুরা তোংলিবা,
উরুবদা থম্মোয়সে কায়থরে।
কুহু কুহু = কুহু খোংবা কোকিল নঙ্গী
শুর তাররোই তাররোই
রাধা থমোয় মচেৎ তাথরে,
থব্বায় থাখিবনা হেন্না ফরে।

কুহু কুহু = কুহু কুহু কোকিল্‌গী,
নুংশিবা শুর তাশোল ওইরে,
রাধাদা পাল্লরে থম্মোয়দা।
এ ধনি = হা ইতা থৌরবা তেন্না,
পাল্লরে রাধাগী থম্মোয়দা।

## রাধা অনুরাগ -হাঁই অশাংবা

হাই প্রিয়ো = হা ইতা চান্নরবী,
ব্রজসিদা ৱাথোক চাউবী ওইরে রাধা।
রোসালে = উশা থক্তা তোংলদুনা ইতা,
কোকিলনা কুহু কুহু খোংলি,
তাবদা ঐসে অৱাবনি।
হামু দুর্ভাইগীনি = রাধা লাইবক থিবী,
বীধিগী নোংদমসে অৱাবনি,
ঐগা মান্ননা তোল্লবী,
ব্রজদা কনা লৈত্রবনি।
হমু দাসিনি = ঐদি পাঙ্গন শোনবী রাধানি,
ইবুঙোবু নত্তনা করম হিঙ্গনি।
সোয়োনে = চৎপদা ফম্বদা চাবদা তুম্বদা,
মাগী শ্রীচরন কাউজদ্রিবিনি।

## রাধা অনুরাগ - তাল অখেৎপা

হা অ অ পৃয় = হা আ আ আ ইতা চান্নবী,
তোল্লিদকো মপোকসে
ৱানা লেল্লু তমখ্রবোইসে।
হসিতে = ফত্তেদা নোংদম্বসে,
ৱাহল্লিদা পুন্সিসে,
ৱাথোক চাউবী ওইহল্লেসে

সুনোগো = খন্নসি চান্নবী,
বাদৌরি পুন্সিসে,
করম্না ফংগনি কৃষ্ণ,
হায়যুনে উপাইসে।

পিরিতি বোলিয়া = ঐনা পাপ চেনবনরা,
বিধি মানা তম্বনরা,
ফংজনিংবা চরন সেবা,
ফংজদ্রিবসে।

ব্রোজের মাঝে = ব্রজসিদা লাইবক থিবী,
ঐগুম্বী কনা লৈরম্লোইদা,
তোল্লি তোল্লি রাধাগী পুন্সিসে।

## রাধা অনুরাগ - তাল অখেৎপা

সখি তুমি = হায়যু ইতা চান্নরবী,
রাধাগী পুন্সিসে,
করম্না হিংগনি করম্না লেনগনি।

প্রেমের ঘাতে = থবায়সিসু কৎখ্রবনি,
পুন্সিসিসু কৎখ্রবনি,
ঐগীনি হায়বা থমদ্রবীনি,
রাধা ঐনি ইতাখোয়।

হোবো অমি = ওইজখ্রগে অনৌবা যোগি,
খুঙ্গং খুদিং চৎচখ্রগে,
হা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা,
পুন্সি অসে লেঞ্জখ্রগে।

## রাধা অনুরাগ

যোগিনি হোবোগো = যোগিনি ওইখ্রগে

বাম স্কন্ধে = নাক্তা ঝুলি য়াল্লদুনা ভিক্ষারি ওইখ্রগে।

সিরেতে = থক্তা সত্রা খন্দুনা,
খুত্তা চৈশু পায়দুনা,
ভিক্ষারিবু ওইদুনা,
খুঙ্গং খুদিং চৎচখ্রগে।

এ ঘুরবোনে = শুক্রুবা বনদা ফমদুনা,
মিৎ অনি উইশিন্দুনা,
চিন্দা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা,
খুত্তা মালা চৎলদুনা,
কৃষ্ণ ধ্যান তৌজখ্রগে। (তৌরুরগে)

রাধা আমি = রাধা ঐনা ওইরিবসে যোগি,
কনাগীদমক্তা ওইরিবা যোগি,
কৃষ্ণ মাগী যোগি ওইদুনা,
পুন্সি অসে লোমজখ্রগে।

## রাধা অনুরাগ

হা আ হা বিধী = রাই রাই বিধি,
নংনা ঐগী লাইবকসিদা .... করি হায়না তশ্লিবা চান্নরবী।

কেনো বান = করিগী অসুক রানবা শিল্লিবা।

পিঞ্জুয়ার = পোন্দা য়োকপা পোম্বীনা,
শাখপ মনিং থুংদবগুম।

নারি নাহ = নুপী ওইবী তোল্লবীনি হায়না,
খওনা লাক্লবিবা।

## রাধা অনুরাগ চারতাল

হামুতো অবলা = তোল্লি তোল্লি রাধাগী পুন্সি,
কৃষ্ণ প্রেম্না চাক্লে থম্মোয়সে।

কেমনে সোহিব = মীখা পোনবী ওইরে মপোকসে।

| | | |
|---|---|---|
| হা বিধী | = | হা ইতা নোংদম্বনা,<br>করম হায়নবু তম্লমলিবা। |
| পুবর্বজনমে | = | মপোক কয়াগী পাপকী ফলনা,<br>নুপী ওইনা পোকহললিবা। |
| নারি নাহো | = | মীৱা তাবনা শরুক ওইবা,<br>ৱাথোক চাউবী ওইহনবিরীবা। |

## দুতি শ্লোক

হৈশিংবী তুলশি,
রাধাগী অৱাবা
ৱারিসে তারগা,
চেল্লক্লে কুঞ্জদা,
তমলে কৃষ্ণদা,
রাধাগী অৱাবা।
কৃষ্ণগী অৱাবা
ৱারিসে অমুক,
তারগা বৃন্দানা
হল্লক্লে থিন্দনা,
তমলে রাধাদা
কৃষ্ণগী অৱাবা।
তাবিয়ু ইবেম্মা
ইবুঙো কৃষ্ণদি,
নহাক্কী মৈচাক্লা
ৱাখল লৈতাবা ঙমদা,
নহাক্তা শোনবা ফাওবা স্বরদো,
মচেৎ মচেৎ ওইনা শোল্লি,
চৎলোনে পল্লনু হে রাধে।

## দুতি মেন

চোলো চোলো = চৎলো চৎলো রাধে নংগী,
থবায় ওইবা কৃষ্ণদো

অজ কুঞ্জে = ঙসিদি কুঞ্জদা,
শ্যামগী থবায়,
থাখিবনা হানবা তারেদো।

শ্রীকৃষ্ণ বিশোম্মা দশা = শ্রীকৃষ্ণগী অঙকপা দশা করি হায়না তম্রসিগে।

খেনে বিলম্ব নাকর রাধে = রাধা রাধা শোন্দুনা,
হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা,
লৈমায়থক্তা তুদুনা,
ওন্ন থোইনা খাঙদুনা,
নুঙশৌ তুমশৌ মথক্তা লৈহৌই,
পম্বদুনা লৈরনু,
থবায় মাবু কনবিরু,
হায়জরি ননাই বৃন্দানা।

হেদে ওগোই প্রান পৃয়ে = নোংগৌবীনা নোংদোন লাইজ,
ঙাইজবগী মতৌগুম,
নংগী মাইকৈ য়েংলদুনা,
নুংশাগী মৈশা খাঙহৌই।
হা-হা-য়ে-এ-এ-য়ে-এ-এ।
এ-অ...হা...অ...য়রে।
এ...এ...এ...এ..হা-হা য়ে...এ...।

## দুতি ওনবা

তুয়া পায়ে = শোনজবনা মথৌ ওইনা লেলহৌরিদো
শ্রীকৃষ্ণদো .....। ২ ধ্রু।।

দাসি যানি = ননাই ঐনা হায়জবসি চানবীয়ুনে রাধে।

অজেগ্য বানি = অরেপ্পা বানি।

| | | |
|---|---|---|
| প্রান্ন সখিরে | = | ইতা চান্নবী থৱাই ওইরিবী<br>নন্দগী মচা থরায়গী থৱায়দো<br>রাধা নাম শোনবা ফাও<br>খোঞ্জেল মপুঙ ফাবা ঙমহৌদরে রাধে।। |
| রাধা রাধা নাম | = | রাধা রাধা শোল্লি,<br>শ্বর ফুইনা হোল্লি,<br>লৈমায়থক্তা ওল্লি,<br>হিক্লা হিক্লা কপ্লি। |
| রাধা নাম অমৃত্ত | = | রাধা নাম শোনবনা হিংহৌরি থৱায়দো। |
| প্রান রাধে | = | হা রাধে,<br>রাধা নাম শোন্দুনা,<br>হিংহৌরি থৱায়দো। |
| প্রান হারাইরে | = | থৱায় থারম্লনি,<br>নন্দগী মচাদো নহাক্কীদমক্তা,<br>লেঙবিরো রাধে। |
| তুমা লাগী শ্যাম | = | নহাক্কীদমক্তা শিবগা মান্ননা,<br>ধোরা চুড়া বাঁশি,<br>লোইনা হুন্দোক হৌই। |
| হাতের বাঁশি | = | খুত্তগী বাঁশি লংথোক্তুনা,<br>লৈমায়থক্তা ওন্দুনা কপহৌই। |
| শুবোলের | = | শুবোলগী খুত্তা পায়রদুনা,<br>রাধা রাধা কৌদুনা কপহৌই |
| বাঢ়োইলো | = | ৱাইদো রাধে নঙগী,<br>অথোয়বা প্রেমগী মৈচাক খাঙবদা। |
| নন্দেরী বালা | = | নন্দগী মচা শ্যাম নোংহৌ ঙৱদো নঙগী<br>প্রেমগী মৈচাক খাঙজবদা। |
| চোলো ধনি রাধে | = | লেঙবিরোনে রাধে,<br>ফিজেৎ লৈতেংবীরো।। |
| দুতির বচন শুনি | = | দুতিগী ৱাসি তাবদা রাধে,<br>ফিজেৎ লৈতেংবা হৌরক্লে। |

## শাজোন - তাঞ্চপ

| | | |
|---|---|---|
| সিথায়ে | = | লাইবক্তা সিন্দুর মিত্তসু কাজল,<br>ঙক্তা মালতিগী পরেং। |
| নব জলধর | = | ফুইনা নোংহৌ মরক্তা,<br>নোংথাঙনা জগোই শাবগুম্মী,<br>ঙক্তা বৈজয়ন্তীগী পরেং। |
| চন্দন বিন্দু | = | চন্দন্না লৈতেং লৈতেং ওইরক্লে। |
| কাম যন্ত্র রেখা | = | থাবু ঙমজবা মাইথোঙদা। |

## শাজোন

| | | |
|---|---|---|
| শাজ ধনি রাই | = | শেম্বদা পকচবী ফিজেৎনা তাংজবী। |
| কৃষ্ণ সঙ্গ ভাব | = | কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি,<br>চন্দন তক্লা তক্লা ,<br>কুম কুম চন্দন্না,<br>কৃষ্ণগী নাম্বু য়েক্লি। |
| কৃষ্ণ সঙ্গবিনা | = | শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতৈ অমা খন্দ্রবীনি। |
| ভানুরা নন্দীনি | = | ভানুনা পোকচবী যাবোত্তা চাউজবী |

## শাজোন

| | | |
|---|---|---|
| ধনি চান্দ বদনি | = | থাবু ঙমজবী মাইথোঙনি কৃষ্ণদা রতি লৈজবীনি। |
| নিল বস্ত্রা | = | অশঙবা শারিনা লৈতেংবী কৃষ্ণগী পুক্লিং শুম্মৎপীনি। |
| কৃষ্ণ সুখ | = | কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোঞ্জবনা,<br>লাইনিং ওইজবী রাধানি,<br>মহাভাবনা লৈতেংলিবী। |
| ভুবন মুহিনী | = | বৃন্দাবনগী মবেম্মা গোপিলক্তগী<br>অথোইবীনি মরোল অহুমদা ফাওরিবীনি<br>শমব্রুনা তোমখিল ঙাল্লিবীনি। |

## শাজোন - মেনকুপ তাল

চরনে উপরে = চরন্দা (হাপচিল্লি) খোল্লিবা মনিগী নোপুর।
যাবোক চরন = যাবোক্লা ঙাঙলবা চরন।
ত্রপন লাইয়া = নুংশিবা শকফম মিংশেলদা য়েংলগা,
হায়জরকই সখিদা,
ইতা কৃষ্ণগী নাম য়েকপিয়ু ওইজগে ঐগী লৈতেং।

## যাত্রা সুত্র

ফিজেৎ লৈতেং লোইরে ওইদা স্বর লৈরে
জতিলাগী য়াথং লৌরে সুর্য্য কুঞ্জ পাংলক্লে।
সুর্য্য কুঞ্জ য়ৌরক্লে পুজাগী পোৎলম থারে
পঞ্চাঙ্গ ওইনা খুরম্রে শ্রী কুন্দ পাংলক্লে।

## অভিসার মেনকুপ মপী

ধনি ধানি = কুঞ্জদা নিংথিবী ফজবী রাধা লেঙলক্লে,
মাগা শাওং-শাদা মান্নরবী,
হৌমিন কামিন্নরক্লবী,
চান্নবী ময়াম্না কোয়শিল্লে।
চলাইতে = চরন থম্বাল উরুরগা,
খোইমু শঙ্গু শঙ্গুনা,
লৈহি চুপকে হায়না,
ঙংনা পাইরক্লে,
চরন থম্বাল ফংহৌদ্রবা খোইমু,
নিংঙমদবনা পাদ চিন্ধাদা তোংদুনা চুপচরি।
কনকলতা = খোঙদোপ খুদোপ খুজি-নাচি
কুন্দর নাইন অনিনা,
তনিক তনিক নোংথাং কুপলক্লে,
খ্বাঙদা শিবা কিংকিনীনা,
কিনি কিনি নিল্লক্তুনা নিঙশিংহল্লে শ্রীকৃষ্ণবু তত্তনা।

হংস রাজ = কাংঙা খোঙচৎ ঙমজরবী,
চৎপদা মঙম শান্দ্রবী,
কুঞ্জ তম্না তপ্না তপ্না লেঙলক্লে,
আনন্ত দাসনা পামজৈ,
অনিনা যুগোল ওইবদো,
য়ৌবিরো থুংবীরো কুঞ্জবন্দা।

সনাগী উরিবু ঙমজৈ,
নোংথাং কুপ্পবু হেন্না নিংথিজৈ,
বিধিনা করম শেম্লম্বা,
খ্বাঙদা শিবা কিংকিনীনা,
কিনি কিনি নিল্লক্কুনা নিঙশিংহল্লি শ্রীকৃষ্ণবু তত্তনা,
কাংঙা খোঙচৎ ঙমজরবী চৎপদা মঙম শান্দ্রবী,
কোঞ্জরক্লে সখিগী লেংবান্দা,
অনন্ত দাসনা পামজৈ অনিনা যুগোল ওইবদো
য়ৌবিরো থুংবিরো কুঞ্জবন্দা।

## অভিশার - মেন কুপ মপী

কুঞ্জ চরন = কুঞ্জদা চরন অনি,
যাবোক্লা পুমঙাং ঙাঙনা ফজরিবা,
চরনগী নোপুরনা,
রুনু ঝুনু নিল্লিবা।
কতিতে = খ্বাঙদা শিবা কিংকিনিনা,
কিনি কিনি নিল্লিবা,
কিনি কিনি হায়বা নত্রে,
কৃষ্ণ শোনবা ওইরম্লে,
খুত্তগী খুজিসু কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লে।

## মেনকুপ - মপী অভিসার

নব অনুরাগে = তোমাল উরে নিঙশিংই,
খোইমু উরে খোইরাঙই,
মহাভাবকী মশক ওইবী,
কৃষ্ণ ভজনগী লমজিংবী,
ভক্তি মাপন্না লৈতেংলিবী রাধা,
কৃষ্ণ প্রেমগী ঈথক,
ঈপাক্তা তাওরিবী রাধা।

## অভিশার - মেনকুপ

কানু নিলমনি = মহাভাবকী মশক ওইরিবী,
প্রেমগী ঈপাকথক্তা তাউরিবীনি।
চঞ্চল নয়ান = ঙকখ্রবা ৱাখন্নি চেৎনা নিংবীনি,
য়েংঙু তোমালবু উরগা,
কৃষ্ণ মক্লি খনবীনি
তোমাল শাখা = তোমালবু কৃষ্ণ ওইনা,
উবগী মরম,
মহৌশা তোমালগী,
খোই খোইবা শাথেক্তা,
কৃষ্ণ মাল্লুবনি।
তোমাল বরন = মহৌশা তোমালগী খোই খোইবা শথেক্তা,
কৃষ্ণনি খল্লুইদো রাধা,
কৃষ্ণদি ওইদরে,
তোমাল ওইরম্লে,
হিক্লা হিক্লা কপ্লে।
কালা ভ্রমোর = রাধানা খোইমু উখি,
খোইনা হেন্না ৱাখি,
কালা কালা শোনজৈ,
মবুংঙোবু মিত্ত উখি।

| | | |
|---|---|---|
| মোর কণ্ঠে | = | মিৎতা উখি কালা,<br>কদাইনো কালা উখিদ্রেদো কালা,<br>কালা কালা শোঙ্কে,<br>অঙাওবীগুম্মী ঙাওসু ঙাওরিবনি। |
| শুন ললিতা | = | কদায় ললিতা,<br>ঐসে ঙাওরবোইনা,<br>শ্যাম কুন্দ য়ৌবা,<br>কয়াম ৱাৎলিগবা,<br>শ্যাম কুন্দদুদা চোংথদুনা,<br>পুন্সি লোমজনিংইগবা। |

## অভিশার

| | | |
|---|---|---|
| শান্ত কর | = | ৱামল্লেকো হেন্না নীংজবী,<br>শোইরোই শ্রীকৃষ্ণনা,<br>থোইনা হেন্ন ৱারম্লগনি। |
| কদম্বেরী | = | কদমদা ঙাদুনা নুংশিবা বাঁশিনা,<br>রাধা রাধা কৌবদো তারুরনি। |
| বৃন্দাবন শোভাহেরী | = | বৃন্দাবনগী ফজবসে উরে রাধা থোইরাংইদো |
| মন্দো মন্দো | = | মহৌশানা পুক্লিং হূরী। |
| কুঞ্জের পথে | = | নেমনেম ২ হৈপাল লৈপাল |

## দুরদর্শন

| | | |
|---|---|---|
| রাই কহ | = | প্রেমগী ঈচেল ঈরৈদা,<br>তাউথরকপা থম্বাল লৈনা,<br>তাউরকপনা য়ৌরে সমুদ্র মপাল। |
| কিল কিঞ্চীত | = | তোমাল মশা হাইথরম্লে,<br>পনবা তারে খল্লে,<br>খন্না খন্না খঙহৌদনা,<br>তোমাল মশাদা পল্লে। |

| | | |
|---|---|---|
| লজ্জা ভরে | = | মহাভাবনা লৈতেংলিবী, |
| | | ৱাখল কয়া পোক্লে, |
| | | কিলকিঞ্চত ওইরদুনা, |
| | | ফীভম অমা ওল্লে। |
| তাহা দেখি | = | হায়জ ৱাহৈ কয়ানা, |
| | | রাধিকাবু পেলহল্লে, |
| | | সখিশিংগী ময়ায়দা, |
| | | থম্বাল অনি শাৎলে। |

## অদর

| | | |
|---|---|---|
| কতন অদর | = | হায়জ ৱাহৈ কয়াদা, |
| | | থম্মোয় পেল্লে রাধা। |
| মেঘ শৌদাম্বী | = | ওইগা য়েৎকা ফমদুনা, |
| | | কুঞ্জ পুমঙাল ঙাল্লে |
| ইংগিত | = | অনিদা কৎনবা হৈ-লৈ, |
| | | থিনখ্রে সখিশিং। |
| সুখে | = | কুঞ্জদা শাৎপা সনাগী লৈহাও, |
| | | শরৈনুংদা থেৎচিল্লে। |

## সমভোগ

| | | |
|---|---|---|
| কুঞ্জ কুশুমো | = | কুঞ্জসে মহৈ য়াল্লে, |
| | | রাধা শ্যামগী নিংবা থুংলে। |
| নবরস | = | প্রেমগী ঈথক ঈহৌরে, |
| | | ঈথক্কা ঈথক্কা থেংগাইনরে। |
| ভুজে ভুজে | = | পোম্নশাৎনবা থম্বালবু, |
| | | থপ্পানা য়োমখরে। |
| তোমাল | = | অশংবা তোমাল পাম্বীদা, |
| | | সনাগী উরীনা য়েৎখরে। |

রাধা মাধব = নোংহৈলক্তা নোংথাঙনা,
লৈনা জগোই শারে।

পুরল = অনিগী থম্মোয় মান্ননা,
ওইগা য়েৎকা ফমখরে।

দুরে রহি = সেবা পামজবা যদুনাথ,
লাপ্না চামোর থৌগঞ্জরে।

## শ্বাধিন

নাগর রা = নুমিৎপু নুংশানা লৈতেংলে থাজবু থাবন্না লৈতেংলে॥

প্রতিতনু = রাধাগী কুচু পামজবা শ্রীকৃষ্ণ, খ্বাঙদা স্না ফিগে থোল্লি, পুকনিঙ মানা পামজবা লৈতেংলে॥

অঙ্গপুলকিও = শ্যামগী কুচুবু পামজবা রাধীকা ইবেম্মা, অশঙবা শারি থোল্লদুনা কুঞ্জদা লেপখরে, থম্মোয় মানা পামজবা ফিজেৎ লৈতেংলে, চাংদম নিঙাই লৈতরে ফজবনা ঙক্লে।

সুশিতলকী = নুমিৎ থানা পুন্না ঙাল্লে কুঞ্জসে নিঙথিরে ফজরে চাংদমনিঙায় লৈতরে শিঙথাবনা ৱাৎলে।

## জলকেলি

শ্রীকুন্দ তিরনি = শ্রীকুন্দগী মপাননি,
অনি মক্লা শান্নবনি।

অরমভিত্রলা = মাইথোঙ তম্না ঈশিং চাইশিন্নৈ,
বরিশাগী নোংজুগুম্বনি।

সোভা মিলেগো = সখিশিং শুরেদা,
মঞ্জুরি পুল্লেদো।

কুন্দ যল সসিতল = কুঞ্জ অসে পুম্নং-লংলে,
দিহে পুংলুপ লুপ্নরে,
মরোল অহুম তীর্থ অসি,
ঙসি পুল্লবনি।

প্রথম যুধ = অহানবদা ইশিং চাইনৈ,
মায়খোং খনৈ বা বা নোক্লে,
হরাও মথোই কারিববি,
নুংঙাইবা ইপাক্তা তাউরিববি।

তিরে উঠি = তোবান্দা কারে অনিমক,
অকংবা ফিজোল হোংখরে।

## সুত্র

শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনি মনি মন্দিরদা লেংশিল্লে।
মনিগী তাংবল থক্তা ওইগা য়েৎকা পোত্থারে,
সেবা পামজবী সখিশিং লৈজবা হে লৈ কৎচরগা,
অনিগী চরন্দা প্রর্থনা কৎচরি।

## প্রার্থনা

হা কৃষ্ণ = হা কৃষ্ণ থৌজাল হৈবা,
মুর্লি থোনবা,
হে রাধে চানবী হৈবী,
থৌজানবিয়ুবা।

কিবা ভজন = ভজনসু খঙজদে,
সাধনসু হৈজদে মন্ত্রনা করিনো খঙজদে,
হরে কৃষ্ণ শোঞ্জবা নত্তনা,
ননাইদি অতৈ হৈজদে।

সংসার মায়া = সংসারগী মায়াগী যান্না,
উপসিল্লিবা ননাইবু,
কৃপাগী থৌরিনা ঙক্তা হুকপিয়ু,
চিংশিনবিয়ু চরননাক্তা।

## লালসা

সেদিন অমা = কৈদৌঙৈদা ঐনা ফংজগবা,
বৃন্দাবন্দা লৈজবদো।

| | | |
|---|---|---|
| রাধা কৃষ্ণ | = | রাধা কৃষ্ণগী লিলা শান্নফমদো। |
| ভান্দিরবন | = | ভান্দিরবন তোমালবন নির্ভিত নিকুঞ্জবন। |
| কেসি ঘাৎ | = | কেসি ঘাৎ বাঁশি বত,<br>গোপিগী রাশ শান্নফম,<br>রাধা কুন্দ শ্যাম কুন্দ,<br>গিরি গোবর্বধনদো। |
| শ্রী রাস | = | শ্রীরাসমণ্ডনদা কৈদৌঙৈনো ফংদৌবা। |

## মনশিক্ষা

| | | |
|---|---|---|
| বায়ল কালে | = | মতম কয়া লেল্লে অঙাং ওইনা,<br>ওইজবা খঙদনা শান্নদুনা।<br>যৌবন ওইরক্লে অকিবা লৈরুদে, ইরাংদা<br>লুপতুনা হরি নাম শোলহৌদে। |
| বৃধ কালে | = | অহল ওইরক্লে শাগৈ চাওরক্লে,<br>ইচা-ইশু নুশিবা প্রেমগী থৌরিনা পুল্লে,<br>পুন্সি লোইরক্লে যমগী মপাউ লাক্লে,<br>লোইনা হুন্দোকলম্লে মোংফমদা হিপ্লে।<br>করি ওইনা পোকপা কনাসু খঙদে,<br>কর্ম্মনা লমজিংলে পোকপদি শোইদ্রে।<br>হংজৌ থিজৌ লম্বী,<br>হল্লকপা নাইদবা,<br>হরি মাগী চরন নাক্তা লেঙদনা লৈনবা,<br>চানবিহৈবা মিংথোল ফংলিবা হরিনি,<br>নিরগা করিগী পিদনি হরিনা। |

## গৃহ গোমোন

মতৌ অসুম্না ষনগাবা মতম চারে হায়না খন্দুনা,
ষনবী-ষননাও খোমজিল্লে গোপ রাখাল পুল্লে,

রাম কৃষ্ণ অনি লোয়ননা য়ুম মায়কৈ পাংঙক্লে।
শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মসু মতা সখিশিংগা লোয়ননা,
ঈশিং শোকপা লেঙলকপদা ময়াম্বুং বলরাম য়াওবনিনা,
ফোংনা হায়বা য়াদবনিনা শম পায়দুনা সংকেৎ তৌরম্লগা,
য়ুম য়ৌরকলে রাম কৃষ্ণ।
ষনবী ষন্নাও শঙগোন চঙখ্রে
গোপ রাখ্বাল পুম্নমকসু ময়ুম ময়ুমদা চঙদুনা পোথানখ্রে।

## নিত্যাই পদ

নিত্যাইদা চংজৌ নিত্যাইবু শোঞ্জৌ,
গৌরাঙ্গগী চরন শোইরোই ফংগনি।
গৌর নিত্যাই অনিনা চিংশিনবিবা নত্তনা,
রাধা কৃষ্ণগী চরন করম্না ফংগনি।
অচম্বা নত্তেসে নিত্যাইসে,
প্রেমগী তুংনফম্নি প্রেমগী মশক্তি নিত্যাই অসে।
বলরামনিসু হাযনৈ লক্ষ্মননিসু হায়নৈ,
অনঙ্গ মঞ্জুরি মনুংদা লোত্তুনা থন্নিনেসে।

## শো গোশাই

খুরমজৈ শ্রীকৃষ্ণ চৈতৈন্য,
খুরুমজৈ নিত্যাইনন্দ খুরুমজৈ শ্রীঅবদ্বৈতনচিংবা,
গৌর ভক্ত পুম্নমক খুরুমজৈ,
রুপ সনাতন ভক্ত রঘুনাথ,
শ্রীজীব গোপাল দাস রঘুনাথ,
ঐগী গুরুগী চরনবুসু খুরুমজৈ,
অকায় অরান পুম্নমকপু ঙাকপিয়ু,
নরতোম দাস তোল্লবনা খুরুমজৈ।

# বাশোক শৈরেং

বৈষ্ণব বন্দনানচিংবা শক্লবা মতুংদা শক্কদবা ঈশৈশিং মখাদা পীজরি।

## মেনকুপ তাল
## যথা রাগ পুরুবীনা পুবা

দিনে জদি নাম তোরাবে,
নামজে তুমারে যগত্ত জানি।।
দীন নাথ নাথ দীন্না বন্ধু।।
অসি প্রভু তব পোদে অপরাধ তব পদে,
চরন লোইলাম শ্রীপদে অপরাধ কোরোহো রঞ্জোন।।
মোরো অভি লাস অসপে মোনে তুলশি চন্দল যুগোল চরনে।
হাগৌর দীন বন্ধু।

দিনে জদি = মশ্রীবসে ঙালহলবিরো অকিবসে কোকহলবিরো।
দীন নাথ নাথ = পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গৎপিরো পামজবা রাধা নাম,
পেন্না শোনবিররো।
অসি প্রভু = চানবি হৈবা উৎপিররো,
কল্লবা য়োৎহিং ককথৎপিরো,
খুয়া খাদুদা চিংশিনবিরো,
ঈপাকসে লান্নবা হিনাও শাবিররো।
মোর অভিলাস = নিঙজবসে থুংহনবিরো,
তুলশি চন্দন কৎচরি চরন্দা।
হা গৌর = হা গৌর চানবি হৈবা।।

## গন্ধ চন্দন

প্রিয় পরি সাদ শোনে করিলা গমন্নে।
শ্রীবাস প্রাঙ্গোনে বোশি অরম্ভিলা মহা সংকীর্ত্তন।
শুগন্ধি চন্দন আনি গৌর অঙ্গে সুলে পোন্নো হর সিত ভক্ত গোনে গৌর গলে দিলো ফুলেরি মালা।

| | | |
|---|---|---|
| প্রিয় পরি | = | নুংশিরবা ভক্তশিংগা লোয়নদুনা গৌরাঙ্গনা॥ |
| শ্রীবাস প্রঙ্গোলে | = | শ্রীবাসগী মন্দিরদা,<br>হৌগৎপিররে মহাসংকীর্ত্তন। |
| শুগন্ধি চন্দন | = | নুংশিরবা লৈ চন্দন কৎচরিয়ে শ্রীচরন্দা,<br>ভক্তশিংনা নিঙবা থুংনা,<br>শক্লরক্লে ইশৈ হরিগী গুনবু |

## গন্ধ চন্দন

অদ্বৈত মৃদঙ্গ বাজ ভক্ত গোন গিত্ত গাই।
মধুর নাচে মধুর বাজে।
ধা কিতি তক থৈ ধিলঙ্গ বাজে থৈয়া থৈয়া বাজেরে।
তা দ্রিমি তা দ্রিমি তা তা থৈয়া থৈয়া বজেরে।
তা দ্রিমি তা দ্রিমি তা তা থৈয়া তাথৈ তাথৈ বোলা বাজে।
মধুর হেলো মধুর দোলো তা তা থৈয়া থৈয়া ম্রিদঙ্গ বাজত ঝনর ঝনর করতাল দিগিতা। পাগোল হোইলোরে।
গৌর নোয়োন যুগোল ধারা।
এই রস গাই কবি রাইর সেখর।

## (মনিপুরী)

| | | |
|---|---|---|
| অবদ্বৈত মৃদঙ্গ | = | অবদ্বৈতনি পুঙ য়ৈরিবা<br>শ্রীবাসনি ঈশৈ হল্লিবা। |
| মধুর নাচে | = | ফজনা শক্লি ফজনা য়ৈরি। |
| ধাকিতি তকথৈ | = | ধা কিতি তকথৈ ধিলাঙ্গা হায়না,<br>পুঙলোন শেংনা য়ৈরক্লে। |
| তা দৃমি তাদৃমি | = | তা দৃমি তা দৃমি তা তা থৈয়া থৈয়া হায়না য়ৈরক্লে। |
| তা দৃমি তাদৃমি | = | তা দৃমি তা দৃমি তা তা থৈয়া তাথৈ তা থৈ হায়না য়ৈরি। |

| | | |
|---|---|---|
| মোধুর হেলো | = | ফজবা ঈশৈগী নুংশিবা শুরদা তা তা থৈয়া থৈয়া অবদ্বৈত হঞ্জবনা ঝনর ঝনর হায়না য়ৈরক্লে করতালসু থারক্লে। |
| পাগল হোইলোরে | = | অঙাওবগুম্লে। |
| গৌর নোয়োন | = | হরি সংকীর্ত্তনগী ময়ায়সিদা। অমুকসু কপ্পী অমুকসু নোকই অমুকসু লৈমায়দা ওল্লকই। |
| এই রস গাই | = | অসিগুম্বা রসশিবু শকচরি ভাস ঘুসানা। |

## সুত্রা শ্লোক

সকল সুঁতা পদে করলু বর্নন, বাশক নাইকার লৈক্ষন। অষ্ট নায়িকা। অভি সারিকা বাশক সর্জা উকন্ঠীতা বিপ্রা লব্ধা খন্দিতা কলহন তরিতা স্বধিন ভতৃকা প্রোষিত ভতৃকা।

## সোভামুহন শ্লোক

খুরুমজরি তিনবিরিবা কুন্দবাশি ভক্ত বৈষ্ণব পুম্নমক্কী চরন্দা, কলি অবতার শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুঙোগী গুন লিলাবু শকচবা মতাঙশিদা থমজরগে, ব্রজগী শ্রীরাধা কৃষ্ণ ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী বাশক রসবু থৌগনজরগে, ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী বাশক রসদি কবিশিংনা শিঙথাবা লোয়বা ঙমদ্রবা রসনি তোল্লবা (তোল্লবী) ননায়না মতেক খরদং লৌখৎচরগা থৌগনজগে, অশোয় অরানবা য়াওখিববু ঙাকপি হৈবগী গুন্তনা লৈতেংলিবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা ঙাকপিগনি।

অসুম্না শ্রীরাম কৃষ্ণ অনি ষন শেনবা কারক্কুনা নুমিদাংগী চাবা থকপা লোইরদুনা সয্যাদা চেপখ্রে, শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙঙোনা ময়াম্বুং বলরাম্বু শায়োন ওইবা ঙাইজখি। বলরাম্না হেক তুমখিবগা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোদো।

## কৃষ্ণ শাজোন
## মেনকুপ তাল

তপ্পা তপ্পা য়াওনলক্লে,
কৃষ্ণনা সয্যাদগী লেঙখোরক্লে।
চেপ্লিবা বলরাম্বু,
তাখিগনি কিজবনা,
খুনিং কাঙল কাঙলদুনা,
কৃষ্ণনা কুঞ্জ তম্না লেঙখোরক্লে।
খর চৎলি খুজি শিজিল্লি,
খরা চৎলি নোপুর হাপচিল্লি।
বোকুল হাপচিল্লি,
ধোর পুনশিল্লি,
চুড়া থেৎচিল্লি।
কিংকিনী য়েৎশিল্লি।
খর চৎলি খুজি শিজিল্লি,
খর চৎলি নোপুর হাপচিল্লি।
ফিজেৎ লৈতেং লোইরদুনা,
কুঞ্জ পাংনা লেঙখোরক্লে।

## কৃষ্ণ অভিশার - মেনকুপ তাল

নিরদ গমন = লমগী শামুনা তমজবা খোঙথাঙনি।
ফুইনা হৌরকপা নোংগী কুচুনি,
মাইথোঙ থম্বাল তম্না তম্না,
খোইমুনা ঙংলি।

............. = খ্বাংদা সনা ফীগে থোল্লি,
উবদা নোংথাংনা ইকাইজরি,
নোকমি নোকমিবা ঙাঙ্গানবা চিনবান্নি,
গোপিগী পুক্লিং হুরানবা কৃষ্ণনি।

## ব্যাখা শ্লোক

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙো কেশ্বর কুঞ্জ পাংনা লেঙলকপদা লমখাংদা শৈব্যা পদ্মা অনি লৈরমদুনা ইবুঙোবু ফাদুনা চন্দ্র-কুঞ্জদা লেঙশিনখ্রে।

অসোমদা শ্রী মতি রাধিকা ইবেম্মসু নুমিদাংগী চাবা থকপা গুরুজনগী সেবা গৃহ কর্ম্ম লোইরদুনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরম্বা শংকেৎকী মতুং ইন্না চান্নরবী সাখিশিংগা লোয়ননা কৃষ্ণ দর্শনগীদমক ফিজেৎ লৈতেংজরক্লে।

## শাজোন ইশৈ

শাজে বিনোদিনি = ফিজেৎ লৈতেংলে রাধা,
সখি ময়াম চঙদুনা,
ফজবনা ঙক্লে,
য়েংবদা মিৎফম হোংবা ঙমদ্রে।
বিশাখ সুন্দরি = বিশাখা হৈশিংবী,
মীগী থাম্মোয় খঙগনবী য়াওরি,
চিত্রা য়েকপদা চংখোনবী।

## শাজোন একতাল অরনবা

আজু শাজিতা = ঙসি শেম শারে নিংথিরবী রাধা,
ব্রজ নিংথৌগী মচা,
কৃষ্ণ দর্শনগীদমক।
পিন কুচ = মনি মুক্তানা থাম্বা,
অশংবা শারিনা লৈতেংলিবী রাধা,
ব্রজ নিংথৌগী মচা,
কৃষ্ণ দর্শনগীদমক।
নিজ প্রান্ন নাথ = মবুঙো শ্রীকৃষ্ণ নিঙশিংলুরে রাধা থম্মোয় ঈথক হৌরে।

## ব্যাখা শ্লোক

অসুম্না ইবেম্মা চান্নরবী সখিশিংগা লোইননা ফিজেৎ লৈতেংবা লোইরদুনা কেশ্বর কুঞ্জ পাংনা লেঙঙক্লে।

## রাধা (অভি শার) ইশৈ

রাই গোমোন = লেঙঙক্লে রাধিকা
শামুগী শাজৎনি
লেমজবী খোঙথাঙনি।
কুঞ্জে কুঞ্জরাজ = মবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু কাউজদ্রবী
থমকি চান্দে = শোল্লোই হায়বা য়াদে,
কাউগে হায়বসু ঙমদে,
ৱাখনগী ঈপাক্তা তাউরিবিনি।
দুইতে অখি = চৎলে মিত্তা উই,
তুম্লে মঙদা উই চুড়ানা লৈতেংবা,
ফূইনা নোংহৌ ঙমজবা,
প্রেম ভক্তিগী তূ ংনফম ওইরিবী,
মহা ভাবনা লৈতেংলিবী।

## আভিশার

নোবিনো রঙ্গিনি = রাধিকা নিংথিবী ব্রজগী অথোইবী,
পুর্নিমা ঙমজবী ফিজেৎনা তাংজবী।
চলিলো চন্দনি = নাপ্পদা নাচোম তাথরকপা পাম্বোম,
শাজৎকী ঈপোমদো মাল্লিনে চোলোম।
বাযে কিনি ২ = খ্বাংদা কিংকিনিনা রাধা কৃষ্ণ শোল্লি,
খোঙথাং ২ খুদিংমক্তা
মথক্কী ছন্দদা = মুনা লংলবা বেনিবু উবদা,
ৱাহোংনা পামজবা অমুবা লিননি খল্লুরে,
পাইশিন্নরুরে বেনিনি খঙখরে,
ইকায়রে লোৎকরে উনা পুঙবা (থিদুনা) মরক্তা।

## অভিশার-এক তাল অরনবা

চলু গজ = শামু খোঙথাং ঙমজবী ২ শজি মিৎতা ঙমজবী,
(ও) কাংঙা খোঙচৎ ঙমজবী।

পাদ অখো = আভরননা লূম্লকপনে,
কৃষ্ণ প্রেম্না লূমবনে (ও)
কাংঙ খোঙচৎ ঙমজবী।

হেগো চোলি = কুঞ্জ তম্না, লেঙলক্লে রাধিকা।

থমকি ২ = তপ্না তপ্না থাংলকপা খোঙথাংসে (এ) শামু খোঙচৎনি।

কাচা কঞ্চন = সনানা তাংজবা কুচুনি,
নোংথাংবু হেন্না লংনা ফজৈ রাধাসে।

## অভিশার - মেনকুপ মপী

রাজারো নন্দিনি = লানফমগী শেম শারিবী রাধা চান্নবী লোইন্নবীশিংগা

কাম যুধের = লাম্থোং শিনবদা হৈরবী,
ললিতা হৈশিংবী,
সেনাপতি ওইরদুনা,
লেঙঙক্লে লম্বীদা।

সোকোলো চাতুরি = পুমখঙ খঙবী লোয়না হৈবী বিশাখা য়াওরিদো,
শ্রী রুপ মঞ্জুরি সখিনা ওইরে শারথি,
শ্রীমতি রাধিকানা ওইরে মহারথি।

চিত্রাদি = য়াওরি চিত্র চম্পক লতা,
তুঙ্গবিদ্যা ইন্দুরেখা অয়াম্বা লানমীনা,
হুম্নি পানবা থাগী মওংদা কোয়শিল্লে,
ময়ায়দুদা রাধিকানা ৱাখলগী দোলাই
তোংলদুনা লাক্লে লানবন্দা।

কৃষ্ণ প্রেম = কৃষ্ণ প্রেম প্রেম্না লিরি লিরুং ওইরে,
অনুরাগনা তেনজৈ ওইদুনা,
মোদোনগা লান থেংনদৌরে।

## অভিশার

কানু নীলমনি = মহাভাবকী মশক ওইরিবী,
প্রেমগী ঈপাক থক্তা তাউরিবিনি।

চঞ্চল নয়ান = ঙকখ্রবা ৱাখল্লি চেৎনা নিঙবিনী,
য়েংঙু তোমালবু উরগা কৃষ্ণমক্নি খনবীনি।

তোমাল শাখা = তোমালবু কৃষ্ণ ওইনা উবগী মরম,
মহৌশা তোমালগী খোই খোইবা শাথেক্তা,
কৃষ্ণ মাল্লুবনি।

তোমাল বরন দেখি = মহৌশা তোমালগী খোই খোইবা শাথেক্তা,
শ্রীকৃষ্ণ মক্নি খল্লুইদো রাধা,
কৃষ্ণদি ওইরমদ্রে তোমাল ওইরম্রে,
হিক্না হিক্না কপ্লক্লে।

## অভিশার

শন্ত কর = ৱামল্লেকো হেন্না নিঙজবী শোয়রোই
শ্রীকৃষ্ণনা খোইনা হেন্না ৱারম্নগনি।

কদম্বেরী মুলে = কদমদা ঙাদুনা নুংশিবা বাঁশিনা,
রাধা রাধা কৌবদো তারুরনি।

সখির বোচোন = সখিগী ৱাসি তারগা
রাধে তপ্না তপ্না তপ্না লেংঙক্লে।

## অভিশার

ঐসেন চোলিয়া য়াই = অসুম অসুম লেঙলক্তুনা থুংলরে কুঞ্জদা
গোবিন্দনা দেখিরাই = শ্রী গোবিন্দ উদ্রবদা পুক্নিং লাঙতক্লরক্লে।
নান ফুল্লে = অশাৎপা লৈতনা সয্যা শেমজরক্লে
অঞ্চোলে ভোরি = ফিগাও থন্না থন্না পুশিল্লকই সখিনা
মলিকা মালতি = মালিকা মালতি জাতিনা চিংলবী।
উকম্বা বাঢ়োয়লো = ৱাখল তৌরক্লে।
সয্যারোগী নিকোতো = সয্যাগী নাক্ত ফম্লদুনা।

অসিবো ২ বোলি = লাক্তুরে লাক্লরোই কৃষ্ণ মতম অসে থেঙখরে
কত কত মনুরথ = অসিগুম্বা রসসিবু শকচরি শোনজরি।
কাহা কবি = শকচ শোনজ পামজরুবা কবি সেখরনা।

## সূত্র শ্লোক

অসুম্না সয্যাগী নাক্ত ফম্নদুনা
লৈরিবা ইবেম্মদো অহিংগী
মতম্নদি থেঙজিল্লক মবুংঙো
শ্রীকৃষ্ণদি লেঙবিরক্ত
শ্রী মতি রাধিকা ইবেম্মনা
করি হায়না হায়রকই।

## উকন্থা-মেনকুপ তাল

ওইদ্রেদো রাখলগী শৈরেং
মতম্না শুম শুম হৌখ্রবদা।
শুক্লা মন্নবা অহিংনি উমংনি
খাঙজৈ অরাবা ওইরেদো অরেম্বা।
পোকপদগী রাধা ঐসে
কৎচখ্রবনি মাগী শ্রী চরন্দা
মানদি চানবিদ্রে
ওইরেদো অরেম্বা।
খন্নশি চান্নবী করি পাম্বৈ লৈরি
খঙলমদে খঙজরে,
থাজরুবা ঐনা লাল্লে ইতা,
কনাদা তাইনরুনি ঐনা পঙজবননি।

## উকন্থা-এক তাল

কুরঙ্গীনি = কোয়না চাকপা লম্মৈনিদা,
যেংঙু ব্যাধনা থৎলি মাঙদা।

অহুতি কোরিয়ে = মৈচাক খাঙশি খাঙঙমদা,
পনবু লানশি লানঙমদে,
ৰাই ৰাই শজিদো পন্নুংদা।

এদিগে জালা = কৃষ্ণ প্রেম্না লম্নে ওই,
চৎনা পন্না ব্যাধ ওই,
ৰাজরবী শজিদুগা,
রাধা ঐগা মান্নেদা।

## উকহ্না-মেনকুপ তাল

কোহোয়ে সখি = হায়যুনে ইতা রাধাগী পুন্সিসে,
ৰানা লেল্লুহায়না তমখ্রবরা।

বন্ধুলাগি = কৃষ্ণগীদমক্তা চান্নরবী,
দেশ খুদিং চত্তুনা,
অহিং নুংথিল নাইদনা,
কৃষ্ণগী নাম শোনজখ্রগে।

অজ নিচোয়ে = পাপচেনবী রাধাদি,
হিংবগী কান্নদ্রে ২ ইতা,
শিবনা ফরনি,
পাপচেনবী ঐদি থৱাইসে থাখ্রগে।

মোরোন্নকালে = ঐগী অরোইবা ওইরমদাই,
কৃষ্ণগী নাম মহা মন্ত্রদো
শোল্লুকো তোয়না।

ভুলোনা ২ = কাউরনু কাউরনু চান্নবী ইতাখোই,
নখোই ময়াম পুন্না শোল্লুকো ইতা।

মৃতু কালে = তাজরগা কৃষ্ণ নাম,
থাজখিগে রাধাগী থৱাই,
মপোক অমদা মাগী চরন ফংনবা ইতা।

## বাশোক উকস্থা - তাঞ্চপ তাল

প্রান সখি ললিতা = চান্নরবী ললিতা,
পুন্সিগী খোঙচত্তা,
লোয়নদুনা লোমদৌরিদো চিন্তা।
জোনোমো = মপোকসে তোনমল্লি নিঙজবা পলহল্লি,
থবায় অসে থারগে ঐ মক্তা।
শিপু কালে = অঙাং ওইদা ওইরিঙৈ,
অবা নুংঙাই খঙদ্রিঙৈ,
পুন্সি অসে লোমহল্লমদবসে,
লাল্লি বিধাতা।

## উকস্থা-এক তাল

পঙমল্লি হে হে থোইনা চান্নবী।
ঐনা লাল্লে লাল্লে,
বাখল থেনমল্লে,
খোইমুনিকো পুমকাউ কাউথোকলুই,
বাজসনুনা।
থম্বালনা থবায় তাজবী (তাজবা),
থম্বাল তম্না পাইরকপা,
খোইমু পুকচেল লেপচদবদো,
লমদলখ্রবোইনা।
খোইমুনিকো খঙনা খঙনা
থবায় মঙাদি কৎথোকলুই,
কনাদনো তাইনরুদৌবা,
বাজসনুনা।
থৌনাইদবা মালংবা,
কনাদা পাউদমলুরিবা,
রাধাদদি পাউদম্বীরনু,
তাশোল ওইরেনা।

থাজ থানিন থাবল অসে,
ওমচাক্লরেনে থম্মোয়দা লৈত্রে,
লৈত্রে মীচঙ লৈত্রে,
য়েক্লবা লোইনা ওইরেনা।
নিঙজমনগী কান্নহন্দ্রে,
শোনজবগী তোংজদ্রে,
পোকচবগী মহৈ য়ালহন্দরে,
হিংদুনা লৈবা পামজদ্রে।

## বাশোক উকস্থা

| | | |
|---|---|---|
| প্রান বোক্কুর লাগী | = | নিঙবা কায়রবা পুন্সি ৱাহল্লি ... হিংবা ঙম্রোই। |
| এ দু:খ ছমোয়ো | = | ৱাখলনা পোত্থাফম খঙদ্রিদ্বৈ, |
| | | কোকিল নংনা কুহু কুহু খোংলি, |
| | | থম্মোয় মৈচাক হেলহল্লি। |
| কলঙ্কীলি হামু | = | মীনম লৌনম্বদা হৈনজরবা, |
| | | কোকিল নংনি অৱা নুংঙাই, |
| | | তেংবাংলিবা অহিং নুংথিল, |
| | | মপু মাগী থৌদাবু ইনবনি, |
| | | শাউরুবা ঐনা লাল্লৱা? |
| অমা প্রান | = | ৱামল্লি রাধা ঐগী মপোক, |
| | | কৃষ্ণ শোনবদা পলহল্লিদা খোয়রাঙইদা |

## উকস্থা-এক তাল

শাদানবগী তেন্না পাল্লরেদো থম্মোয়দা।
কোয়না চাক্লে লাম্মৈনা,
মাঙদসু থৎলি লাংনা
শজি অমোম নহাকপু।
য়েক্লবা ওইরে মরুপ্না,
তেঙবাঙলরে মালংবনা

লিরিদা তেঙ্গাথোং,
কাপ্লি হন্না হন্না,
লিৎকদবা কৈদনো ।

**উকস্থা - একতাল অরনবা**

মধুর কোকিল = কদম থক্তা তোংলদুনা,
কোকিলনা কুহু কুহু খোংলি।

শুইনো কুঞ্জে = হাঙলবা কুঞ্জ অসিদা নংনা,
করিগী খোংলিবা নুংশিবা শুরদা।

তুমার পঞ্চোম = নংগী পঞ্চোম শুর তারুবদা,
প্রান নাথ শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশি মাল্লি ।

শুইনো কুঞ্জে = কৃষ্ণ মাগীদমক্তা থৱায় অসে থারনি,
ঐগী পাপসু কোক্লনি,
পুন্সি মহৈ য়াল্লনি ।

কাল কাল = হাঙলবা কুঞ্জসিদা,
থৱায় অসে থারগে,
লাইবক থিবী রাধা ঐবু,
কৃষ্ণ মানা পেনবিনবা ।

**উকস্থা-হাই অশাংবা**

হাই পৃয়ো = হা ইতা চান্নবী,
শুক্লবা বন্দা,
রাধা ঐবু হন্দোকপিরে।

রোশালে রিদালে = উশা থক্তা তোংলদুনা,
কোকিলনা কুহু কুহু খোংবা,
তাবদা থম্মোয় কায়খিগদৌরে।

হমু দুর্ভায়গিনি = ৱাজরবী রাধা ঐবু,
থোইনা হেন্না ৱাহনবিরে,

মাবু নিঙজরুবসে,
ৱাননবা নিঙলুবা তারে,
তাশোল ওইরে রাধাগী থম্মোয়দা।

হামু দসিনী = নুংশি হৈতে নিপাগী জাৎসে,
ইতা খোইমুশিংগা পাংখক ওইরেসে।

সোয়োনে সোপোনে = অনৌ অনৌবদা পাম্বা খোইমুগুম্না মাসু
অতোপ্পা কুঞ্জদা লেঙখ্রবমাল্লে।

## উকস্থা

হা পৃয়ে সজনি = হা...আ...ইতা চান্নবী খল্লুবদা থম্মোয়দা
অৱাবদা ঐসে ওইহল্লিদা।

ভ্রমোরাজ = মীগী ৱাবু থাজবনা ৱাজবনি রাধা ঐনা
ফংলিবনি পঙজবনা।

ৱেথা কুঞ্জে = শুক্লবা বননি অহিংনি ঐনা করম্না লেনগনি,
মিনুংশি খঙদ্রবা নিপাগী থম্মোয়নি।

বিধী জদি = বিধি মানা তম্লম্বরা,
রাধানা নিঙবা ৱাৎপনরা,
কৃষ্ণ মাবু ফংলরোইদ্রা ৱাইদা।

## উকস্থা - চালি তাল

প্রান সখি ললিতা = চান্নরবী ললিতে অরেম্বা ওইরে কুঞ্জ অসে।

এ সুখরজনি = নিংখিরবা কুঞ্জ অসে,
ফজরবা থাজগী মঙালসে,
প্রান্না বন্ধুনা লাক্রুবদা,
ওইরে থম্মোয়সে অমম্বা।

পাপিনি = পাপ চেনবী তোল্লবী ঐবু,
হুন্দোকপিরে শুক্লবা বনদা
রাধা ইতোমতা করম্না লেনদৌবা।

### উকহ্বা-ভাঙ্গা

চির নিশি = মতম্না শুম শুম হৌখিবনা,
অহিংসু শুম শুম থেঙজিনখরে ইতা,
লাক্তুরেদো থবায়গী থবায়দো।

অসিবো ২ বোলি = লাক্তুবদি ইবুঙোদো,
ওইরেদো অহিংসে অরেম্বা ইতা।

কপুর তামুন গুবা = শেমজরুবা তামুলসে,
কনাদা কৎকনি ইতা,
প্রান বন্ধুবু নত্তনা,
কনাদা কৎকনি ঐনা।

গথিয়া মলতি = লেংজরুবা মালতি পরেং,
কনাগী ঙক্তা হুক্কনি ইতা,
প্রান বন্ধুবু নত্তনা কনাদা হুক্কনি ঐনা।

### উকহ্বা-ভাঙ্গা

প্রান সখিহে = ইতা ললিতে মতমদি হৌখরে সিংগারৈ কেল্লক্লে,
লাক্তুরেদো লৌনম্বা কালাদো।

কিহোবে নাজানি= ঐগীদি মহাক্লা থবায়গীসু থবায়নি,
থবায় য়াওদ্রবদা দেহেনা করি ওইগনি।

শ্যাম ভ্রমোরা = খোইমুগী লমচৎনি,
হৈনজবনি অনৌবা পাম্বা মহৌশানি,
নিংথিবী কনাগী লৈকাদা,
ঙংদুনা লৈরমগনি লৌনম হৈবদো।

### উকহ্বা-একতাল

জনে সখি মম = খঙলে ইতা ঐসে ফত্তবা মপোক্লি,
তোল্লবিগী মপোক্লিনা,
খনবিদরে মানদি ঐবু করিসু।

| | | |
|---|---|---|
| জহামী জমুনা | = | জমুনাদা চোংথদুনা,<br>থৱায় অসে থাগে। |
| প্রান প্যায় সখি | = | প্রান ওইবী ইতা ললিতা বিশাখে (এ) ২,<br>কৃষ্ণগী ওকশমদা হুকচগে খন্দুনা,<br>লেংজবা মালতিগী পরেং,<br>মহু পুবা লিন ওইদুনা,<br>চিক্কদৌরে রাধাবু। |
| সখি হায়২ | = | ৱাই ৱাই হা ইতা ললিতা বিশাখে,<br>রাধাগী মপোকসিদা,<br>অৱাবদা ওইয়ু তমখ্রমাল্লে। |
| প্রেম জালা | = | প্রেমগী মৈচাক অসে শুম (৩) হেন্না চাকলক্লে। |
| জালো শোই ২ | = | খল্লরোই ২ (ও) খল্লরোই,<br>প্রেমগী মৈচাক অসে,<br>শুম (৩) হেন্না চাক্লক্লে। |
| জালারো উপোরে | = | পাপচেনবীনা নিঙলুবনা লাল্লিবনি,<br>তোল্লবীগী মপোকনিনা,<br>খনবিদরে মানদি ঐবু করিসু। |

## উকষ্থা-একতাল

| | | |
|---|---|---|
| সখি তুমি | = | হায়যু ইতা চান্নরবী,<br>রাধাগী পুন্সিসে করম্না লেনগনি,<br>করম্না হিংগনি। |
| প্রেমের ঘাতে | = | থৱায় কৎপদা পাম্মুদেদো,<br>পুন্সি মাঙগনি চিংনদেদো,<br>কল্লি কল্লি কৃষ্ণ প্রেম,<br>ৱাথোক চাউবী ফংজরেদো। |
| হোবো অমি | = | ওইজখ্রগে অনৌবা যোগী,<br>য়ুমথোঙ খুদিঙ চৎচখ্রগে,<br>হা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা,<br>ভিক্ষা নিদুনা লেনজখ্রগে। |

## উকম্বা-একতাল

| | | |
|---|---|---|
| বিশাখিকে | = | রাধা ঐসে ৱাবসে কোকননবা খনফম খঙদ্রে। |
| হে প্রিয়ে | = | ঐ... সে কান্নদ্রে, মপোকসে তোংজদ্রে<br>হিংদুনা লৈবা শুকান কান্নহন্দ্রে<br>পোকপগী মহৈ য়ান্দ্রে। |
| ললিত ত্রিভঙ্গ | = | মীনম্বা নোংদম্বা মিনুংশি খঙদবা<br>অসিরা নঙনা শেম্লিবা মীওইবা<br>খাঙঙদ্রবা মৈচাক খাঙহল্লিবা<br>অসুক ৱাহল্লিবা। |
| কিবা কর্ম্মা ফল | = | লম্মৈনা কোয়খ্রবা শজিগুম্রে,<br>থম্বালবু নিংথমগী উল্লক্তা হিংহল্লে<br>ৱানা পুন্সি লেল্লু তমখ্রবমাল্লে। |
| মমলাগী | = | নিঙজ শোঞ্জনিঙবনিদো কিহল্লে,<br>মপোকসে মীথা পোল্লে,<br>খঙজৈ ওইরোই ২ নিঙজবা ৱাৎলবীনিদো,<br>শ্রীকৃষ্ণ মহাক্কী শ্রীচরন ফংলরোয়,<br>মপোকসিদি ইতা মাঙজরেদো।<br>কপ্ল কপ্ল পুন্সি লেঞ্জবা তারেদো,<br>যোগীনি ওইদুনা চৎখিবা ফরেদো,<br>পেন্না কৃষ্ণ শোনবা ঙস্রনিদো,<br>যোগীনি ওইজখ্রগে। |

## উকম্বা-চার তাল

| | | |
|---|---|---|
| হামুতো | = | মাঙলে মাঙলে রাধা ঐদি,<br>ঐগী পুন্সি লোইরেদো ইতা। |
| হা বিধী | = | রাধা ঐগী মৃতুগী দশা,<br>ঐগী মাঙদা লেপ্পরে ইতা। |
| হেরিলে | = | যজ্ঞগী মৈনা চাকপদি ইতা,<br>শিরবা দিহেদা চাকপনি ইতা, |

প্রেম চিন্তানা চাকপদি ইতা,
জীবসু য়াওনা চাকইদো ইতা।

**উকম্বা-একতাল**

চিন্তাগা চিত্তাগা অনি অসে ললিতে
চিন্তাগী মৈনা হেল্লিদো ইতা।
চিত্তাগী মৈনা চাকপদি ইতা,
শিরবা দিহেদা চাকপনি ইতা,
প্রেম চিন্তানা চাকপদি,
থৱায় হকচাং লোয়ননা চাকইদো ইতা।

**উকম্বা-একতাল অকুংবা**

ৰাজগে থৌরাংজরুইদা ইতারোই
অসুম তৌনি খঙজরুদেদা।
করি মন্ত্র হৈবনোদা,
নুপী ওইবী জাতিগী,
গুনবু হেক্তা মাঙহল্লিদা।
সনানা মপাল শারনি,
মনিনা মহৈ য়াল্লনি,
হায়না হৱাওহল্লি,
পুক্লিং হকচাং লোয়ননা,
মাগী সেবা ফংলবদি,
ব্রজদা ৰাথোক চাউবী হায়না,
মিংথোল অমা ফংলবসু পেনজগনিদা।

**উকম্বা-মেন অওনবা**

হায় হায় হায়কিহোইলো = ৰায় ৰায় হা ইতাশা,
শুক্লবা বনসিদা ঐখোয়দা
করম্না লেন্দৌবা খনবদা।
হায় ...কিহোইলো = ৰায় ... হা ইতাশা হা ইতাশা (৩)
ৰাখলসে ৰাহল্লি ৰাহল্লি।

সখি ... অন্ধার = ইতা .... ইতোমতা করম লেপ্পৌবা।

প্রান পৃয় সজনি = ইতা চান্নবী রাধাগী পুন্সিসে,
ৱানা লেল্লু হায়না তমখ্রবোই।

একেলা অবলা = লম্মৈ নুংগী শজিদো ওইরেদো রাধাদি।

শ্যাম নাগর কালা = ঐনা পাপ চেনবনরা
নোংদম্বা মাগী নোংদম্নরা।

কাল গেলো গেল = ফত্তেদা নোংদম্বা,
অৱাবদা তম্বীবা।

কেনে এলোনা = অৱাবগী মথক্তা
অৱাবা হাপ্পিবা।

হৃদোই কমোল = সনজিংদা শাৎপা
থম্বালগুম্রে।

এলোনা (৩) = লাক্তুরে লাক্তুরে
লাক্লরোই কৃষ্ণ

(অলহঙ ওইনা হায়গনি)= হা-উং-আ-হা...লৌনম হৈবাদো।

## মেন অওনবা

এলোনা = লাক্তুরেদো কৃষ্ণদো ঙসিদি কুঞ্জ অসে
হাঙলেদো ললিতা।

অমাই মোদোন = লৌনম্বদা হৈনজবদো ঙসিদি ঐঙোন্দা
লৌনম্বীরে ললিতে।

যার লাগী গেথে = মাগীদমক লেংলুবা মালাসে রাধা ঐনা
কনাগী ঙক্তা হুক্কনি ঐনা।

## মেন অওনবা

যদিনহি গনিতা = পঙই পঙই পঙমল্লি নুপী ওইবা মপোকসে
অহিংনি উমংনি খলহৌদে ঐখোয় লাক্লুইদো।

আয়তি নিশী = শংকেৎকী ৱাহৈ থাজরুবনা ঐখোয়না
ৱাজরেদো।

অয়তি নিশী মাধব = রাজরেদো ঐখোয় মাগীদমক শুক্লবা বনদা, লাক্ত্রে লাক্ত্রে রাজরেদো।

## বাশোক উকস্থা

### মেন অওনবা

একেল অবলা = তোল্লিদা রাধাসে চাকইদা থমোয়সে।

চান্দেরি কিরোন = থাজগী মণ্ডাল কোকিলগী শুর রাধাগী থম্মোয়দা তাশোল ওইররে।

সখি হায় হায় = য়েংঙু ইতা নোংপোক চিংখৈ লাক্লবমাল্লে।

### মেন অওনবা

কেনে এতোই বিলম = করিগী অশুক রাহল্লি, শ্যাম নংনা ঐবু

অজ কেনে শ্যাম = শুক্লবা বনসিদা হুন্দোকপিরিবা করি ইরাল লঙজবগীনো নংনা ঐবু।

অসিবো বোলিয়া কোপো = পাপ্পিনি মাদি পাপ্পা থল্লবিনি হায়না ঐবু নৎনবিরবোই।

সোবো লাৎজেতে যেন = পাপ্পা থল্লবিনি ঐগা মান্ননা তোনবা লৈত্রবিনি।

অমিতো পর বশো নারি = ঐহাক্তি পর নারি ওইবিনী পাপ পুন্য খণ্ডদে শ্রী চরন্ত তানজরিবিনি।

## বাশোক উকন্ঠ

### তাঞ্চপ

অজ মুই = রাধা ঐসে নোংগৌবীগুম্লে ॥২॥

মেঘো বিনে = নোংগৌবীনা নোংদোন লাইজ ফংদ্রবদা চাকচবদুগা রাধা ঐগা মান্নরেদা।

চাতুকিনি = থম্মোয় মৈচাক অসে থোইনা থোইনা হেল্লে ইতা ললিতে, অহিংগী লিক্লা তারক্লগা ঈংগদরা হায়ববু।

যেমেঘে কালা = মপোক কয়াগী পাপকী ফলনা নুপী ওইনা পোক্লম্বা তোল্লিদা মপোকসে ৱায়কো চান্নবী মিনুংশি খঙদে নুপাগী জাৎসে।

পখিহোয়া = তোল্লিদকো নুপীগী মপোক কপ্পা কপ্পা লেনজবা তারেদো।

## তাঙ্কপ

পৃয় সখি = চান্নরবী ললিতা (এ) অহিং অসে হৌখিদৌরে ঐদি ওহোক্লা ৱারেদা।

কুনো ভগ্যাবতি = লাইবক ফবী কনাগী কুঞ্জদবু লৈখ্রবনো পাপ চেল্লবী রাধা ঐদি ইতোমতা মঙায়রে।
(ফত্তেদা নুপাগী জাৎসে খোইমুগী লমচৎনি।)

নিষ্ঠুরো = নুংশি হৈতে নুপাগী জাৎসে খোইমুগী লিচৎনি অনৌবদা পাম্বা মহৌশা লিচৎনি।

## বাসক উকন্ঠ

## তাঙ্কপ

সুখের নিশি = নোংদম্বা নঙসে হেনমল্লি।

সুখের নিশি দু:খে = নুংঙাইবদি তস্বীরমদ্রে অৱাবদা অৱাবা হাপচিনবিরে (এ)
রাধাগী মপোকসে।

হামু দুর্ভাইগীনি = ঐগা মান্ননা তোনবসিবু ব্রজদা কনা লৈরগ্রোইদা, চাংদমনিংঙাই লৈরোইদা।

কৃষ্ণ কৃষ্ণ বোলি = কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোনজরগা, থৱায় অসে থারগে।
ফত্তেদকো নোংদম্বা, শ্রীচরন ফংদরেদো।

(রাধানা কৃষ্ণবু লাক্তি লাক্তিবা লাক্কনি হায়বগী ৱাখলদা ৱানা ঙাইবা অমদি খাঙবা অদুবু উকন্থ কোই।)

## বিপ্র লপধা

অহিংগী মতম্নদি থেঙজিল্লক্লবা মবুঙোদো লাক্কনি হায়বা থাজরক্রুবা লাক্লরোই হায়না পুক্লিংদা খন্দুনা ৱাবা অদুবু বিপ্রলপধা কোই।

## বাশোক বিপ্রলপধা

### মেনকুপ তাল

শুনো' দুস্তো = খোংলরনু খঙলে কোকিল খাইনা মৈশা লাংহল্লনু তাবদা থম্মোয়সে কায়খিদৌরে।। ২।। ধ্রু
নঙগী মিরবা খোঞ্জেন্না কৌরিবোই নিঙই শ্যামগী বাঁশিনা ৱাজবি রাধাবু থোইনা হেন্না ৱাহল্লি। নুংশি হৈতে কোকিল নঙসে, মীগী ৱাবদি উবিদবা চেক্লা ওইবী নহৌশারা পোম্বী নংগী নরমচৎলা।

*(ঈশৈ অসিদি নুংঙাইদৌবা ছন্দদা শকপা য়াই)*

### বিপ্রলপধা-তাল অকুংবা

কোকিল নঙদি,
কোইনা পাইবা ঙম্বনিনা,
কৃষ্ণগী নাক্তা পাইখরো,
কৃষ্ণগী নামসু শোল্লুরো,
রাধাগী পাউসু তম্বীরুরো।
ব্যাধগী তেন্না পাল্লবা
মশা কক্লবা উচেক্লা
লৈমায় থক্তা ওনবগুম্না
খাঙহৌই তম্বীয়ু।

পাপ চেল্লবী রাধাদি মশা য়াওদ্রবা উচেক কুম লৈমায় থক্তা ওন্না থোইনা খাঙহৌই তম্বীরু।

## বিপ্রলপধা

| | | |
|---|---|---|
| হাইরে পোরাল সখি | = | হা ইতা চান্নবী, হা ইতা ললিতে,<br>রাধাদি য়ুমদা হল্লরোইদা। |
| দেশে দেশেজাবো | = | খুঙ্গং খুদিঙ চৎচখ্রগে,<br>পেন্না কৃষ্ণ শোনজখ্রগেদা । |
| যেন মৃগি | = | লম্মৈ নুংগী শজিদুগা<br>রাধা ঐগা পাংখক ওইরে,<br>ৱানা পুন্সি লেন্দৌরিদা। |
| গর্ভির যমুনা | = | লাইবক ফবী যমুনাদা,<br>রাধাদি থৱায় থাজখ্রগেদা। |

## বিপ্রলপধা

নোংঙাল্লমদাই ওইরক্লমাল্লে
লিক্লানা নোংখোঙ ফূইরক্লে
থরোদা তোংলম্বা খোইমুশিংদো
থম্বাল তম্না পাইনরক্লে।
নোংঙাল্লমদাই শাৎপি লৈ,
লৈরাং সেফালিকা,
লৈরাংনা লৈখোক লোয়রদুনা,
লৈমায়দা চোইনা কেল্লক্লে।
নোংবু পামজবী নোংগৌবীনা
উরুম্নাংবদা খাঙবনি
নুমিৎপু পামজবী থম্বালনা
মাইথোং চেপ্না খাঙবনি ইতা,
থাবু পামজবী থরোনা
মমায়দা লিক্লা পকপনি ইতা
কৃষ্ণবু ঙাইজবী রাধা ঐদি
কুঞ্জদা ৱানা লেল্লেদা।

## মৈতৈলোন

যমুনাদা চোংথরগে
থবায় অসে থারগে
হয়েংমুক্কী মপোক্তা
মাগী চরন্ তান্জগে।
কনাদসু শাওররোই
কল্লক্পসু লৈররোই
অবা মৈচাক খাঙদুনা
লেনজবসু ঙম্লরোই।
চাবা চৎপা পুম্নমক্তা কাউজদ্রবীনি,
পোকপদগী রাধা ঐনা
পামজরুবা শক্তম্নি,
থবায় হকচাং খাইনরমদাই
বাররুবা মতমদা
মাগী ত্রিভঙ্গ মুর্ত্তিদো
উহনবিয়ু ঐঙোন্দা।
ঐগী অরোইবা ওইরমদাই
মাগী মথেক অহুমদো
উহনবীয়ু ঐঙোন্দা
ললিতা বিশাখে।
কালিন্দি জমুনাদা চোংথজরগা,
লাইবক থিবী রাধাদি
থবায় অসে থারগে।
বৃন্দাবনগী মনুংশিদা
বাথোক চাউবী ওইরে রাধা,
মানা লাক্রুবদা হিংলুদুনা কান্নদ্রে।

## বিপ্রলপধা - মেনকুপ তাল

যাই যাই যাই সজনি = চৎলো চৎলো চৎলো ইতাশা
নয়ুম নয়ুমদা হল্লোকো চান্নবী
জমুনাদা রাধাদি থৱায় থারগে।

অঙ্গলো কাতিয়া = খুদোঙ্গী কল্লগা, ওইবিয়ু কলম্,
থোরকপা ঈদুনা মুক ওইবিয়ু,
জমুনাদা রাধাদি,
থৱায় থাহৌরে হায়না,
অফংবা উনানা পত্র ওইদুনা,
শ্রী চরন্দা কৎপিয়ু ইতা।

নিশিয়ে বাশি = অহিংসিদা লৈরিবা,
অচৎ চত্তা জীব ওইবিয়ু সাক্ষি,
নিকুঞ্জসিদা ওইরগে সোশান,
লৈগী সয্যাসিনা ওইসনু চিতা,
কৃষ্ণ প্রেমগী মৈনা চাক্তুনা,
তুমসনু রাধাগী দিহেসে।

কুনগনি = কনানা থোল্লম্মী রাধা হায়বসে
তোল্লি তোল্লি রাধাগী মপোকসে,
পোক্পদগী ঙসি ফাওবা নুংঙাইবা ফংদরে ইতা।

## বিপ্রলপধা - মেনকুপ তাল

এলোনা এলোনা = লাল্লরোই লাল্লরোই অমুবা কৃষ্ণ
হল্লোকো ইতা নয়ুম নয়ুমদা।

কৃষ্ণ প্রেম জালা ২ = কৃষ্ণ প্রেমগী মৈচাক্ অসে মৈরী থোক্লা
চাল্লক্লে রাধা।

## বিপ্রলপধা - একতাল

হাইরে বিধী = ৱামনখরেদা ইতাশা
লৈজররোই বৃন্দাবন্দা

| | | |
|---|---|---|
| পিঞ্জুরার পখিযেন | = | খোঙদা ঝিনজুর থাংলবী<br>অক্লাদা য়োকপা উচেক্কুগা<br>রাধা ঐগা মান্নরে ইতা। |
| পুবর্ব জম্মে | = | লাইবক্ ফবী যমুনাদা,<br>চোংথদুনা রাধাগী থৱায় থারগে ইতা,<br>ঐনা থৱায় থারবা কান্দা,<br>নয়ুম নয়ুমদা হল্লোকো ইতা। |

## একতাল

| | | |
|---|---|---|
| রজনি বাহিয়া | = | তারক্লে অহিংগী লিক্লা,<br>করিনোনে ঐবু মঙলা তাইবংলা। |
| জান জান সখি | = | খঙঙু খঙঙু ইতা ফত্তবা নুপাগী জাৎসে,<br>শুক্লবা বন্সিদা রাধা ইতোমত্তা,<br>হুন্দোকপিরে মফমসিদা। |

## বিপ্রলপধা - চালি তাল

| | | |
|---|---|---|
| প্রান সখি ললিতে | = | চান্নরবী ললিতে<br>অরেম্বা ওইরে কুঞ্জ অসে। |
| এ সুখ রজনি | = | শেমজরুবা লৈগী সর্য্যা,<br>লেংজরুবা .... মালতি পরেং,<br>ইবুঙো মানা লাক্রুবদা....<br>ওইরেদো অরেম্বা । |
| পাপ্পিনি দুক্ষিনি | = | পাপ্পিনি তোল্লবিনি কনা লৈত্রবীনি<br>মাঙজসনু হায়না লংথোকপিরে,<br>ঐবু বন্সিদা। |

## বিপ্রলপধা

ঐগী অরোইবা ওইরমদাই,<br>
মাগী মথেক অহুমদো উহনবিয়ু ঐঙোন্দা,<br>
চান্নবী ললিতা।

মাইথোঙ্ অদু উরগা,
মতৌ অদু য়েংলগা,
থবায় অসে থাজবদো,
রাধা ঐনা পামজেনে।

ঐনা লান্দি লান্জররোই
মাবুতদি কাউজখ্ররোই।
মপোকসিদা ফংদ্রবসু
কাউরোই মপোক্ কয়াদসু।

## ব্যাখা

অসিগুম্বা ইবেম্মগী নুংশিরবা ৱাহৈসিবু তারুরগা ললিতানা নুংশিরবা ৱাহৈনা ইবেম্মগী পুক্নিং থৌদুনা হায়রকই।

## ঈশৈ

কুলবতি ওইরবী রাধে নঙনা,
কৃষ্ণদা রতি লৈবা হৌনদে,
কৃষ্ণ রতি থাদোক্লো।

পুকচেল খোয়বা কৃষ্ণনি, লৌনম হৈবা কালানি, মাবু নুংশিরুবদগী, ঐখোয়না কয়াদ ৱারিবনো।

## ব্যাখা

ললিতাগী ৱাসি তারগা শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মনা হায়রকই ইতা।

## ঈশৈ

কান্নররোইনে ইতা ললিতে,
হন্দক্কী মপোক জন্মদা,
কৃষ্ণচন্দ্র নত্তনা মাগী চরন নত্তনা,
অতৈ অমা খন্দ্রবী,
রাধা ঐনিনে ইতারোই।

**ব্যাখা**

অসিগুম্বা ইবেম্মগী ৱাসি তারগা বিশাখানা ললিতা য়েংলগা মিৎচিনা হায়ফেৎ চিম্বান্না নোকফেৎ হায়রকই।

**ঈশৈ**

আশাগী লৈকোন্দা শাৎচরিবী লৈরাংও,
নোংনা চুখিদবদগী লৈরাং লৈমন চনবা তারে।
গোকুন্দগী হৌখিবা নোংনিকো ইতা,
লমদম কৈদা চুখিবগে হায়বিয়ুনে ললিতে।

**ব্যাখা**

বিশাখাগী ৱাসি তাবদা ললিতানা খুল্লকই

**ঈশৈ**

কুঞ্জ কুঞ্জদা তারম্মী,
বন্ খুদিংদা চুরম্মী,
নোংনা নোংখোঙ ফুইবদগী,
থম্মোয়গী লৈরাং হিংজবনি।

**ব্যাখা**

চান্নরবী মতাশিংগী ৱাসিবু তারুরগা ইবেম্মনা হায়ফম খঙদ্রদুনা খুৎ অনি লোল্লগা লৈগী সয্যা য়েংলগা হায়রকই।

**ঈশৈ**

ৱারৌবিগনু হে লৈগী সয্যা,
রাধা লাইবক্ থিবী ঐবু।
পাপচেনবী রাধা ঐনা হেক্লুবদগী,

নখোয়সু কৃষ্ণ ফংদরেদো,
লোইনা লৈমন্ চল্লেদো।
অসি হায়দুনা লৈগী পরেং পায়দুনা,
পুক্নিংদা কৎচরি মাগী শ্রী চরন্দা,
হিক্না হিক্না কপ্লদুনা।

## বিপ্রলপধা

| | | |
|---|---|---|
| রাত্রি হোয়লো | = | অহিংগী মমৈ ওইরকপদা,<br>চাইখাইরক্লে লৈগী সয্যা। |
| শিরি শিরি ২ ফেলে | = | শেগায় শেগায়দুনা লংথোরক্লে। |
| নথ শিরি(৩) ফেলে | = | খুজিন্না শেগায় শেগায়দুনা ...... |
| জোতোনে গেথেলো | = | জোতোল তৌনা লেংজবা মালতি পরেং। |
| প্রান বন্ধুর গোলে | = | প্রান বন্ধুগী ঙক্শম্দা হুক্চগে খন্দুনা। |

## ব্যাখা

অসুম্না ইবেম্মনা তাইনফম্ খঙদ্রদুনা লৈগী সয্যাদা তাইনদুনা সয্যা চাইখাইরম্লগা চান্নরবী সখিশিংবু য়েংলগা করি হায়না হায়রক্ই।

## বিপ্রলপধা-মেনকুপ তাল

যোগী ফিজেৎ শেৎচখ্রগে,
যোগাসনদা ফম্জখ্রগে,
মফমদি কুশুম কানন্দো।
কৃষ্ণ নিঙখ্রবিনি চৎন ৱাংমা লান্‌বিনী,
হায়জৌ রাধাবু জগৎসিনা।
চৎন হৌনা লম্চৎ কনাবু কিররোই,
চান্না খাইনা মৈচাক্ শোক্চখ্ররোই,
খুত্তা মালা পায়জরগা পেন্না কৃষ্ণ শোঞ্জখ্রগে।
ওইগে বন্দ লৈবী কনা লৈজদ্রবী,

ওইরোই রাখোক চাউবী,
কৃষ্ণনা চানবীদ্রবী রাধা লাইবক থিবী।

## খন্দিতা-একতাল

সখি সাঙ্গে রাই বিশ্রাম মেরী যাই বিশ্রাম কুঞ্জেতে বোসি লেনো তাই।
সখি সাঙ্গে = সখিগা লোইননা ইবেম্মা রাধানা বিশ্রাম কুঞ্জদা লেঙশিনখরে।

## ব্যাখা

অশুম্না ইবেম্মা রাধানা দশমি দশা ওইদুনা লৈগী সয্যা চাইখাইরকপা অসিদা, ভগত্ত বসল ইবুঙোদো চন্দ্রা কুঞ্জদা লৈবা ঙমলক্রদুনা অঙাওবগী পান্দমগুম্না হৌগৎলক্লে। অদু উবদা চন্দ্রাবলিনা থিংবা ঙম্নরোই খঙলদুনা চন্দ্রা কুঞ্জদা লৈরুই খঙননবা হায়দুনা চুড়া তুংদা হুকখরে চরন্দা খুজি শ্রীহস্তাদনা নোপুর হাপচিল্লে সনা ফিগে মথক্তা চন্দ্রবালিগী অশংবা শারি শেৎচিল্লে শ্রীমতি রাধিকাগী প্রেম্না ঙাওদুনা ফজৈ ফজদে খঙদনা লেঙথোরক্লে ইবুঙোদো।

## খন্দিতা

রজনি প্রাভাতে উথিয়া নাগোর তেজিলো পোরিলো পাসো সুখে।
দুলু দুলু দুলু নয়ানে যুগোল মুখে মৃদু মৃদু হাসি।

নোংঙাল্লমদাই ওইরক্লবদা
চেপ্লম্বদগী হৌগৎলক্লে।
মিৎ অনি নোইর নোইরদুনা,
মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি।

## খন্দিতা

কপালে উপরে শিন্দুর বিন্দু, অধরে কাজরে দিখি হয়া মাঝর অলক তিলক তাহেনো নখ চিন্ক সাখি।

লাইবক্তা শিন্দুর চিন্বান্দা কাজল ওন্ন তৈননা য়েকশিনবিরে,চন্দনগী মথক্তা খুজিন্না খোৎপগী সাক্কিসু থম্লি।

### খন্দিতা

গলেসে দুলিসে বিনা সুতের মালা, যুবতি দিয়াসে সাজে, এসোবো ভুষোন অঙ্গেতে করিয়া ভেদিতে চলিল্ রাধে।

লৌথোক্লে ঙক্তগী ফজবা শিরম্বা মালা, শিজিল্লে চরিক্কী পারেং শ্রীঅঙ্গবু উবদা ঐহাক্না শেম্বনি হায়বসে খণ্ডননবা রাধা।

### ব্যাখা

অশুম্না চন্দ্র কুঞ্জদগী লেঙথোরকপা মতমসিদা ইবুঙোনা হায়রক্ই।

### ঈশৈ

ওম্থোক্পনি ঙসিদি ব্রাবু চাউনা থোকপ তারে।
শৈব্যা পদ্মা অনিনা থোকহল্লিবা ঙাক্তনি,
ঐবু লমখাঙদগী ফাবিদুনা ঐবু ব্রাহল্লিবনি।

### খন্দিতা

দুলু দুলু দুলু করে হেরতা যাই,
ওই দিগে দেখিতা যাই,
এ দিগে হেরতা যাই আ: ...।।
নিসা পারা হোইয়ে শ্যাম নত রাজ আ: ...।

মিৎ নোইর নোইরদুনা লেঙঙক্লে শ্যাম,
য়েৎলোমদা অমুক য়েং ওইরমদা অমুক য়েং আ: ...।
রাধীকানা ঙাঙলকপদা করি খুমগনি খন্ন-খন্ন,
লম্বী মরাক্তা হাইরদুনা আ:...।।

## খন্দিতা ব্যাখা

অসোমদনা ইবুঙোনা লম্বীদা লেঙ্‌লক্লি। অসোমদনা ললিতানা ইবেম্মাদা য়েংলগা হায়রকই, ইবেম্মা অদুক য়াম্না ৱাবিরুগনু লাক্‌খিনি শোয়দনা মফমসিদা লৌনম হৈবা কৃষ্ণদো। থৱায়গা হকচাংগা থানদবগুম থৱায় ওইবী ইবেম্মা লৈরিঙৈদা দিহেগী মশক ওইবা ইবুঙো কৃষ্ণদো মাঙবা য়ারোইয়ে। ইবেম্মা হোরেন্নে কোপোৎ হৈবদো লাক্লবা মতমদদি হৌজিক ৱারিবা অসিতদি কাউবিগনু, থম্মোয়নুংদদা নুংশিবিয়ু মায়থোঙদদি অশাওবা উৎপিয়ু মায়থোঙ লুক্‌থরগা লৈবিয়ু। মায়থোঙ থাঙ্গত্তুনা লৌনম য়াইবু পুরিবা কোপোৎ হৈবা মায়থোঙদো হেক য়েংলুবদা পঙথখিনি ইবেম্মা। ৱা ঙাঙ্‌দনা লৈবিরো। ননাইনা ফননবা ঙাঙ্‌নজরগে হায়দুনা ইবেম্মবু বিশ্রাম কুঞ্জদা দুর্জমান ওইদুনা লৈরবা মতমসিদা ললিতানা য়েংখিবদা লাপ্পপ্না ইবুঙোনা লম্বী মরাক্তা হাইদুনা লাক্‌পসে হেক উবদা

## খন্দিতা

দেখো অইলো (৩) শ্যাম = য়েংঙু লাক্লে,
লাক্লে লাক্লে শ্যাম অ .......
অঃ..... উং.......

কোপোত্তো নাগর = লৌনম ৱাহৈনা লৌনম তৌদুনা
ঐখোয়বু মানা ঙম্লনবা ঙাঙ্‌লরনি।

দেখোনা (৪) হালিয়ে = য়েংঙুনে য়েংঙুনে য়েংঙুনে য়েংঙুনে
হাইনা হুম্না লম্বী মরাক্ শিনবা থুংনা
তুরোই ঙাম্লোই তৌরদুনা লাক্লিবসে
চন্দ্রাবলি কুঞ্জদগী লাক্‌পা
শোয়দনা ওইরগনি।

## খন্দিতা

অসোমদনা ললিতানা ইবুঙোনা লাকপদু উরগা মতোমতা সখিশিংদা ঙাঙ্‌লি। শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা অসুম লাক্‌পনা কেশোর কুঞ্জদা চঙলুবদদি ইবেম্মনা লৈগী সয্যা চাইখাইরম্বা মালতি পরেংনা তারম্বা অদুবু উবদা

## খন্দিতা

পুসপ কুঞ্জ চন্দন কাতোর দেখিয় নাগোর তাদেখিয়া শ্যামস নাগোর কুথারাই কুথা রাই কুথা রাই করিয়া রোদোন। এই মোতে অইলা শ্যাম নিজ দোস মম মারি আজ আমি কিকোরিবো এইতো ভাবে মোনে বিচারী।

পুসপ পুঞ্জ = লৈ চাইখাইবা,
মালতি পরেং তৎপা উবদা,
ৱাজরেদো শ্রীকৃষ্ণদো,
কদাই কদাইদা,
কদাইদা লৈখ্রে রাধিকাদো।

এই মোতে = ঐগীদমক্তা লাঙজবনি,
ঐনা দোষ ফংদৌবনি।

অজ অমি = ঙসি ঐনা করি হায়সিগে,
ঐনা লাল্লে ঐনা খঙজরে।

নাথ হরে সিদতি রাধা বাস গৃহে। পৈশ্যতি দিশি দিশি হরসি ভবন্তম, তদ ধর মধুর মধুনি পিবন্তম। ত্বদভি সরন রভসেন বলন্তী পততি পদানি কিয়ান্তি চলন্তি। বিহিত বিশাদ বিস কিশলয় বলয়া। জিবতি পর মিহ তব রতি কলয়া।

## খন্দিতা

নাথ হরে = হে কৃষ্ণ নংবু নিঙজবী রাধা বাস গৃহদা ৱানা লেল্লেদা

পৈশতি = লাক্কদবা মাইকৈ য়েংজবদা
ইথৌ লাংবী নোংগৌবীগুম
খাইনা মৈচাক মৈরী থোক্লা চাক্লে
ৱা ঙাঙ্বা থোক্লে
রাধা বাস গৃহদা ৱানা লেল্লেদা।

**ব্যাখা**

গোপিশিংগী মরক্তগী গোপি অমনা ইবেম্মগী অৱাবা ৱারী শ্রীকৃষ্ণদা তম্‌খি। মতম অসিদা ইবুঙোনা ইবেম্মনা লৈবা মফম তম্না চঙলক্‌পদদি ললিতা হেক উবদা শ্রীকৃষ্ণনা।

**খন্দিতা**

কোপোতিনী ললিতে = কোপোৎ হৈবী ললিতে নংনা,
চমপা কুঞ্জদা লৈরমগনি হায়রগা, কেশ্বর
কুঞ্জদা করিগী লৈরমলিবনো।

কোপোতিনী কুরু ধীনী = লৌনম চাউবী,
নমথাক হৈবী ফত্তরবী ললিতে,
নখোই ময়াম থিরুবদা,
হকচাংসে তিংখংনা খোৎলিবসে,
য়েংঙুনে য়েংঙুনে য়েংঙুনে
কয়াদা নাথ্রবনো

**ব্যাখা**

খঙজরে ইবুঙো কোপোৎ হৈরিবসে কনানো কোপোৎ তৌদুনা চহি তরেত্তা ঙাইরিবৈঙদা গোবর্বধন থাঙ্গৎপীবা, ব্রজগী ননি মাখন হুরানবগী যশোমতি ইমানা খ্বাংদা থৌরিনা পুনখিবা অদুবু ননাই ললিতাননি হায়বীদৌরিবরা ইবুঙো।

**খন্দিতা**

জায়োনা মাধব = লেঙবীরো মাধব লেঙবীরো মাধব
ঙসি ইবেম্মদি মান ওইখরে।

ললিতা দুৱারী = ললিতা থোঙ শঙ্গলি বিশাখাসু চৈ পায়রি
চঙবা য়ারোই রাধাগী নাক্তা।

কে সাজাইলে = কনানা শেম্বীবা ওনথোক্লা ফজরে।

হাতেজে নোপুর = নঙ্গী খুত্তা নোপুর খোঙ্দা খুজি ওন্ন-তৈনরে য়েংবদবু ফজরে।
বারহি বারং = লাপ্পা হন্দোক্লো ঐখোয় য়াম্না কিজরে।
বলরামসু মাল্লুরে মহাদেবনি খল্লুরে ঐখোয়দি
ইঙক্ ঙক্চরে ঐখোয় কিবু কিজরে।
সনা ফিগে পামদরে
অশংবা শারিনা খোয়দারে
ঐখোয়দা লেন্নবিররে।

## ব্যাখা

ললিতা বিশাখানা চিংলবী সখিশিংবু য়েংলগা হায়জরকই হে ললিতে ঐ লানখ্রে কৃষ্ণ ঐবুনে নবেম্মাগী নাক্তা অমুক্তদি ঐবু চঙ্জগে নঙ্না অমুক্তা পুশিনবিয়ু। ব্রাসি তাবদা ললিতানা হায়রকই, ইবুঙো চঙ্বুদি চঙ্বিয়ু ইবেম্মদি দুর্জমান ওইদুনা ব্রা ঙাঙ্দনা লৈখ্রবনি। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙো ইবেম্মগী নাক্তা চঙ্লক্লে, হে রাধে নঙ্গী মান থাদোক্লো কৃষ্ণ ঐ লাল্লে। ব্রাসি তারগা ইবেম্মনা হিক্লা-হিক্লা কপ্লগা হায়জরক্ই।

## খন্দিতা

কেনে ভুলিসে নাগোর = করি কাউবিরী শ্যাম,
কাউবিরো নাগোর,
বাঁশি পায়দুনা ব্রাশকপিখিবা,
কাউবিরোকো শ্যাম।
হমু পাপ্পিনি = ঐদি পাপ্পিনি পাপ্পা থল্লবিনি।
নৌতুন রমনি = অনৌবদা পাম্বা মহৌশানি
ঐবু থাদোকপিরো

## খন্দিতা

শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা হায়রকই

## ঈশৈ

উদরে লৈবা ঙমদে,
লৈরম্রে চঙ্‌বা কিজৈ,
ব্রজগী লম্বীনা য়াম্বনা,
লম্বী লম্মাংনদুনা,
ঐনা ঝারিবা মৈচাক্‌সে,
উরিরোইদো রাধাদি।

## খন্দিতা - এক তাল

জাও (৩) = চৎলো চৎলো চৎলো নুংশি হৈতবা(খঙ্‌দবা)
চন্দ্রাবলি থাদোক্কুনা মফমসিদা করি লাক্লি।
তুম বুকে = নশাদা খুজিন মরম কনানা হোৎপিরক্লিবা
য়েংঙুনে ললিতে ইকাইবসু খঙদেনে (খঙজরে),
খঙইনে খঙইনে ইতা হূরানবগী মহৌশানি।
জাওহে মুরারি = লেঙবিরো ইবুঙো হূরানবগী মহৌশানি।
*(তাল অতপ্পদা শক্কনি)*
অমি জতিলার = ঐদি জতিলাগী মৌনি,
অয়োনগী গৃহিনিনি খঙবিয়ু মুরারি।
দেখা সখি = য়েংঙুনে ইতা নোংপোক লমদা নুমিৎ থোরক্লে।

## ব্যাখা

হে রাধে প্রেমগী মশক ওইবীনি নঙদি নঙগী অশাও মৈরিনা চাকথেল্লবা কৃষ্ণ মৈরানবী ঐবু নঙ্‌গী প্রেমগী ঈরিক খিক্‌পিদুনা অমুক্তদি কনবিয়ু চঙজরবনি চানবিয়ুবা। মবুঙোগী নুংশিবা ঝাহৈ তারগা হিক্র হিক্র কপ্পগা মচেৎ মচেৎ ওইবা ঝাহৈনা হায়জরক্‌ই ইবেম্মা রাধানা

## খন্দিতা - মেনকুপ তাল

কেনে ভুলিয়ে নাগর = করিগী কাউবিরী শ্যাম,
কাউবিরোকো শ্যাম,

বাঁশি পায়দুনা ৱাশকপিখিবা,
কাউবিরোকো শ্যাম।

হমু পাপ্পিনি = ঐদি পাপ্পিনি পাপনা থল্লবিনি,
বিদায় পীবিরো।

নৌতুন রমনি = অনৌবদা পাম্বা নহৌশানি ঐবুদি কাউবিরো।

## ব্যাখা

অসিগুম্বা ইবেম্মাগী থম্মোয় শোকপা ৱাহৈনা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা হায়জরকপা ৱাহৈ তাবদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙো খাঙবা ঙমদ্রে চুড়া শম্মপোন ওইরক্লে অদুগা হায়জরকই শ্রীকৃষ্ণনা, হে রাধে কৃষ্ণ ঐদি প্রেমগী মথা পোল্লিদো। নিঙজববু থুংহনবা হায়বা অসি কৃষ্ণ ঐগীদি ইথৌ ওইবনা নঙ্না ঐবু ৱারৌবনি।

## খন্দিতা

ত্বমসি মম ভুষনং ত্বমসি মম জীবনংসুরগরল খন্ডনং মম শিরসি মন্ডনং ধেহি পদ পল্লব মুদারম।

হে রাধে নঙনা ঐগী লৈতেংনি,
নঙ্না ঐগী পুন্সিনি,
নঙ্গী ভাব সমুদ্রদা,
হিংজরিবা ঐনিনে রাধে,
পিনবীরো নঙগী চরন থম্বাল,
ইকোকথক্তা হাপচরগা,
ইথৌলাংবা থম্মোয় মৈচাক্ (মুৎথৎপিরো) মুৎচরগে।

## ব্যাখা

মতাংসিদা ললিতানা ইবেম্মদা হায়জরগা ইবুঙো ইবেম্মা পূল্লগা যুগোল রুপ প্রার্থনা লৌদুনা লোইশিনবা য়ারে। নত্তগা মসিদা ইবেম্মনা মান থাদ্রবদা (রস হুমফু মরি পুথোকখিএ)। ইবেম্মনা ললিতাদা

## খন্দিতা

ললিতে ছি কই কই আমার পায়ে ধোরিয়া ছি ছি ছি মোনের লাগী পানের মাধব হারায়াছি। কাহা মোর মুরলি বদন, পুন নাকি পাবে দরশন।

### ব্যাখা

| | | |
|---|---|---|
| ললিতে ছি | = | ললিতে কৃষ্ণ চৎলম্লনি ফংলরোই মাবু ঐনা |
| ছি ছি মোনের | = | কৃষ্ণ শোয়দনা শাউরম্‌গনি ঐবুদি লান্না খল্লম্লনি |
| কাহা মোর | = | হল্লক্রুবদি কৃষ্ণ অমুক মাঙজরেদো রাধাগী পুন্সি। |

## খন্দিতা

মঙদা মনি ফংবগুম ফংঙমদ্রবা মনি ফংজরগা তাইবঙসিদা তাইওন্ননা মাঙহল্লেদো রাধা ঐদি ।

যদি বন্ধু দেখি নাহি পায় তোবে কিবা ফল রাখিয়া কায়। কালিন্দির হৃদি তেজিবে পোরান এক নাহি কোরোয়ে রোদোন। সখি রাধে কি কহ কালিন্দয় দোহে দুবিয়া মারিব গুনি ইহা সোহেনা। অমার দুই তোর দাসি, অদেশ করি অনি নিলা ইবো মুরলি ধারি।

## কলহন - মেনকুপ

| | | |
|---|---|---|
| যদি বন্ধু | = | কৃষ্ণ ফংদ্রবদা রাধা ঐনা হিংবগী করি কান্নরুনি হায়য়ু ইতা ললিতে। |
| কলিন্দির | = | জমুনাদা থৱায় ঐনা থারবসু, নুংশিবিররোই কনা অমত্তনসু ঐবু। |
| সখি রাধে | = | সখিনা হায়জরি তাবিয়ু রাধে, করিগী থৱায় থাজরুনি অৱাবা শাবা পকচবসে থাদোক্‌পিরোনে রাধে। |

অমার দুই = রাধে লৈজরি ননাই ঐথোয়,
চিংনবা অৱাবা থাদোকপিরো,
লৌজরুগে থৱায়গী থৱায় কৃষ্ণদো।

## কলহন

এখোন জানিলু মাল, তোর হিতো বিধান। দুই সখি প্রবোধোয়ে তায়, রাই ষ্টির করি দুই সখি জাই। যাহা রোহে নাগর উপনিত ভেল, দাস রঘু নন্দোন হরসিত ভেল।

এখোন জানিলু = মান থাদোক্পিরো রাধে
কৃষ্ণ ফংলনি।
দুই সখি = সখিগী ৱাসি তাবদা,
ঈংজরে থম্মোয় রাধা
পুশিল্লক্লে কৃষ্ণ সখিনা।
কুঞ্জগী ময়ায়দা রাধা কৃষ্ণ অনি
পূনবদা রঘু নন্দোন দাসনা
নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউরে।

## ব্যাখা

অসিগুম্বা কুঞ্জগী ময়ায়দা ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা যুগোল ওইবদা সখি পুন্নমক্লা অনিগী রুপপু য়েংলগা।

## যুগোন রুপ

য়েংঙু লাওনে ইতাশা
রাধা শ্যামগী ফজবা রুপসে,
বিধিনা করম শেম্লম্বনো,
কয়াদা নিংখিজরিবা।
অশংবা তোমাল পাম্বীদা,
সনাগী উরীনা য়েৎলরে,

সনাগী থম্বাল অশংবা থম্বাল,
অনীনা কুঞ্জদা ফুগায়না শাৎলে
(ভক্ত খোইমু) পুক্লিং খোইমু লৈ পাম্বা,
চুপ্লো লাউনে লৈহিসে।
অতিয়াদা থোক্পা নুমিৎ থানা
কুঞ্জদা পুন্না ঙাল্লরে,
লাইবক ফৈদা ব্রজগী গোপি,
উজরেদো অনীগী রুপসে,
মপোক মপোক খুদিংদা
চরনগী সেবা নিহৌসি।

## সম্ভোক

শ্যামের কুলে রঙ্গীনি যেমোন এম্নি বেঢ়া নিলমনি কেতের মোন। কিয়ে রাধা মাধব। কিয়ে অপরুপ কিয়ে দহরুপ যেন দারি দ্রেরো হে মোতো। ভুজহি ভুজ বন্ধনা, মুখহি মুখ চুম্বনা, দৃহ ভুজ অলিঙ্গোয়ে।

শ্যামের কুলে = থম্বালগী লৈহি খোইমুনা চুপ্লে,
থম্মোয় থম্মোয় শিন্নরে,
নুংঙাইবা ইপাক্তা তাউখরে।
রাধা কৃষ্ণ অনিমক্।

কিয়ে অপরুপ = অঙকপা লিলানি।
অথুম্বা রসনি,
জগৎসিদা অতাঙবনি।

ভুজহি ভুজ = প্রেমগা প্রেমগা ময়োক্নরে,
ঈথকসু ঈপাক্তা তিনখরে,
রাধা কৃষ্ণসু পুন্খরে।

## স্বাধীন

রতি রন অব ছানে বৈঠল দুলুজোনে বেস ভুসন করি শাজে। সেবা পোরা সখিগনা দুহুজন সেবন কোই অখি চামোরে তুলায়ে। কোই সখি হরসিত দেই জন সুভা সিত কোইসখি তামুল যুগাই। রাধা কৃষ্ণ শ্রী চরনে মৃদু মৃদু সম্বা হোনে কোই সখি মনুরথ পুরে। কাহা কবি সেখর রাই কাহ্নু সুন্দর কোবে হোবো নোয়োন গোচোরে ।

রতি রন = রতি লিলা মপুং ফারে।
ফজবা ফিজেৎ লৈতেং লোইরে।
আসন থক্তা ঙানখোইবিরে।

সেবা পোর = সেবা ফংলে সখিশিংনা
অনিমক্কা পেনবীনবা
চামোরসু হুমলি সখিনা।

কোই সখি = কনাগুম্বী সখিনা পুক্লিং
পেন্না নুংঙাইনা পুসিল্লক্লে
তামুল সেবা কৎলে।

রাধা কৃষ্ণ = রাধা কৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা
ঙমজবা সেবা কৎলবদা,
পেন্দদুনা থবায় হকচাং কৎচরি।

কাহা কবি = পামজৈ ননাই সেখরসু
চরন নাক্তা লৈজবা
পিনবীয়ু অনি মক্কা ।।

## যুগল প্রার্থনা

প্রান রাধে = পিনবিয়ু চরন থম্বাল
লৌবিনুকো ননাইগী ইরাল।

তুমা দুহা = তাইবঙ ঈপাক লাল্লমদাই,
থবায় হকচাং খাইনরমদাই,

| | | |
|---|---|---|
| | | ঐগীনি হায়বা ৱাখল খল্লমদাই,<br>অরোইবা খোঙ্চৎ ওইরমদাই। |
| প্রান পুসপাঞ্জলি | = | ঐগীনি হায়বনা কনখিবনা<br>চঙ্জফম থিহৌদবনা,<br>ঐগী ইরান্না লমজিঙ্দুনা,<br>পোক্লখিনি হন্না হন্না। |
| জনসে জনমা তোরে | = | তাইবঙসিদা লাক্লবনিনা,<br>নেংামদি শোয়রোই হনখিবা<br>হন্ন-হন্না লাকহনবিনু,<br>থম্বীয়ু চরন নাক্তা,<br>পামজৈ চরন থম্বাল। |
| পাপ্প দেহে | = | পাপ্কী লম্বী কক্থৎপিরোগবা,<br>থৱায় মঙাসে লৈ ওইনা,<br>কৎচরি শ্রী চরন্দা। |
| ললিত ত্রিভঙ্গ | = | শাথেক অহুম থেকপা,<br>চুড়া চেপ্লপ্ থোন্বা,<br>গোপিগী পুক্লিং শুমহৎপা মুর্ত্তিদো,<br>অরোইবা মতমদা উহনবীয়ু। |
| কুতি জনমে | = | মপোক্ কয়ারক্ পোক্লবসু<br>চরন্দদি কাউহনবিনু। |

## লাইরেম্মা ধুমেন হৌথিবা




খৃষ্টাব্দ ১৮৪৪-১৮৮৫ ফাওবা নিংথৌ ওইনা পানবিরম্বা মনিপুর শ্রীযুৎ চন্দ্রর্কিতি মৈদিংঙু সনা হাক্তক্তা শ্রীযুৎনা জিলাদা দরবার চৎপদা নিংথৌগী পুক্লিংনা ৱারবদা যগৎ মাতা র্দুগা ইমানা মনাইগী অৱাবা উরদুনা নিংথৌগী সোফোন্দা হায়বদি মঙ্দা সৈক্ষাৎ মুর্ত্তি উৎপিরগা হায়বিরম্মী- হে মনিপুর নিংথৌ চন্দ্রকির্তি নমা ঐনা নঙ্গী দরবারদি শোয়দনা নমায় পাক্হনবীগে। হয়েং নঙ্না মনিপুর য়ৌরগা নমা ঐগী মাঙ্দা সংকীর্ত্তন ধুমেন কৎলু হায়না তাকপিরম্মি। অসুম্না নিংথৌনা মায় পাক্লদুনা মনিপুর য়ৌরক্লবদা চন্দ্রকির্তি মহারাজনা মতমদুগী ইশৈ শকপা অফাওবা যুমনাম যদুনাথ সিংহ অমদি সিনাম ইন্দ্রা সিংহ হায়রিবা ওঝা অনিসি নিংথৌনা কোনুংদা কৌরগা মঙগী ৱারিসে তমদুনা র্দুগা ইমাগী মাঙ্দা লাইরেম্মা ধুমেন কৎতবা য়াদ্রে হায়না য়াথং পীরবদা ওঝা অনিনা খন্ন তানদুনা দুর্গা ইমাগী মাঙ্দা ধুমেন অসি কৎখি। অদুদগী ঙসি ফাওবা লাইরেম্মা ধুমেন মনিপুরদা চৎনরি।

ওঝা শ্রীলাইগ্রম নিংথৌ সিংহ, গুরুসিনা লাইরেম্মা ধুমেনগী মরম অসুম্না তাকপিরম্মি।

ধুমেন অসিগী পালা ঈশৈ হনবগা পালা ১২নি অসিনা কোয়রগা পুং ১২ অসিনা পালাগী ময়ায়দা পুং ৬-৬ খায়দোক্লগা লেপকনি। নিয়মগী মতুং ইন্না মাণ্ডব মপুনবু ওইরবসু নত্রগা ঈশৈ হনবনবু ওইরবসু হরি ধনি লাউরগা পুঙ্ অমসুং করতালগা লোয়ননা রাগ হৌরগা অসুম য়েথরগা গুরু ঘাৎ লোইরবা তুংদা পুঙ্লোনগী মতুং ইন্না ধুমেন হৌগনি। ধুমেন হৌদুনা পুংগী পুঙ্লোনগী মতুং ইন্না য়েৎকী পুঙ্কোক্লা মাঙ্ চিংদুনা লাইরেন মথেক চৎকনি। য়েৎকি পুঙ্ পরেং লোইরগা ওইগী পুঙ্কোক্লা অমুক শমদুনা চৎকনি। অসুম্না অমুক পুঙ্ পরেং অনিনা শমদুনা পুং ১২গী তুংদা ঈশৈ হনবনা শমগনি। অদুগী মথংদা দুহারনা শল্লগা চৎপনা খোমবাংবনা খ্বাইগী মমৈ ওইগনি।

পুঙ্গী ফিরেপসু অসুম্না তাকপিরম্মি পুং ১২ অসি থা ১২ গী ভাবনি। অসিদা তংখাই অনি থোক্লগা ৬ না ঋতু তরুক্কী মশক্লি। ঋতু অমনা থা ২নি পুবগী ভাবনি।

হিন্দু ধর্ম্মগা মৈতৈ ধর্ম্মগা য়ান্নদুনা মৈদিংঙু চন্দ্রকির্তি সনা হাকতক্তা ওঝা য়ুম্নাম যদুনাথ সিংহ অমদি সিনাম ইন্দ্রা সিংহ অনিনা পুথোকখি। লানগী মবেম্মদি দুর্গা ইমানি ইমাগী চরন্দা কৎলগদি মঙ্গল পিনবিবা য়াই খন্দুনা ইমাগী চরন্দা কৎখিবনি। মৈতৈগী লাই হরাওবগী লাইবৌ চোংবা হৌরকপদা চোঙ্গা চোঙ্গা থাঙ্গা-থাঙ্গা চুপ (৪) মরি লেপলগা মাইবীনা লাই শান্নরিবা অসিগী ভাব লৌরগা য়েৎকি পুঙ্কোক্লা, কার্তিক সঞ্চার, ওইগী পুংকোক্লা কর্নিকা সঞ্চার অদুগা য়েৎকি পুঙ্তোন্না রাধা সঞ্চার য়ৈগনি, অমসুং ওইগী পুঙ্তোন্না নিত্যাই সঞ্চার য়ৈগনি সঞ্চার মরি (৪) অসিনা চুপ ওইগনি, সঞ্চার মরি অসিদ্দি কায়বা য়াদে হায়না তাকপিরম্মি।

পুঙ্কোক্লা পুঙ্কোক্লা, পুঙ্দোনগা-পুঙ্দোনগা অসুম্না চুপ মরি অসি যুগ মরি শৈত্য ত্রেতা, দ্বাপুর, কলিনি, হায়নসু তাকপিরম্মী। ধুমেন ঈশৈগী মতাংদদি ঈশৈ শক্লিবা মহাক্লা হৌনিংবা রাগ অমা হৌরগা

অদুম শক্ শোনবা কায়দে, ঈশৈগী রসদি গৌরচন্দ্র ঙাক্তা শক শোনবা চৎনরকই। অকক্নবা রাগ অদু নত্রবদি য়াদে হায়বা থোইনা তাকপিরমদে।

কৎনিংবা রাগ অমা হৌরগা রাগদুগী কোন্নবা রাগ তাবা অমা তারগা তিন্দান মচা অমা য়েংগে নত্রগা অচোয়বা ওইনা শক্কে হায়বা অদুম অপাম্বা কৎলু মেন তাঞ্চপ মেনকুপ মপী, মেনকুপ শক্তুনা সংকীর্ত্তন সমর্পন হায়বদি মপুং ফানা কৎলু দোষ লৈতে মহৈ পিগনি তাক্পিরম্মি।

পালা, জগোই শাবগী নিয়ম অসুম্না তাকপিরম্মী। ঈশৈ হনবনা শ্রীকৃষ্ণগী ভঙ্গীদা কৎকনি, দুহারনা শ্রী মতি রাধিকাগী ভঙ্গীদা কৎকনি, দুহার মথংনা চন্দন সেবাগী ভাবতা জগোই কৎকনি। অদুগী মথংনা তামুল সেবাদা কৎকনি, অদুগী মথংগা চামোর থৌগনগনি, অসুম্না পালা মঙাসিদি (৫) জগোয় মশক নাইগনি।

অতৈ পালাদি পুসপাঞ্জলিগী ভাবতা জগোই কৎকনি হায়না অসুম্না তাকপিরম্মী। লাইরেম্মা ধুমেন কৎপদা নিংথিজনা নিয়ম চুম্না কৎলবদি নিঙজবা মহৈ পিনবি। র্দুগা ইমানা থৌজানবি।

মসিদা পুঙ্ য়েবনা লাইরেন মথেক চুম্না চিংদদুনা ঈশৈ শকপা দুহারনা নিয়ম চুম্না ইন্দদুনা লাইরেন মথেক অসিদা শোয়দুনা লাইরেল মমৈ হাইরবদি লৈবাক্কী নিংথৌনা কৎলগা লৈবাক রায় শাবাও লানবাও কল্লি।

নিয়ম চুম্না পাখঙবনা গুরুগী ফাংখোংবু মমৈবু ময়ানা চিক্তুনা থৌগঞ্জবগুম্না লাইরেল মথেক চৎপসিদা লোইশিল্লকপা মতমদা মমৈবু ময়ানা চিক্তুনা লোইশিনগদবনি। অদু ওইরবদি কৎচবগী মহৈ য়াল্লি জগৎ মাতা ইমানা চানবিগনি হায়নসু তাকপিরম্মি।

***লাইরেল মথেক চৎপগী নিয়ম:***

লাইনা লৈরিবা হায়বদি দুর্গা ইমানা লৈরিবা অদুগী য়েৎ থংবা উখোঙ অদুদগী হৌরগা চৎপনা, চিরাগী য়ুম্বী থনমলগা ময়ায় ময়ায়গী

য়ুম্বী অদু হান্না চৎকনি। অদু লোইরগা চিরা মরি অদুনা কোন্না চৎকনি চিরাসু লাইগী য়েৎ থংবা চিরাদগী হৌরগা ওইগী চিরাদা লোইগনি। ময়ায়গী য়ুম্বীসু য়েৎকী য়ুম্বীদগী হৌরগা ওইগী য়ুম্বীদা লোইগনি।

*ধুমেন হায়বসি মখল খর লৈ মদুদি:*

নিত্যাই ধুমেন, গৌর ধুমেন, মহা ধুমেন, দেবী ধুমেন, হায়না মখল কয়া থোক্লা লৈ।

মসিদগী নবদ্বিপ্তা শ্রীগৌরাঙ্গগী ভাব লৌদুনা সাৎত-সমপ্রদাইগী ভাব লৌদুনা পুঙ্(১৪) তরামরি য়ৈ।

জগোই কৎপসু য়েৎওইননা কোয়দুনা জগোই কৎনৈ। অদুগা জগোই কৎপসু ঈশৈ হনবা দুহার খোম্বাংবা শারগা দুহার মথংদগী পালা লোইনা জগোই শানৈ। লাইরেম্মা ধুমেনগীদি পুঙ্সু (১২) পালাসু (১২) অসি ওইনা তাকপিরম্মী জগোয় কৎপসু ঙসাই লাইরেল মথেক চৎখিবা অদুগুম্না ওইরোমদা পাখঙ্বগী ফিথুপ মতুং ইন্না জগোই কৎকনি।

অসুম্না জগোয়সু ঈশৈহনবা দুহার শারগা অদুদগী মথংদগী জগোয় শারকপনা খোমবাং তোন্না ইরোই লোইগনি। ঈশৈহনবদগীনা তরুকশুবা ফাওবা পুঙ্লোন অমদা শানি, তরুকসি লোইবদা পুঙ্না অমুক খায়রগা তরুক অমনা পুঙ্লোন অমা হোংলগা জগোয় কৎকনি।

জগোয় হায়বসি ব্রজদা শ্রীভগবান শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা গোপিশিংগা লোয়ননা রাস শান্নবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা গোপিশিংদা তম্বিখিবা জগোয়নি। মরম অসিনা শ্রীগোবিন্দ ইবুঙোগী অচানবা ভক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাকতক্তা গোবিন্দগী কৃপা লৈবা গুরুশিং, মতমদুগী ঈশৈ হৈরবা ওঝা গুরুশিংদুনা মনিপুরগী কোনুংদা জগোয় রাস কৎখি। অসিগুম্বা জগোয় রাস অসি পৃথিবীগী মফম খুদিংদা মনিপুরবু শক্তাক্লিবা অসিনি, মনিপুরগী জগোয় অসিগী হৌরকপদি শ্রীগোবিন্দদগী হৌরকপনি।

ব্রজদা জগোইনি, কলিদা সংকীর্ত্তননি, মনিপুরগী নট সংকীর্ত্তন অসি মনিপুরগীদা ওইবা কলচরনি পৃথিবীগী মফম অতৈদা লৈতে। মসিদা চৎলিবা চোলোম হায়বা অসিগী হৌরকপসু ভাগ্যচন্দ্র সনা হাকতক্তা নট সংকীর্ত্তন পুথোকখিবনি। মসিসু শ্রীমৎভাগবৎ গীতাদা য়াওরিবা কালিদমন্দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা কলিগী মকোক থাঙ্গৎ থাঙ্গৎলকপা, মকোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীপাদনা চোংল চোংলদুনা নেত্তুনা তাণ্ডব ওইনা শাখিবা অদুদগী লৌদুনা গোবিন্দগী কৃপা লৈবা ওঝা গুরুশিংদুনা পুথোকপিরম্বনি।

শ্রীপাদদগী চোলোম থোকই, ইবুঙোগী ভঙ্গিদগী জগোয় থোকখি হায়নসু ভাকপিরম্মী।

---



মথংদা ফোঙজরক্কদবা লাইরিকশিং

মনিপুরী নট নাচোম লৈচল

হরি ভক্তি নৈন লোন